# হৈরাং লৈরাং চীংগী লৈসিরওন

(ৱারি অসিগী অহানবা শরুক)



# শ্রীঙাঙোম ইবোমচা সিংহ

(মঙ্গলগী অশীর্বাদ পীনবীয়ু)

! খুরুমজরি !

অথোকপা : লৈশাংথেম ইবেয়াইমা দেবী
ক্ষোইরেঙ্গে বজার,
পি,ও, মন্ত্রিপুখ্রি - ৭৯৫০০২
ইম্ফাল ইষ্ট, মনিপুরনা
ইমাখোলগীদমক পুথোকচবা।

অহানবা থোকপা : ২০০৬

কোপি মশীং : ১০০০(লিশিং অমা)

কম্প্যুটর সেট্টিং : রোজিৎ থিয়ামচা

মখুম : র.টি

মমল : ১৫০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

# অফোঙবীগী ৱারোল



তাইবঙপানসিদা পোক্লকুবা মীওইবা ঐখোযসে অঙকপনি, তম্বা ঙমদে অমনা অমগী লাইবক, মী হাযবা কাঙলুপ্তি চপ মান্নবা ওইরগসু মীগা মীগগী মবক্তা খেন্নবা পুন্সি মহিংনা মীওইইগী পুন্সিগী থাক অমদি মমল লেপ্পরি । অদুগা অমুক পীশক পীক্লীঙৈদা হৌমিন কামিন্নরকপা কয়া কায়নখিবা কোঙ্গাযনি থাজদনা, থাপ্পখিবা কয়ানি মঙলানগুম ! মযামসিগী মবক্তা পুন্সিগী খাঙুথক্তা থেংনবকখি ঐগী ইমান্নবী শান্তীবালা থাজদনা । ইথোক্লককপসি, যাম্না নুংঙাইজৈ ।

অদুগা শান্তীবালাগা ঐগসু ওদিও কেসেটতা ঈশৈ ইদুনা হাপ্পগী তাঞ্জাদা থেংনবকখি । সুম লোয়নবকপনা ইমান্নবীসি ঈশৈ ইবতা নত্তনা পুথোক্লককলিবা ৱারী প্লে অসিবু মানা পুথোক্লককনি হাযবস্ থাজকদে অদুবু থাজদবা থৌদোক্লী ।

ঐগী ইমান্নবী শান্তিবালাগী কলমদগী থোবকখিবা বাবীসি পাবদা যাম্না নুংশিবা ফাওই ৎম্মোযদা । মহাক্কী অতৈ লাইবিক ওইনা ফোঙগদবা ইবা লোইববা ৱাবী খরসু লৈবে । মতম খবথিন্নববসু শোয়দনা মথং মথং ফোঙলক্লগনি, সাহিত্যবু পামজবশিংদা যাম্না নুংঙাই ঐগী ইমান্নবীসিনা ঐহাকপু মাগী লাইবিক অসি পুথোকপীনবা ইঙ্গিৎ পাবীবকপা ঐগীসু লাইবক ফবনি হাযনিংই । মান্নবকপা মশেল সাহিত্যগী ঈপাক্তা ইবাকমিন্নবা তাবনি । মতাংসিদা ঐগী ইবুং শক্লবা যুম্লেম্বম ইবোমচাবু নিংশিংলকই লৌহৌন্না ""শৈবেং ইববু, লাইবিক ইববু"" ফত্তবা থবক্লা হায়খিবদো কাউগে হাযবা যাদবে ।

অবা নুংঙাই পুন্সিগী হিংনবা লানফমদা লানথেংনবিবী ঐগী ইমান্নবী শান্তীবালা মায পাকপা ওইবীযু, তুংদস্ সাহিত্যগী সেবাবী অমা ওইনা মথং মথং লাইবিক ইদুনা মীযামদা খুদোন তম্বা ঙম্বা ঈশ্বরনা ।

লৈশাংথেম ইবোযাইমা
কোইরেঙ্গে বজার
নবেম্বর তাং ১৭, ২০০৫ ইং

# প্রসিদেন্টগী ৱারোল



উপান্যাস অমসুং নাটক অনিশিমক য়াম্না নকুনা মরুপ মপাং ওইনা চৎমিন্নবগুম্বনি । অদুবু উপন্যাসতনা পারপা খঙবা অদুগা নাটক্তনা করেক্তরশিং অদু মিৎনা উহন্দুনা য়াম্নমক ভাবকশিংদা মনুং ফাওনা খঙহন্বা ঙম্বনি । নাটক্তি তশেঙনমক ফম্পাক্তা শাম্নদুনা ভাবকশিংদা উহন্বা ঙম্মী । মরম অদুনা নোবেল অমসুং প্লেশিংগী য়াম্নমক থেম্নবা অদুম্মক লৈবা মশানা তাবনি । নাটকশিং অসি ৱা ঙাঙবা নত্রগা ৱা ঙাংদনা শাম্নহনবা অনী থোক্লা খাইদোকপা য়াই । বেলে, দাজ দ্রমা অসিনচিংবা অসিনি ।

শান্তীবালাগী অহান্বা খুইদা পুথোক্লিবা নাটক (প্লে) ''হৈরাং লৈরাং চীংগী লৈশিরওন'' হায়না মিঙথোম্বা অসিমক অৱাবগী শরুক্তা লোইখিবনা কোমেদিদগী ত্রেজেদিদনা হেম্না নকশিল্লি হায়না মোৎ পিজনিংই । শন্তীবালা তশেংনমক দ্রমা অইবী অমা ওইরবসু কবিগী তত্ব লৈবী অমনি । উখ্রুল জিলাগী ফজরবা মফম অমবু হৈরাং লৈরাং চীং মীঙথোন্দুনা দ্রমা অসিগী হৌদোকপদা মরুওইবা শক্তম অমা ওইনা উহম্নবা অইবীনা হোৎনৈ । অইবী অসি শৈরেং ইবদসু য়াম্নমক ফজনা খুৎ থাবা উবা ফংই ফৌওইবী কৌবী ইমাও/লাংওন শাইওল য়াম্বী/মপান মরা তারশি/ ফৌজেৎ ফৌগাই শাৎফদে/ মচা খবা শন্দোক্লা/মইহে মরোং চুমহন্বীয়ু ! ...... হো হোয়া হোয় হোয় হোয় (দ্রমা অসিদা য়াউবা ঈশৈ অমা) দ্রমাদদি ৱারী ৱাতাই শাম্নহনগী হৈশিংবা অদু য়াম্নমক মরু ওই হায়না লৌনৈ । অইবী অসিদা ভোপ তোপ্পা মগুন অমদি নহা ইনখৎলকপশিং অমসুং অহল ওইরক্লবা কয়াগী ৱারী - ৱাতাই অসি পাত্রশিংদা ফোঙদোকহম্বদা শিজিন্নবিবা ইথিল অমদি থম্মোয়গী ৱাফর্মশিংগী মমি অসিনি হায়নিংই ।
অথোৎপা অমেঙবা শৈথাবদা নত্রগনা উৎথোকপদা এলাংবম রজনিকান্তগুম্বনি । অদুগা দ্রমাগী ইবগী মঙং অসিনা গ্রীক্কী নাটক্কী খুপুথোক্লি । নায়ক নায়িকাগী মশিং য়াম্না চংহন্দে । পুং ২/৩ শান্নবা যাবা দ্রমানি । ফিলম ওইনা পুথোকপদসু য়াম্নমক চায়গনি, মায় পাক্কনি হায়না খঞ্জে ।

অসুম্না অহ্ন অমগী লীলাদগী নাটক্তনা হেম্না নর্কশিন্না শান্তিবালাগী লাইরিক অসি পুথোকপদা মহাক্কীদমক অচৌবা মায় পাকপা অমদি ওইবে। খুই অসিবু অখঙ অহৈশিংনা অৱাংবা থাক্তা লৈবা ফিদা অমা ফঙহল্লগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা থমজরি । শান্তিবালানা অতৈ লাইরিক খরসু পুথোকপা ঙম্ন নবা ঈশ্বরদা পর্থনা তৌজরি ।

তাং ১৯/১০/০৫ ইং.

রাজকুমার গুনচন্দ্র
প্রসিদেন্ট, ইমাখোল

# ইমাখোলগী ৱারোল



পাকচাওরবী মালেম অসিগী শীংথাবা ঙমদবা লৈরিবা মখল মথেলগী সাহিত্য লৈকোন অসিদা লৈরাং চারা খরতা ওইরবসু থাজিঞ্জবা ঙম্নবা হায়দুনা শেমজখিবা ইরমদম মীয়ামগী অপুন্বা খোর্জেলুপ (ইমাখোল) গী ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মনিপুরনা পুথোকচগদবা ১১ শুবা লাইরিক ওইনা হিজম শান্তিবালা দেবীনা ইবা লাইরিক 'হৈরাং লৈরাং চীংগী লৈশিরওল' হায়না মীংথোন্বা লিলা/ড্রামাগী মওঙদা ইবা লাইরিক অসি ওইনা মীয়ামগী মফমদা খুদোল তমজরি।

মহাক্না ড্রামাগী লাইরিক অমা ইথোরক্কুনা, মহাক্কী ময়ুমগী অমদি ওফিসকী চিল্লবা থৌয়াম মবক্তা, অসিগুম্বা প্লেবাইট অমা ওইরকপা হায়বসে অঙকপনি হায়দবা ঙম্লোই।

অদুগা, চেম্থরক্লিবা সাহিত্যগী ঈচেল অসিদা সাহিত্যনা চোকথরবা ৱাখলবু তেকখৎহন্দুনা নৌনা ময়োল চোংহন্না ঙম্মী। পুম্সিগী তাংকক অমগী থৌদোকপু মচু শঙজিল্লগা ফজনা য়েকথোক্লবা লাই অমগুম শংশংনা ৱাখলগী মীৎনা উহন্না ঙম্মী। সমাজগী শকয়েং মীংশেল ওই। থম্মোয়দা অকন্না সাফু পীবা ঙম্মী। মসি অইবা/অইবীগী অঙকপা মগুনি। য়াম্না মতিঙ লৈবী সাহিত্যগীদমক্তা পামজনা কখোক্লবী, মহাক্কী মফমদগী অহান্বা ওইনা পুথোরক্লিবা লাইরিক অসে পাদুনা য়েংবীনবা অমদি পারগা মহাও অদু থুম্বরা নত্রগা খাবরা হায়বদু নৈনবীনবা ইমাখোলগী মায়কৈদগী মীয়ামগী খুত্তা নোল্লক্না খুৎশিন্নজরি। মহাক্না ইজবা প্লে অসি, থাজদবা ফুমদা ঙায়াম চেল্লি হায়গুম থাজবগী ৱাংমদা পাকবদা তোক্লিংদবা, মখা করি থোক্লিগদগে খঙনিঙবা পোকহল্লি। অপাবশিংদা লোইহ্রিফাওবা পাহন্নবা চিংদুনা পুবা ঙমই। অইবীগী থম্মোয়দা ইবা ঙম্বগী পাঙ্গল হেনগৎলকপা অমদি ইনিংবগী ইফুৎ খক্তবা ঈশ্বরনা পীনবীবা ওইদুনা ইমাখোলগী পোথোক ৱাত্তবা ওইরসনু।

ইমাখোল,
তাং ১৮-১০-২০০৫ ইং

কোশো সিংহ ইরেংবা
সেক্রেটরি,
ইরমদম মীয়ামগী অপুন্বা খোর্জেলুপ (ইমাখোল)
অবাং পোৎশংবম খনৌ

# য়াওফম তাকপা

| | | |
|---|---|---|
| ১। | *অহানবা তাঙ্কক* | - এক্সকরশন লাকখিবা। (চীং লম্বী) |
| ২। | *অনিশুবা তাঙ্কক* | - হৈরাং লৈরাং চীংখোঙ। |
| ৩। | *অহুমশুবা তাঙ্কক* | - লৈসিনা শীংজনবা। (চীংদা) |
| ৪। | *মরিশুবা তাঙ্কক* | - লবুক্কী শক্তম অমা। (চীংখোঙ) |
| ৫। | *মঙাশুবা তাঙ্কক* | - লৈসিগী য়ুম। (চীংগী লমদা) |
| ৬। | *তরুকশুবা তাঙ্কক* | - শান্তগী ময়ুম। |
| ৭। | *তরেৎশুবা তাঙ্কক* | - ওসি মনি ময়ুমদা হল্লকখিবা। |
| ৮। | *নিপানশুবা তাঙ্কক* | - চীংগী লমদম। |
| ৯। | *মাপলশুবা তাঙ্কক* | - ওফিসার মনিগী য়ুম। |
| ১০। | *তরাশুবা তাঙ্কক* | - অঙম্বগী য়ুমদা। (চীংগী লমদা) |
| ১১। | *তরামথোইশুবা তাঙ্কক* | - লৈশেম্বা ময়ুমদা হল্লকখিবা মতাং। |
| ১২। | *তরানিথোইশুবা তাঙ্কক* | - চীংগী লমদম লৈসিগী য়ুমদা অঙম্বা। |
| ১৩। | *তরাহুমদোইশুবা তাঙ্কক* | - হোসপিতালদা লৈশেম্বা। |
| ১৪। | *তরামনিশুবা তাঙ্কক* | - থামম্বা অহিং ওইশিল্লকখিবা। |
| ১৫। | *তবামঙাশুবা তাঙ্কক* | - ওসি মনি ডাক্তরদগী শিদুনা পুথরকখিবা মতাং। |
| ১৬। | *তরাতরুকশুবা তাঙ্কক* | - লৈশেম্বনা পুলিস ষ্টেসন্দগী য়ুমদা হল্লকখিবা। |
| ১৭। | *তরাতবেৎশুবা তাঙ্কক* | - ডাক্তরগী ময়ুমদা লৈসি লৈরাং গন্নাথক্তা শাৎকাইখ্রে। |

# য়াওফম তাকপা

| | | |
|---|---|---|
| ১৮। | *তরানিপালশুবা তাঙ্কক* | - পুলিস ষ্টেসন্দা ফোন । |
| ১৯। | *তরামাপলশুবা তাঙ্কক* | - লৈশেম্বগী য়ুমগী ব্রাফম। |
| ২০। | *কুনশুবা তাঙ্কক তাঙ্কক* | - ডাক্তরগী য়ুমদা শাবীত্রি, চান্দনি থুংলখিবা। |
| ২১। | *কুনমাথোইশুবা তাঙ্কক* | - পুলিস ষ্টেসন্দগী ব্বারী। |
| ২২। | *কুননিথোইশুবা তাঙ্কক* | - ডাক্তর হেক থোকখিবা মতাং। |
| ২৩। | *কুনহুমদোইশুবা তাঙ্কক* | - ডাক্তর য়ুমদা হল্লকখিবা মতাং। |
| ২৪। | *কুনমরিশুবা তাঙ্কক* | - পুলিস ষ্টেসন্দদা ডা ঃ থানিলগা লকাপগা থুংলখিবা। |
| ২৫। | *কুনমঙাশুবা তাঙ্কক* | - পুলিস ষ্টেসনগী ব্বারি। |
| ২৬। | *কুনতরুকশুবা তাঙ্কক* | - অথেঙবা অহিংদা ডা ঃ থানিল অশাওবনা মাংওইননা মশাগী মংথিবা পুলিস ষ্টেসন্দা চৎখিবা। |
| ২৭। | *কুনতরেৎশুবা তাঙ্কক* | - পুলিস ষ্টেসন্দদা লৈশেম্বা অমদি ডাক্তর থানিলগা অথেংবদা। |
| ২৮। | *কুননিপানশুবা তাঙ্কক* | - ডাক্তরগী য়ুমদা নোংঙাল্লকপদা। |
| ২৯। | *কুনমাপলশুবা তাঙ্কক* | - পুলিস ষ্টেসন্দদা লাকপনা ফোন তৌবা। |
| ৩০। | *কুন্থ্রাশুবা তাঙ্কক* | - থাদোই ডাক্তর থানিলগী মোংফমদা। |
| ৩১। | *কুন্থ্রামাথোইশুবা তাঙ্কক* | - হৈরাং লৈরাং চিংদা লাকপা। |

# অইবীগী শক্তাক ৱারোল

ঐগী পুন্সি খ্বাইদগী নীংবা কাইবদগী কাইখ্রবা মপোক্নী। হৌবকপদগী হৌনা ঐহাক ইমা ইপাগী অহানবা ফংজবী নীঙোল ওইখি। ইচীন ইনাও ৮গী মনুংদা ঐহাক্না নুপিদগী নুপাদগী অহল ওইখিবনা অহলগী শিন্থা মতেং পাংখিবা মবম্না নু‌ংঙাইববা মপোক ফঙজখিদ্রি, অদুবু অমুক্কশু, ইপুবোইবা নৌনা কাইনখিবনা, ঐহাক অদুমক পুন্সি নাইতোম ইদোম তাখিবনা, ইনিঙবনা থম্মোয কাইবগী বাবি ওইন্দ্রী ইনিংখি অদুবু মসিমক্না চান্নবা পুন্সি ৱাবীদি ওইদে । অদুবু ঐহাক্না পামজকবনা ২০০১ গী ওক্তোবর অদুবাইদা ইশিন্দুনা থমখিবা হৈবাং লৈবাং চীংগী লৈসিবওন হায়ন' মীংথোনবা প্লে অসি ফোংদোকনিংদুনা ঙসিদি, মীয়ামগী মফমদা খুদোল তমজবে । হৈবা হৈতবা, থিবা ফজবা যেংবীদনা পাবীবিবা পীবীবিবী পুম্নমকপু খুৎমজবি।

*হৈবাং লৈবাং চীংগী লৈসিবওন*
*হায়বিবা লাইবিক অসি, ইমাখোলদা*
*ওইনা ফোংজবনি ।*

ঙাঙোম ওংবী হিজম শান্তিবলা দেবী

# ড্রামাদা শক্তম লাংলিবশিং

| | নুপা | চহী |
|---|---|---|
| ১। | লৈশেম্বা | ২৫ |
| ২। | শান্ত | ২৬ |
| ৩। | ডাঃ থানিল | ৩৫ |
| ৪। | অঙম্বা | ৩৭ |
| ৫। | ওসি মনি | ৫৫ |
| ৬। | মুনাল কনষ্টেবল | ৩০ |
| ৭। | লাকপা | ১৫ |
| ৮। | মঙালসনা | ১০ |
| ৯। | তোম্বা | ৩৫ |

| | নুপী | চহী |
|---|---|---|
| ১। | লৈশিরওন | ২০ |
| ২। | রানি | ৫৪ |
| ৩। | চান্দনি | ৪৭ |
| ৪। | শাবীত্রি | ২২ |
| ৫। | মুনাল'মা | ৫০ |
| ৬। | লৌ-লিংবী মযাম | ২৫,৮০,৭০ |
| ৭। | থাদোইমচা | ১১ |

তাঙ্কক ৩১

# হৈরাং লৈরাং চীংগী লৈসিৱওন

অইবী গী ৱাখলনা থোনখিবা চীংদুম মচা অমগী ৱারীদা, হৈরাং,লৈরাং চীং হায়না কৌখিবা মফম অসিদা চীংখোঙগী নাপোমদা য়ুমদোম্পোক ওইনা লৈবা য়ুম খরদগী হৌরদুনা, হৌরকফম ওইখিবী, লৈসিৱওন মীতৈ তমপাক্তা, থাদোই হায়না মীংথোনখিবগী ৱারী । অহানবা শরুক,তা, এক্সকর্সন লাকখিবা, কোলেজ ছাত্র ছাত্রি ময়াম হৈরাং লৈরাং চীংদুম মচাসিবু থিরকখিদুনা, য়েংবা লাকখি । নুমিৎ অসি, কাং-জাত্রা নুমিৎ অমগী, ইঙা থানা শিথখিবা, ইঙেল থাগী নীনী পানবা নুমিৎনি, নুমিৎ অসিবু থাবান অফবা নুমিৎ হায়না খঙনৈ ।

হৈরাং লৈরাং চীং য়ৌফাৎতনা, লম্বী ময়া অমদা মীতৈ নুপী খরা লৌ লিংদুনা, খূলং ঈশৈ শৈথাদুনা, ১দি পাঙখোং চন্নদুনা, হরাও নুংঙাই শুরদা ঈশৈ শক্লক্বা, ছাত্র-ছাত্রিশিংদুনা উখি । য়েংনিংলিবা চীং অদুগী লম্বী খঙদ্রদুনা অশেংবা তংদাংবদু হংনিংবা ৱাদু হংনিংবসু ছাত্রশিংদু নকশিন্না ঙহাক লেপতুনা গাড়ী খামদুনা খূলং ঈশৈ শকলম্নদু তাদুনা লেপখি ।

মীতৈগী খূলং ঈশৈ, দৃগা লৈরম্মীবা চীংলোন চীংমাইগী অকোইবদা উরিবা পামলৌ চীংমায়, অঙকপদা ফজবনা পুক্নীং নুংওনখি । ছাত্রশিংদু ঈশৈবু তাশিরা, মফমদুগী ফজববু শীংথানশিরা, অঙকপা সংসার হায়বদু ওইখি ।

খূলং ঈশৈ ঃ- ফৌওইবী কৌবী ইমা ও !
লাংওন শাইয়োন য়াম্বী,
নপাল নরা তারশি ।
নচা ধারা শন্দোক্লা
তিঞ্জা শোয়নাইসু য়াওদা
ফৌজেৎ ফৌগাই শাৎফদে
মহৈ মরোং চুমহনবীয়ুকো,
পলেম নঙবু শাইয়োন য়াম্বী,
হো হোয়া হোয় হোয় হোয় .... !

ছাত্রশিং - হো ইমা ব্রা অমত্তা হংজগেবা !

লৌলিংবীশিং - হো ইচাশিং, করি হংনীংবনোনে ?

ছাত্রশিং - ইমাশিং, হৈরাং লৈরাং হায়রিবা চীংদুম মচাসিবু করম্বনো? তংদাংবা খঙজদে তাকপিয়ু য়েংজনিংদুনা ঐখোয় এক্সকর্সন ওইনা লাকচবনি ।

লৌ লিংবীশিং - ইচাশিং, নখোয়বু করি লমদর্গীনো ? মতমনগা ফৎতবনে আদা উরিবা, অদু ! চীংদুম মচাশে অসিনি, খরা ব্রাৎলি চংশিনখো, য়ুম খরা তারিবসি উব্রা ?

ছাত্রশিং - উজরে ইমাশিং, অদুদা ইমাশিং লম্বীসিবু গাড়ী থৌজিনবা য়াগদ্রা?

লৌ লিংবীশিং - য়ারোইবু' নোংজুথাগা ওইবনে চীং লৈবাক মরকতা গড়ী পুৎথগনি ।

ছাত্রশিং - অদুদি ইমাশিং ঐখোয়দি লমসু লাপ্পা লাকচৈ ময়াং ইস্কোলদগীনি ইমাখোয়দা গড়ীসি থমজরমগে য়াগদ্রা ?

লৌ লিংবীশিং - ইস্কোকনসু লাপ্পা লাকইদা ফরে ফরে থমম্মু থমম্মু । আ ........... পঙথেঙ থেঙনদি লাক্কনু, ঐখোয়না কাদ্রিঙৈগী মতমদা লাকনৌকো । নখোয় মফমসিদা ?

ছাত্রশিং - হোয় হোয় ! ইমা ফগনি । 'হরাওনা পঙলাং-লাঙদুনা চৎখিবদুগী মরক্তা' লৈশেম্বা, শান্তা, তুংওইননা তপতক্না চৎলি ।

লৌলিংবীশিং - হাই-হাই ! ইচা অনি, নবাম্নী হল্লকখো ।

লৈশেম্বা,শান্তা - করি তাকপিগদবা ইমাশিং, ইবান্নি কৌববু ?

লৌ লিংবীশিং - কৈনোনি, ঙসাইগী ব্রাদু অকাউবা ব্রা অমা হায়রৌদ্রে, আ..... হৈরাং-লৈরাং চীংগা তাইনবা চীংমায়শে য়েংঙু মসি মফমসিদি চংঙুগনু । মমীং লাইরেন খোঙবী কৌবনি, ভাব তাররা ? অসি হায়গে তৌবনি। চৎলো, চৎলো নমান্নবশিংগা লাপ্নরগনি, কান্নরগনি, নশক্না নশক ফজবনে ইচা অনীদি ইয়াককাইদু ওইজনিংগ্রেদা। (লক্না রাহে)

লৈশেম্বা শান্তা - ফরে, য়েংজরুখিগে ইমাশিং ......!

লৌ লিংবীশিং - অহল অমগী ব্রাঙাং :- হাই হাই ফংবসু ফংলরোইদবদা মমিদা খৌশাদুনা নয়া অপাম্বা য়েংবদা নখুৎতু লেম্না লৈনরেনে, নমিৎতু লৌবুক্তা য়েংথৌ, নখুৎতা লৌহোন্দু পায়নদুনা নতিন হেক তাবমখৈ য়েংনবদু নঙম পুৎথরে লিংঙু লিংঙু নখুৎতুসু লেপতনা ব্রাশু ঙাঙঙুনে নখোয়বু ।

লৌ লিংবীশিং - হো নখোয়গী ব্রাদু তোকলো ! পাঔখোং চন্নসি হায়নবদু কাউথোক্লরব্রা ?

লৌ লিংবীশিং - হোয়নৈহে , ঙরাংগী মখাকতু, ঐগী তরন তারম্লনি । কদাইদগী পাওখোংনো ঐবু ।

লৌলিংবীঅহল - হাই হাই লৌহোন নমবো পোহন্নবদু নঙনা হয়েং হায়বদগী তোক্লখিবনিকো, পরপ পরপ চনথোকউ ।

মৌনাউ - ফরে লাইনা তম্বীবনি চনলগে । খাইনরেদো য়েরুম মানবা, লোম্নরেদো করি মানগনি ? পাওখোং চনজরে, কনা কনানো ফোঙবীরো ।

অহন অমনা - চরদহৈ, নপায়াইম্বী অদুবূ পাওখোঙলো । আ নয়ুমদা লৈহৌবা নপূরোইবদুনা তাকপিব্রা ?

মৌনাউ - ইমাখোয়না নোক্লবীরবা ঐগী পাওখোংশে ইশানা হেক্তা ফোঙদোকচরগে তাবীয়ুকো । ইমামানবীশিং খাইনবগী য়েরুম মানবসিনা নম্বরজিরো হায়বদুনি লোম্নদুনা করি মানগনি নম্বর আইত ওইহল্লিবনি।

লৌ লিংবীশিং - হৌজিক্কালগী পাওখোংশে, জাৎ জাৎনিকো । ঙসাইগী পাখঙ, নখোয়না মীতানবদুসু, নখোয়গী পাওখোংগুম্না হেক্তা ঐখোয়গী লবুক লৈখোম চীংগী চীংলৈবাক, মচি অমদনা লৈতান মচু অসিদা নুমিৎনীনীদং পুথদুনা , শিনফমশি শুহল্লবদি হা হা হা ! নোকখিবা মতাঙ ..।

লৌ লিংবী খরা- অচুম্বনি ! ঐখোয়গী শিনফমশি ইশক ইচু থোকহন্দবা শিনফম্নি ।

লৌ লিংবী অহল- য়ারে, য়ারে , নখূৎ লেপ্পবা য়াওরে , ঙন্তা কাখিনবা,লৌদা অমুক মায় ওনশিন্দুনা লিংশি । ঐখোয়গী লৌশি, ঙরাঙদগীনিকো ।

## ২ শুবা তাঙ্কক

## (হৈরাং লৈরাং চীংখোঙ)

*মতম -নুংথিন পুং ২*

শান্তা - ভায় ঐখোয় অনীশে, খবক চৎথোকপা খূদিংমকতা অশুম জুরা শাদুনা লৈবসিবু নঙগীদি,অমা য়েংলসিদা !

লৈশেম্বা - কৈনোদা ভায়, অপাম্বসু লৈতনা ......... নঙগী অপাম্বা লৈরগনা, নঙসু জুরা শেম্মশি কৈনো ?

শান্তা - ঐগীদি ভায় ! পাম্বা পামদবা তোকখ্রো (মপী তাদুনা) খল্লুবদা, য়েংঙু ইমা অশোনবী হোরেন হয়েং খঙদনা হিংইবী হায়বখকতা ঙাইরেদো,ইচন শাবীত্রিনা ফি খরা খরা শাবদুনদি ঐখোয় হিংমীনবদা ব্রাই খঙদ্রেদা! ভায় মসি তোক্লসি, বাফমসি ঐহাক শুকশোয় শোয়দনা থবক শুফম থিরগদবনি । লাইরিক্লা হৌজিক পুক থনবা য়াবা নত্তে। ঐহাক তোক্লনি লাইরিক্কা লোইশিনবা লোইশিন্দবা ...... ।

লৈশেম্বা - অস নুপিদৌনা নপীকাকতু তারক্কনু য়েংনিংদে,লোক্কী ঈশিং মখোল অমা তায়,থিশি, নঙসু নমিৎ নমায় তাথোকউ, ঐহাকসু খোঙসে চামথোক্কে ।

শান্তা ভায় য়াম্না নক্লা লৈবে, য়াম্না তরু-তরুনা উই ।

লৈশেম্বা অস ! খুঈংসিদি, মসিদা ঈরুজরবদি কালেনগী মতমদা .... থকপু থক্কে । অস পুকনুং মফম কদাই য়ৌই হাযবা খঙইবু। শান্তা ! নঙশু থকউ লাউনে । কোককাসে অঈংবা ঈশিং হাপসিনেহৈ ।

শান্তা আই, ভায পামলৌ চীংমায় ফজবা মফম অবাপ্পদা য়েংঙুনে !

লৈশেম্বা - অস মফমসিগী ফজবসি অমুকতা উখিদ্রি, উপাল পরেং পরেং নোম্লী নোম্লী অকোয়বদনা চীংলোন-চীংলোন নুংশিৎসিশু অশেঙবা ফংই, কয়াদা থম্মোয ফাওনা অঈংবা নুংশিৎ হুমজিনলকলিবা !

*(ব্রাখল পঙথনা য়েংদুনা লৈথোকখিবা মতাং)*

শান্তা - ভায় নঙগী ব্রাখলসে মফমসিদা অওনবা ব্রাখল পুরকখিদুনা য়ুম হনবা কাউখিগনিকো পুক্নীং নুংশিবা ব্রাখল নুংওনবা মওল মওল লাং ফাং লাকত্রো ?

লৈশেম্বা - অচুম্বদি ওই নংগী ব্রাদু, কাখৎনবা তৌরসি য়েংঙুরসি, হৈরাং লৈরাং খায়না শাৎপ্রা পানব্রা হায়বদু কদোমদা হান্না কাশিগে। ভায় শান্তা য়েংঙু লারেনখোংবী কৌই হায়বীরকপা ঙসাইগী লৌলিংবী ইমাশিংদুনা চংঙুনু কারুগনু হায়বা মফমসে নুপী অমা উই শম য়াল্লি য়েংঙু।

শান্তা - হোয়নেহৈ চীংমায়গী খরা-খরা অহাঙবা মরক্তা মখোং খুবোম হায়ফেৎ-হায়ফেৎ হায়দোক হায়দোক চৎপশি হাও ফনেক মুরৈনবা মচুনা চুনবা মচুনা মচুথোক্ল থমবৌগুম ফজে, উরে,উরে ।

লৈশেম্বা - মসি শক খঙনরুদবা য়াদ্রে । ঐহাক চৎনিংবগী ব্রাখলনা ঙাওরকইদা শান্তা ।

শান্তা - অদুফাওদি ফত্তে চংগুমশি লাপ্লা য়েংশি লাইরেনখোংবী হায়বদুগী চীংমায়নি ভায় ।

লৈশেম্বা - লাইখোংগেরা মী খোংগেরা ঐহাক মসি শকখঙনরুদবা য়াদ্রে খামগনু ভায় ।

শান্তা - তৌরনু তৌরনুকো ! নঙগী অনিঙবা অপাম্বনা অকি-তুজুং ফাওদবদু আদা তৌবদু মফমসিদদি য়াদেকো । য়েংঙুসি হায়নদুনা লাকখিবা মফমসিদুম কাদুনা য়েংঙুরসি হনবদা থেঙখ্রগনি, ভায় ।

লৈশেম্বা - লাকমিন্নবা মখোয় লৈরমগনি, হৈরাং লৈরাং চীংদা নঙ কাখ্রগেরা ? ঐদি লাই ওইরো মী ওইরো নুপীসি খঙনদুনা মশক খঙনদবা য়াদ্রে ঐহাক চঙশিল্লগে ।

শান্তা - ভায় নঙবু ঙাইখো, লাকমিন্নরগা পুকচেল মান্নসি, নঙসু ঐসু মফমসিদা খঙনবা অমা লৈবা নত্তেনে, নঙনা শিবা মফমদা ঐসু ।

লৈশেম্বা - অদু ওইরদি ঐবু খামগনু ।

শান্তা - ফরে ঐহাক আ মথক ফাওদি কারোয়গে, নঙ য়ৌজরু লোকখা চিংমায়সিদা ফন্নমগে, অস ! হৈরিৎ ককাসু পাল্লি ভায় ।

লৈশেম্বা - অদুদি ঐহাক কাখৎতুনা য়ৌশিল্লুখিগে, নঙ হৈরিৎ চারম্মুকো ।

## ৩ শুবা তাঙ্কক

## (লৈসিনা শীংজনবা)

*মতম-পুং ৩ তাখি*

লায়রবী লৈসি - হিংনবগীদমক লানথেংনবদা অকি তুজুং ফাওদনা নোংজু নুংশা অনীগী মরক্তা ঙহাক শীং চন্নবগী হোবে হোবে শম থন্নবগীদমক শীং ককখিবা মতাং, লৈশেম্বা হায়রিবা এক্সকর্সন লাকখিবা নুপা অসিনা উখিদুনা লৈসিব্রওনগী নাকতা থুংলখি ।

লৈশেম্বা - নহাক কনানো ? লাই ওইব্রা ? মী ওইব্রা ?

*(লৈসি খুমসু খুমদে ঙাঙবসু ঙাঙদে কিতক তৌনা থাঙদুদি মখুৎতা খুৎপায় চেৎনা রেডিদা লৈখি)*

লৈশেম্বা - হাই নঙবু কনানো ? মী ওইরদি খুম্মু শক খঙনশি, নশক্লা নশক ফজবনে চীংমীশু মানলি মফমসিগা নতৌগা চুনদে । ঐবু ব্রাহনগনু ! হায়য়ু নঙ কন্নানো ?

লৈসি - (খুমদবা য়ারকত্রদুনা) ঐহাক শীংচনবীনি । ঐখোয় ময়াম শীংচনবা লাকইবনি করি হায়নীংই ?

লৈশেম্বা - ঐসু মফম অসিবু য়েংনিংবদগী এক্সকর্সন লাকলিবনি। নঙ ঐ শক খঙনশি । করি মীং কৌই ?

লৈসি - মীতৈ ইবুং করেম্নগনু, মফম অসি করেম্নফম নত্রে।

লৈশেম্বা - শকখঙজনিংদুনা হংজখিবনি ব্রাহংদু, করেম্নবা ওইহনগনু । নশকতুগা মফমসিগা খেন্নখ্রেদা ।

লৈসি - ঐগা নঙগা খঙনরগা করি কান্নগনি ? মফম মতমচাদে থবক শিৎলি চৎখ্রো ।

লৈশেম্বা - অশেঙবা ব্রাবু পাউখুম্বীয়ু । ইচন নঙবু নীংথিবী ! অহানবা উরুবমক্তদা ঐদি ঙাইঙমদবা ব্রাখলনা অকি তুজুং ফাওদনা ননাক্তবু য়ৌরবদি খনখ্রে। ননাক য়ৌরবদা অমুক্তশু হেন্না ঙাওখ্রে । নঙগী শক্তমসিগা শিনফমসিগা পাওখুমদুতং খঙজরগা ঐহাক হনখ্রগে নমীংদুতং হায়বীবদা কায়রগদ্রা ?

লৈসি - ঐহাক চীংগী লৈশানি পিক্লীবা ইপৌব্রা অমবু নাওয়োকতুনা শিনফমসি ইথৌদাং ওইরিবনি । (হিংম্নবগীদমক) ঐগী ইমিং লৈসিব্রওল কৌই । লৈবীহৌরো ঐহাক শীং অসে শম থনখ্রে ইয়ুমদা হনখ্রগে ।

লৈশেম্বা - মখুৎ খুদাং তাপ পাঁয়খি অদুগা লৈসিবু খামখি ।

লৈসি - থাঙ অদুনা হায়থরকতুনা লৈশেম্বদা শোক্কদবা খজিক ব্রাৎলিঙে ।

লৈশেম্বা - করিগীনো ? ঐবু অদুক লাম্না খনবীবদু ? তশেংবনি লৈসি ! লৈরাং শকহেনবী ঐবু থাজৌ, ঐহাক নঙবু নুংশি, পাম্মুজে, থম্মোয়না খোয়দাজে ।

লৈসি - হে মীতৈ লৌনম্বা ! ঐবু নমথাক লৌনম তৌদুনা ঐগী থম্মোয়বু কাইহৌবীদুনা হৈ লৈগুম পৎ থৎপিগে খনগনু, লৌনম হৈবা মীতৈ, ঐহাক নঙবু থাজবা ব্রাৎলি ।

লৈশেম্বা - লৌনম্বা নত্তে, ঐহাক নঙবু করি তৌরোয় ঐবু থাজৌ ! পুক্সিদা নঙনা অহানবা উরুবা নুংশিবা হায়বদা হায়মনবা থোকলোই । ঐ নঙগী লৈফম অশেঙবা খঙদ্রিফাও য়ুম হল্লোয়, লৈসি ! নঙনা ঐবু নঙগী শীংকক থাঙদুনা য়াম্লবসু খোঙফম অমা ফাওবা হন্দোক্লরোই ।

লৈসি - মথোঙ খঙদনা শাওনিংবদু হন্থনা মীহুন্দা অসুম চোংলম্বদু ঙহাক স্বর শাংনা হোন্থরগা লৈশেম্বদা য়েংলুবদা মীৎচাম্নরুরে ।

লৈশেম্বা নিংথিবী নঙবু শকহেনবী ! অৱাৎপা লৈত্ৰবী নঙগী শক্তম শবান্দা ঐগী নুংশি মমি তাহল্লেনে, নংগী শিনফমশে উরুরগসু হেয়া খোয়রাংজে থাজদ্রবা থৌদোক্কী ৱারীসিনা ঐহাক ৱাদবা ঙমদে । তঙাংলবী খজাই অনীগী তাঞ্জফম ওইজগে । কোরৌগী মঙালনা য়েৰ্বীরম্বা নঙগী মচুদা ঐহাক্কী খুৎশাসিনা ঙাকথোকচগে কলক খনবন চৈঙাক ওইনা, নরোল শেংঙু ইফমদা ।

লৈসি - ইবুং নঙবু নুংশিবা ! নচন্দী লায়রবী লাইবক থিবী মপোকনি ।মরম অদূনা তাইবঙকনাগী মরুমসু থুপ্পীঙদে নুংশিবা পাখঙ কনাগী মতেংশু লৌনিংঙুদে ইদোম পুন্সিদা অসুম হিংজনিংই ।
অদুবু ঙসিদি ঐগী থম্মোয় মহি চেন্থরদুনা অহোংবা ৱাখল লাকহনবীরে ।

লৈশেম্বা - লৈসি লৈরাং শকহেনবী ! নঙবু মফমকৈদা শাৎলি তাকপিয়ু ? নমান্নবী ময়াম লাকমীন্নে হায়খিবদূনা কদাই।

*(তপতক্লা হায়খিবা ৱাহৈ)*

লৈসি - শকখঙদবা নফমদা ঐনা অৱানবা ৱাহৈনা ইশাগীদমক মীনম শোরি ঙাঙথোকখ্রে ৱারৌবীগনু । ঐহাক্কী হৌফম শাৎফম খংবীনিংলবদি লাকপিরো ঐহাক মাঙ চিংগে ঐসু নুংতি খুদিং ইপৌৱ অমা হেক হেক লোয়নরকখিবনি। ঙসিদি মহাক অদু নাদুনা লৈহৌরে।

লৈশেম্বা - হাই লৈসি ! নঙগী শীংদু ঐহাক পুবিগে ।

লৈসি - পুবীগনু ইবুং হোরেন নমান্নবা ময়ামদুনা নঙবু উরগা লেংথৈননিংলোয় নফি মোৎকনি । শমসিতংদি ইকোক ফাও থোনকৎপিয়ু ইবুং ।

লৈশেম্বা - (ফাগী অমুক) লৈসি লৈরাং শকহেনবী ! নঙনা মফমসিদা শাৎলম্বসি ঐহাক হৌজিকসু থাজবা রাংলি। ইম্থোক্লা চেংলৌ হেল্লিদা । (লক্লবা)

লৈসি - নোক্তুবা ঙম্লক্তুদুনা নোকমী নোকমী লৈশেম্বগী থম্মোয়দু অমুক্কশু হুরানখি ।

লৈশেম্বা - অঙকপনি ঙসিগী থৌদোক ! লৈসি নঙগুম্বী নিংথিবী শকতা-চুদা রাত্রবী মালেমদা অনী শুরমখিগদ্রা ?

লৈসি - ইবুং নঙনা ঐবু পঙথা থাগৎপিবা কয়াম কুইনা ফাও' থাগৎপিগদবা ? ইয়ুমসু য়ৌরে ইবুং ।

৪ শুবা তাঙ্কক

(লবুক্কী শক্তম অমা)

*মতম নুমিদাং রাইরম পুং মঙা ।*

এক্সকর্সন লাকখিবা ছাত্রশিং ঃ-

(লৈশেম্বা অমদি শান্তা ঙাইবদা রারদুনা লৌলিংবীশিংদা রা খরা হায়জনীংদুনা ) ইমাখোয় করিগুম্বা রা খরদংগা হায়জরমগে ।

লৌলিংবীশিং - থেঙলেনে নখোয়বু ইচাশিং করি রা ? লাকমীন্নবা মীশিং শুদ্রিবা ?

ছাত্রশিং - হোয় ইমাশিং মখোয় অনীখক রাৎপদগী অসুম ঙাইবদা থেংথরে । অদো ইমাশিং মখোয় অনীদু লাক্লগা ইমাখোয়না রাফম অমতং হায়বীয়ুগবা ।

নুপী কাঙবু খরা য়াওখিবনা মখোয়দু ঙাইঙমদনা হনখ্রে, মখোয় অনীনা য়ৌনবা উপাই য়েংলকউ খরা হায়বীয়ু য়াগদ্রা ।

লৌলিংবীশিং - হোয়নে হোয়নে নখোয় হনখ্রো থেঙথরনি । নুপীমচাশিংদুগী য়েংদবা য়াব্রনে ?

ছাত্রশিং - থৌজালহৈবী ইমাশিং ! থাগৎচরি । নচাশিং হঞ্জখ্রগে।

লৌলিংবীশিং - ময়াম্বু অমুক্তা য়েংঙু, নুপা লৌলিংবা চীংমী অঙম্বাশে। ঐখোয় ঙাইরিবরা কৈনো ? শুংকা কাদনকা লৌলিংইবা, নোকনিংদ্রা ? মখ্বাংদা তুঙগোল অমা য়ান য়েংবু য়েংঙুরবদি কুমহৈগী কুমহৈ হায়বদুনিনে নোকচনিংই । হা হা হা ! নোকখিবা

*(চীংমী নুপা অঙম্বা, লৈসিগী মবুং পোকমিন্দবনি)*

অঙম্বা - করিগীনোনে, মীতৈগী নুপীশিংনা ঐবু য়েংলা - য়েংলগা পঙনোক নোকপশিবু ? অশ ! লাঙখ্রেদা ব্রাদব্রা খঙদেনে । হৌনা হৌনা অসুক কন্না কন্না নোকইবসিবু ? চোঙা থিজাবীগুম পঙলাং লাংমনখ্রে। ঙাসু চীরা ফাবা ঙমদ্রে । লৌথঙনবা নুংঙাইখিদ্রেদা লাঙগনু লাঙগনু মীতৈগী নুপীশিং । (অকনবা খোন্থাং)

লৌলিংবীশিং - হো চীংমী অঙম্বা নঙবু ব্রাদরো নথন্তা তুমীন লৌলিংবদুবু ? করি ঙাবু ফাবগে তুংগোলদুগা ?

অঙম্বা - ব্রারে ব্রারে , লিংবীনবা লৈতবগী অসুম ব্রাবদু য়াদবগী লিংবনি । থেঙলে কারগনি ঐগী ঙাশে নখোয় মীতৈনা চাবীদবা ঙাদূনি, হঙোই খরা, মীতৈগী নাওশেক অমা অনী য়াওরি ।

লিরাই হৌদোং, থরাইকোকপি, হাওগী নাওশেকশু পংফা ফাবীবনি । নখোয়না চাবীদবা ঙানিদা ! নখোয়দি কাখিরোইদ্রো ?

লৌলিংবীশিং - কারগনি, ঐখোয়সু আ, হো অঙম্বা ! নঙগী লৌ অম্না ঐখোয়দা নেকথোক্লকউদনা, ৱাদনবা।

অঙম্বা - য়াইনে,ঐগী মরাইবকশে অফবা ওইবনি । মদুগী ৱাফম অদু ওইরবদি হয়েংমক হেক্তা লিংবীরগেরা ? শংব্রা খুৎলঙবু ?

লৌলিংবীশিং - শংবদূনবু হায়রিনি কৈনো ! অদো পৈশাককাতি খুৎশিন্নৌকো তারব্রা? হা অঙম্বা নঙবু তাবরানেহে ঐখোয়না হায়শে ?

অঙম্বা - তাইয়ে তাইয়ে ঐহাক, নকশিল্লকখিগে আ নখোয় মীতৈগী চৎনবীদু হৈথা পোৎথাককাতু নখোয়না অদুম তৌবীরো, ঐনা শেল ওইনা পীরগেনে, হা ?

লৌলিংবীশিং - য়াইয়ে,য়াইয়ে ! শেলদি শোৎকনু খুৎশিন্নবী ওইশিকো।

অঙম্বা - হৈপা ! পৈশা করি পিদনি ? ঐগী অৱাবা কনবীবা লৌসু নোংমদা পুল্লপ লিংথোকপনা চাং চপ মান্নদুনা খুৎলোনবদু খুৎমান্নগদবনি । অদুদগী নখোয়বু ঐগী করি থোক্লদুনা ঐনা শেল শোৎকদ্রা ? লিংবীখ্রো ! লিংবীখ্রো হয়েংদু ঐহাক ঙন্তা লাক্লাগে, ঐহাক্তি ৱারে চীং লম্বীদসু অশাঙবা চৎকদবনিনা ঐদি কাখৎশ্রগে লিংবীহৌরো মীতৈগী নুপীশিং।

লৌলিংবীশিং - হয়েংশিবু ঐখোয় অঙম্বগী লৌলিংবা হায়নবদু লিংদবদি য়াদ্রে । লাইবক য়েংলশি শেল ফংবা ফংদবা।

লৌলিংবী - অদুক ফজনা হায়রমবদু থাজ্জেদা শেল পুরক্কনি । স্বর পুংফম ফখিদা। ফাগীদগী খীয়াওখিবদুগীনি। চাকঙন চানরগা লাইবক য়েংলশি হৌজিক্তা খনরগা কৈকান্নগনি হান্নদি খন্নহৌদনা । অদুগা মাসে মমীং লৈবা অফাওবা ডাকুনিদি হায়নবনি।

লৌলিংবশিং - য়ারেশে, ময়াম কাখ্রশি ।

লৌলিংবী অমা- য়াম্না ঙাঙনগনু অদুক ফজনা হায়রমবদু, ঙন্তা লাকনৌ পিদ্রগা পোইনুদা ঐখোয় ময়াম হেক খাওদোকশি, খাওয়ৈদা লোকশি । লৌ ওইরগা ব্রাগনু ময়ুমসু খঙই। নত্রগা মচন্নুপী লৈশাবী মশক ফজবী অমা লৈবনি, মদু ইমৌ হেক ওইশিল্লগা লোইরেকৈনো, ফজখ্রজাৎনি লাই মচা কক্কাইদু অদুম ফজরমগদ্রা খঙদে, মীতৈ নুপীনা হেন্দবীনি। অদুক ইজাতি তিন্নদে হায়বখকতনি। (ময়াম য়া-য়া লৌকাখি)

## ৫ শুবা তাঙ্কক

## (লৈসিগী য়ুমদা লৈশেম্বা)

লৈসি - ইবুং ঙহাক ফমথবীদুনা পোৎথাবীরম্মুকো । ঐহাক ঐগী ইপব্রাদু অমুক্তা ইমুং চঙদূনা য়েংঙুখিগে । তুমথব্রা ? করমনো ?

লৈশেম্বা - অশ ! মসিগী লৈশাসিনা মশক্লে মতৌনে ইম্বোক্লা নুংশিজখ্রে ঐবু থেঙবসু থেঙলে, ঐবু করম ?
(লৈশেম্বা মথন্তা ঙাঙথোকখিবা ব্ৰাহৈ)
লৈসি ঐহাক ঈশিং খজিকতং থক্কে ।

লৈসি - থকপিয়ুনে ইবুং, খজিক নত্রবসু য়াম্না থকউ ।

লৈশেম্বা - নোক্লদূনা ঈশিং থকপদা হাখি । (মতাংদুদা লৈসিনা চেনসিন্দুনা)

লৈসি - লৈশেম্বগী মুনাল কনষ্টৈবন মনা পায়দুনা চিংখৎ চিংথ তৌরুই ।

লৈসেম্বা - নামনখিদূনা খাঙফম খঙদ্রদুনা লৈসিদা য়েংলকখি ।

*(মতাংদুদা অনাবা লৈসিগী মৌপৱাদুনা কৌরকখি)*

লাকপা - ইচে মীতৈ ইয়াম্বা অমা লাকই হায়বদু ঐগী নাকতা চঙবীরকউ হায়বীয়ু, ঐগসু শক খঙনগে ।

লৈসি - মীতৈ ইবুং নঙগী নশক ফজবদো ঐগী ইপৌব্ৰানা য়েংনিংবা ওইরমাল্লে । ইমুং চঙবীরকউ হায়খ্রে । ফজবা নশকতো উৎথোকপিখ্রো ।

*(লৈশেম্বা মপুক পায়দুনা নোকনিংবা হায়বদু হেক য়ৌনা নোকখি)*

*(মতাংদুদা অঙম্বা লৌবুক্তগী কারকতুনা ময়ুম চংদনা লৈসি অমদি লাকপাগী য়ুমদা)*

অঙম্বা - ইবুংগী লৈসি নঙবু লৈব্রা ?

লৈসি - লৈয়ে ইবুং । নুমিদাং ব্ৰাইরমসিদবু কদাই চৎকনি । ঐহাক !

অঙম্বা - ঐগী ইচন শাওগনবী ! শাওগনুনে ইবুংনা শোইখ্রমালে লাকপা নারে হায়বদু করম তৌরি ?

লৈসি - ইবুং করি থোইনা নদ্রমাল্লে। চাশিন থকচিনবগী অদুক তুমদ্রদুনা মশা শাগৎপা ওইরমাল্লে।

অঙম্বা - মহাক অসিনা কনা ? ডাক্তর ওইব্রা ?

লৈসি - নত্তে ইবুং, মহাক লম্মাংনরকপা এক্সর্কসন লাকখিবা মীতৈ ওইবনি। মহাক ঐগী শীংচনফম নাকতা ইঙাও ঙাওরদূনা থুংলখিবনি।

অঙম্বা - মতৌ করম্না নঙদি মখাদা গাড়ী থম্লরম্বা ময়াং ইম্ফাল খোঙবুদু ওইব্রা ?

লৈশেম্বা - হোয় মাম্নি ইয়াম্বা। লৈসি ঐহাক চৎখ্রগে। ময়ামদু ঐবু ঙাইদুনা লৈরম্লাগনি।

অঙম্বা - ঙাইখো নহাকপু মখোয়না ঙাইহৌদ্রে। নুপীমচা খরা য়াওখিবদূনা মখোয় থেংথরনি পাখৎতুনা হনখ্রে। লৌলিংবীশিংদুদা নখোয় অনী ব্রাৎলি মখোয়না লাক্লগা উপাই য়েংদুনা লাকউ। ব্রাফমসি শীম্নরম্বনি।

লৈশেম্বা - লৈসি ঐহাক অকাউবনা মরম ওইদূনা ঐগী ইমাম্নবা অমা ঐগী লোয়নরকপা মরুপ অমবু কাউথোকখ্রে। চৎখ্রগে। মহাক নঙগী শীংচনবা চীংমায়দুগী খরা চৎথরগা লোক অমা লৈবদুগী মফমদুদা হৈরিৎ চাদুনা ঐবু ঙাইরমগনি। ঐ চৎখ্রগে। *(ইপা পাখৎনা)*

অঙম্বা - ঙাইখো তহা তহাগনু। নহাক ইঙাও ঙাওরে ঐখোয়গী মফমসি গাড়ী ফংদবা, মীশু লনতক্লা তাবা, চীংমীনা নম্লা লৈবা মফম্নি।

নুমীদাং য়াচঙবা মতমসু ওইরে, নখোয়গী মীতৈ তাবসু অা মখাদা লৌব্রায় তাবগুম লৈনবনি । লাপনৈ নঙগী মরুপতূনা লৈহৌবসু, মফমদু লাইরেনখোংবী কৌনবা লোক্তুগী জগানি । মফমদুদা নথন্তা করম চৎকনি ।

লৈসি - ইবুংঙম্বা ! অদুদি ইবুংগী মরুপতু থিবদা খরা মতেং পাঙবীদ্রবদি করম ?

অঙম্বা - অশ ! ঙসিশে ইবুংদি ব্রাবসু ব্রারবনি, হয়েংশু মীতৈগী নুপীশিংদা লৌশু নেক্লম্মী। লৌহোন ফোয়দবা য়ারোই, অদুবু ফরে মীতৈ ইনাও চৎসি মাবু কৌবীরুসি মাঙ থারো ।

## *৬ শুবা তাঙ্কক*

## (শান্তগী ময়ুম)

*মতম -নুমিদাং শাবীত্রি (খাজিনবা) কা অমদা ফি শাবা।*

তমপাক্কী লমদমদা শান্তাগী ময়ুমদা এক্সকর্সন হল্লকখিবা ময়ামদু
চংলকতুনা শান্তা অমসুং লৈশেম্বা য়াওরকতে
হায়রখিবা মতাংদা শান্তাগী
মচন শাবীত্রি তুমথবদু য়াদবগী ফি শাদুনা মথব্রায় ব্রানা
মবুং ঙাইখি ।

এক্সকর্সন হল্লকখিবা ছাত্র অমা ঃ- হো শাবীত্রি ! হো শাবীত্রি ! ফিশাখোনসিনা তাদ্রমাল্লে ।

শাবীত্রি - কনানো কৌব্রো ? (অহোবা অমদা য়েংলুবদা)

ছাত্র - কৌই, থোক্লকউ,আ নখোয়গী তাচৌগা লৈশেম্বাগা মখোয় অনীদু ঐখোয়গা হল্লকমীন্নরকত্রে। ঙাইনবা হায়নফম অমা থম্নরগা ঐখোয় মফমদু য়ৌনবা খোঙলম্বীদা চৎনৈ। অদো নুপী কাঙবু খরা য়াওবসিনা ঙাইবা য়াবা ঙাইবদু মতম চাদ্রদুনা ঐখোয় হল্লকলে। করি খন্নসিগে লৈশেম্বদুগী ময়ুমদু ঐখোয়দি কয়া কম্না খংনবসু নত্তে নখোয়গদি নকশিন্নবা ওইনৈদো। পুলিস ষ্টেসনগা ওইবনে,মনুঙ চঙবা ফরক তানি থেঙথরবনিনা নঙ খরা ! হয়েং ওইরো ! খঙদ্রে। নঙ য়ৌহনখ্রো পাউদু।

শাবীত্রি - ফরে করি উপাইদি লৈরি, হয়েংদুদা হায়খ্রগে।

শাবীত্রিগী মম্মা- শাবীত্রি ! হৌজিক্কী ব্রাদু করি হায়রম্নীবনো ? মখোয় পুন্না চৎখ্রগবু নাতৈ চাদবা ব্রাদু !

শাবীত্রি - ইমা শাওনিংবা ব্রাখল খনবীগনু। ইমাগী হকচাংগী ফিবম খনবীয়ু। ব্রারুগনু মখোয় নুপানি।

শাবীত্রি মমা রাম্নি ঃ- ইমাগী ইবেম্মা শাবীত্রি নঙবু ইমুংসিদা লৈরিবশে ঐখোয় অহুমখকতনি। নপাদুমা লৈদুনা ইচা লাকত্রে, হল্লকত্রে হায়দুনা নবুংদু থিরুগদবশু নত্তা ইমাগী ইবুংঙো ! ইমাদি মাঙজরেদা।

শাবীত্রি - ইমা কপকনু ডিহেদুগী খরা খল্লু। তৌবদি খরদি হেঞ্জবনি। মীগীদি সহরগী ফজবা য়েংবা চৎনৈ। মখোয়গীদি হৈরাং লৈরাং চীং য়েংগনি চৎখিবদুবু। ইমাবু মফমদুগী ফিভম খঙব্রানে হা ইমা ?

রাম্নি - খঙই ইবেম্মা মফমদু !(রান্থখিবা)

শাবীত্রি - ইমা কৈদৌরে হা ? ইমা ইমা ! ঐবু কনাগী খাংপোকশঙ অমগী মপোক অমুক ওইয়ু হায়বনো ? ইমা নচাবুসু পুবীয়ু ইমা ঐসু লাক্কে। (কপখিবা মতাং)

*(মতাংদুদা লৈশেম্বগী মপা ওসি মনি মচাবু থিবা লাকখি, শাবীত্রিগী তেংথা খোঞ্জেন্দা মনি হায়ফম তৌফম খঙদনা শুমাং মচিদা গাড়ী খামদুনা স্কুটর মথকতা চিন্তা তৌরি। শাবীত্রি গাড়ী মখোন্দুদা কনানো চিংনদুনা চেনথোরকই।*

*মনি ওইরম্লবদা, শাবীত্রি চেনথোরকই)*

শাবীত্রি - পাবুং (কপ্পদুনা) পাবুং ! ঙসিগী সংসারশিদা নচাগী কনা লৈজদ্রে হায়বদা হায়মনবা থোক্লরোয় ।

ওসি মনি - ইবেম্মা শাবীত্রি করিনো ? করমনো ? ইপা করি হায়সিগে ?

শাবীত্রি - পাবুং ইমাগী থৌদোক দাদা তাচৌ অনীগী পাউ হেক তাখিবদগী ইমা অদুম্মক সংসার থাদোকখ্রে ।

ওসি মনি - মখোয় এক্সকর্সন চৎখিবদু কৈদৌরবা ?

শাবীত্রি - এক্সকর্সন চৎখিবা ময়ামদু লোইনমক হন্নরক্লে । মখোয়না চৎখিবা মফমদু য়ৌদ্রিঙৈদগী খোং লম্বী মতেক খরা চৎনৈ হায়। মদুদগী মখোয় গাড়ী থমফম অমা ঙাঙনরগা চৎনবদগী কায়নখিবনা মানা মানা থোকপা চৎনবদু মখোয় পুন্নফম হায়নবা মফমদুদা ঙাইনবা য়াবা ঙাইরবদা নুপী কাঙবু খরা য়াওবনা মখোয় ঙাইঙমদদুনা হল্লকখি হায়রম্মী ।

ওসি মনি - অদুদি তাহন্নীংদবা নমাগী মমাঙদা কৈদৌবগী মখোয়না ৱারী শারম্বা ? নঙনা ইংগিৎ অমা পিখিবদি য়াদ্রা ? নঙবু পঙইদা । লাকইবা অঙাং মখোং চাদবদুসু এক্সকর্সন চৎপ্রা হায়ববু ঐনা মখোয়দু লোইনা ফাজিন পুন্সিল্লবদি । (শাওগৎনা)

শাবীত্রি - পাবুং ইমাগী লাইবক্লা অসুম থোকউ তমখিবননি মীঙোন্দা ৱারৌরুবা য়াবা নত্তে খললে নচাদি (অমুক কপ্পদুনা) পাবুং নচাগী লাইবকশে (কপ্পদুনা).....।

ওসি মনি - কপ্পগনু ! ফরে পুম্নমক তোকলো ইচাগীদমক ইপা লৈরি ৱাগনু । ময়াম লাকইবশিংগা নমাগী শেবা ফংজরু । ইপা হনখ্রগে । নমা থারককে, নমাগা খম্নরগা ইচাগীদমক ! ঐখোয় লৈরিবশিংদি ইচা নদোম ইপানা হুন্দোক্লোয় । নমাগা তাম্নরুখিগে । ইপা নুমিদাং দিয়ুটি তাবা মীওই খরদা থবক অরুবা শিন্নরমদে । মরম অদুনা ইপাদি হনখ্রগে । নমাগী সংস্কার তৌনবা ময়াম তানরু । চংঙো ইমুংদা ৱাগনু ! ইপাগীসু নবুংদুখক্তং তরক্লা লৈবনি ইচানা হেন্নসু খঙবদু মঙায় । ইপা চৎলেকো।

শাবীত্রি - (কপ্পদুনা)পাবুং তাচৌ দাদা থিবীরকউকো ।

## ৭শুবা তাক্কক

## (ওসি মনি ময়ুমদা হল্লকখিবা)

মতম - নুমীদাং

ওসি মনি - তুম্লব্রা ? মমা নঙবু থোঙ হাংঙুনেহে (অমুক্কশু) হায় নচা হনলকত্রগবু তুম্বদু য়ারিব্রা নঙবু ? তাদে নেহে পূরা বৈরানি । মমা নঙবু থোঙ হাংঙুনেহে !

লৈশেম্বগী মমা - হো তারে,তারে ! ঙাইবীখো হাংজগে । ঐদি তূমথরুরেদনা ! মোয় বাবাবু নুংদাং হল্লকপা হল্লক্কবা খঙদে, হায়বীরম্বাদু কৈদৌরবনো ?

ওসি মনি - তানিঙদে, তানিঙদে কেথরনু ! নচাদু হয়েংমখৈ হা এক্সকর্সন অদু অদা কোয়থা থাও, কো তুমগনবী ।

চান্দনি - অঙাংদুবু মোয় বাবাদা হল্লকতে হায়দুনা ফোন তৌজখিবদুদগী ঐহাক তুমথরুরে, করি তৌরগে ? হা খুন্বীয়ুদা অমুক্তা মোয়বা ।

ওসি মনি - ঐ ঈশিং গীলাস অমতং থক্কুনা পোৎথাহল্লু ব্রাদু য়াম্না ঙাঙদবা হংদবসু ফৈ মমা ।

চান্দনি - অশ ! অহিংসিদা ফোন অমুক লাকইবসিনা কনা ওইরজাৎনোনে ?

মনি - ফোন লাক্লবদি পায়খৎতুনা হঙবসু চুমদব্রা ? অশ ! হকাম ব্রাব্রা চন্দুনা লৈথোকইবশে, মসি ঙসি, হনুথঙদা চৈ চানিশে ।

চান্দনি - হল্লো কনা পাম্বীবগে ?

পুলিস ষ্টেসন - ঐখোয় সার মনিবু অমুক্তা পাহনবীরকউ ।

ওসি মনি - হায় কনানোনে,অসুক থেঙথরবফাও ফোন তৌরকইবদু?

মুনাল - সার ঐনি মুন্নালনি, হায়জনীংবা অমা লৈদুনা ব্রা খরা।

ওসি মনি - করিনো ? হায়রোদনা ।

মুনাল - ঙসাইগী য়ু লল্লোম্বী কাঙবুদো মখোয়গী মরক্তা মৌনহা অমা য়াওবদু মপূরোইবা লাকই থাদোকপিদবা য়াদে মহাক অঙাং মচা চেনবীনি হায়ররে করমনো?

ওসি মনি - য়ারোই হায়য়ু । হয়েং কোর্টতা ওইনা পুথোক্কনি অদুগা মখা তাবা ব্রা খন্নসি হায়খো ।

মুনাল - সার ! মাগী নুপাসি অনম য়াম্না কল্লি । মতাংনা মতম্না নাতৈ চাদবদগী ঐসু সারদা ফোন তৌদুনা হায়জবনি। করমনো ? ঐহাক্কী কমলাকশে নিংথম চল্লে মাগী ধপতা। খোঙবু ময়াম অমসু গেস্তা। মমান্নবা হিংচাবা মানবা খরসু য়াওরকই । অদো সারগা অমুক্তা ব্রারী শাবীগদ্রা ? ফোন পায়হঞ্জরক্কে ।

ওসি মনি - হাই ঐ কোক য়াম্না শারী। নখোয় অদুক য়াম্না লৈহৌবদু গধা ঙাক্তা ওইব্রা ? গেট লোন্দুনা লৈয়ু । ঐগী ওডর মখাদা থবক তৌ ব্রা য়ামগনু থম্মে ।

চান্দনি - মোয় বাবা ব্রা অমত্তা হংজরিয়ে ! ঙসিসিবু অঙাংদুগী ব্রাদুবু ঐবু ভাব তাহনবীয়ুদা ।

ওসি মনি - নঙনে ব্রা হঞ্জিন হঞ্জিন অসুম ঙাঙদবদি ফবনি নাতৈ চানরকওই তরেৎ মথায় পাও অমুক হঞ্জিন্দবনি ।

চান্দনি - উম ! মোয় বাবাসি ঙসিদি য়ুরেম খরা থকচিল্লক্লন্ননি গরমসে । লৈত লায়র থিবী, নুপা মথোঙচাদবগী নুপী, উপাই থিজদুনা য়ু লালোনবী খরা ফারবনিনা য়ুরেম থকপগী ব্রা ঙাঙনবা য়ার্দ্রেদনা ।

ওসি মনি - অহিংসিদা মী তানিনেহে ! ক্রেকচুবী নঙ খোন কন্না ঙাঙবদু ননম নাবা তানিদা ।

চান্দনি - (মপি চিন্থরদুনা) মোয় বাবা ঐহাক ঙসিসে ঙহাক উরোন শারোন তুমথবদুদা মঙ য়াম্না নুংঙাইরমদে, ইচাদো ! ইমাগী ইবুংঙো নঙনা হল্লকতবসিবু ?

ওসি মনি - হায় মদু তাইবঙগী হৌনবী ব্রাঙাঙ হায়বদু কৌই । সে ব্রাদু হায়গে তাও নচাদু এক্সকর্সন চৎখিদনা । হল্লক্কে মমান্নবা ময়ামদি হল্লকহৌরে । ঐনা পাউসি লৌগে চৎলুবদা শাবীত্রিগী মম্মা অশোনবীদো পাউদুদা ব্রান্থখ্রে, শিহৌরে । মরম অদুনা শাবীত্রিদো ঐগী কনা লৈতে পাবুং! কপহৌই, নঙগা খন্নরগা লৌশিনবীরুবনা ফরোইদ্রা ?

## ৮ শুবা তঙ্কক
## (চীংগী লমদম)

*মতম - নুমিদাং অথেংবা (অঙম্বগী য়ুম)*

(লৈশেম্বা শান্তা থিবদু খঙখিদ্রদুনা মহাক অসুম উংঙদুনা,
ফমমে ব্রাখল,চারে,তুম্মে শান্তাগী ব্রাখল)

অঙম্বা - মীতৈ ইনাও ! ব্রাগনু ব্রাগনু, নঙগী মরূপ নুংশিবদু ফংনবা থিমিন্নগদবনি নঙ-ঐ। অদুবু হয়েংদুদি, ঐহাক ঐগী লৌ নেকপগীদমক মখাদা ঙহাক কুমথদুনা করি করি হায়নগদবা শেল পিগদবা লৈদো লৌলিংবীশিংদা। অদো নঙগী বাবাদুগী মমিংদুদি নঙনা ঙসাই হায়দু কাউখ্রে । করি মীং হায়প্র ?

লৈশেম্বা - ওসি মনি হায়বনি ইয়াম্বা ।

অঙম্বা - ওহো ঐনা কাউখিবনি । ওসি মনি, ওসি মনি কাউদ্রে, অদুমা নঙগী য়ুমগী ফোন নম্বরদু ঐবু খঙহল্লু । ঐনা মখাদা, লৌফমদা কুমথখিবদা ফোন্দু তৌখিনবা ।

লৈশেম্বা - ইয়াম্বা ঐগী বাবাদু য়াম্না ফিংবা শাওগনবা মীওইনি ঐগী মরমদা পাও অমফাও পিবীরুখিনু ।

অঙম্বা - ফরে ফরে নঙগী অপাম্বদু য়ারে । চাক খজিক চান্নবা ঐগী ইচন লৈসিবু চাক থোংহনগে । কৌরুখিগে নঙ লৈরম্মু । ইবুংগী লৈসি, করি তৌরি চাক খরা থোংঙুলাও মীতৈ য়াওবনিনা খরা হাউনসু চাশি ।

লৈসি - ইবুংঙম্বা চাকতি ঐনা থোঙদুনা লোইরবনি । ঐগীদা মীতৈ ইবুং হাউবা হাউতবা থিদনা ঐগীদা চাক চাশি, হঙ্গোইবীগদ্রা ?

লৈশেম্বা - হাই অঙাওবী অদুবু ব্রারো পকচদে মদু ঙাঙগনু লৈসি।

অঙম্বা - য়ারেদা চাক লাম্বানা সিগদৌরেদা লাকওদা মীতৈ । ঐগী ইচন লৈসিনা থোংবা চাক চাবা ফংবশে মীতৈ লাকপগীসু হরাও হরাও ঐবুসু অশাবা চাক পিজবসি ঐগী মবুক হরাওরে ।

লৈসি - শাউদুনা ইবুংঙম্বা কৈনোদা মীতৈগী মমাংদা ঐবু ! মতম অমদা ঐখোয় পূন্না পূন্না চাকখুম পূল্লম্বদু ইবুংনা নৎতবা চিনচাক চাবা লেপপু য়াখিদবদগী তোংঙান্নখিবা নতব্রনে ইবুংঙম্বা ?

অঙম্বা - ঐগী মচন লৈসি শাউবসি শাউখ্রে শাউখ্রে চাকসু ওক্তনা তোকপা তারমাল্লে মীতৈ ইনাও !

লৈশেম্বা - ঐদি ওকচরে ইয়াম্বা ।

অঙম্বা - শাউগনু ইবুংগী লৈসি ! ইবুংগী মবুকসে ঙসিদি য়াম্না হরাওমন্দুনা পঙাঙ ঙাঙখিবনি । নঙনা শাওরক্কদবদু ঐনা খঙবগী ফাগী শান্নবনি । মীতৈ ইনাও অচুম্বা ব্রানি ঐগী চিনচাক অহোংবা থম্বা ঙমদদুনা ঐখোয় চাকখুম তোংঙান্নবগী ফিভম লৈখিবনি। অদুবু ঐহাক মখোয়গী চৌকীদারদি ওইখিগনি ঐনা হেক হিংলিবা মখৈ ।

লৈসি - মপি চিন্থনা অশুম অঙম্বদা য়েংদুনা লেপ্লী ।

লৈশেম্বা - কৈদৌরে লৈসি নথব্রাই নুংঙাইতনা য়েংবদু করিগীনো? নপিদুনা তারিবদু ?

অঙম্বা - নোক্লদুনা ঐগী ইচনগী মপুক্লীং নুংশিবা ওইরে। ইবুং ব্রা অমসু ঙাংখ্ররোয়। তুমজরুরো। ঐখোয়সু ঐগীদা চৎতুনা তুম্মুরগে। চৎসি মীতৈ ইনাও ! নুংশিখ্রবা ইচন লৈসিগী ব্রারীনি, য়েংঙু ঐনসু পঙঙাও ঙাওদুনা পঙলৈ লৈথোকপা করি চারি করম তৌরি য়েংবীদবা। ইয়াম্বা ইতৈমা মখোয়নসু ঐবু লুনা থম্বীরম্বদগী ঐনা অমুক মখোয়গী করি তৌবা ঙমদে মখোয়বু শঙবীবা অসিতনি।

লৈশেম্বা - হায়রিসিনদি পোকমীন্নদবা ! মতৌ করম্ননো ?

অঙম্বা - ঐহাক্সু লাঞ্জেনবদা ইমা ইপা কায়নদুনা লৈসিগী মমা-মপানা ঐবু নাওয়োকপীরকপনি। অদুদগী অহনশিংদু লৈখিদ্রবদা ঐহাক লৈসিখোয়গা তোঙান-তোঙান্নরে।

অঙম্বা - লৈসি, লাকপাগী মমা মপাদো শিবসু শীখ্রেকো। মখোয়না নৌনা মফম অসি লৈবা য়ানবা শেন্নম্বনি। ঐদি মতমদুদা লাকপগুম পিকই। ফরেসে তুম্মসি হয়েংগী ব্রা, হংচিৎকী ব্রা থন্নসি।

লৈশেম্বা - অদো ইয়াম্বা হয়েংসিমদি খরা থেঙথনা ইয়াম্বনা লৌবুক্তগী কারক্লগা থিমীন্নগদবা নত্রা ? ঐগী মরুপপু !

অঙম্বা - হোয়নে ! হয়েংশে ঐনসু মখাদা হংবা য়াবা হংলক্লগা ফংবসু ওইসনু । অদুগা করিগুম্বা মতম খরা লৈবগী মতাং ওইবা তারগদি ঐনা মখাদা লৌদু খুৎলোন্দ্রি ফাও মতম খরদি ঈশিং ৱাৎতনবা ঐহাক মফমদুদা লৈখিগনি। নঙবুদি ইচন লৈসিদা শীন্নরমগে। চাক্ক মাগীদা হাপ্পনবা, তুম্বদুনা ঐগীদা তুম্মু । হায়বদি মরুপতুনা থিরকপ্রসু ঙাইয়ু ।

লৈশেম্বা - এ ঐসু মখাদা অদুম ইয়াম্বগী তুং ইনগেদা শান্তানা থিরকপা ঙাইবা ওইনা ।

অঙম্বা - অসুম ৱারীগী ৱানিকো খন্নবসি (নঙ-ঐ) অদুদা মখাদা নঙনা য়ারেকপদি হৈনরোয় কাঙ, তূমীৎ, তিনফা কাকফৈমক্তা লৈবনিনা ।

লৈশেম্বা - খঙদ্রেদা ইয়াম্বা ঐগী মরুপতু লাইবকথিবা মীওইনি। মচন অমগা মমা অশোনবী অমগা ৱানা হিংজবনি । করি খন্নগদবনো ঐহাক ভাব তাদ্রে ।

অঙম্বা অদুবু করিদি উপাইনো ? ঐনা নঙ নুংঙাইরোই খন দুনা ৱাফম অমা হায়বীদবনি । মহাক্লা লৈহৌবা মফমদু নুমিৎ হেক তাখ্রবদি চঙবা য়াদবনি । অদুবু ফরে,তুমথরসি হয়েংদুনা খরা থেঙথনা থিরগা মথংদদি মানা থিরকপা ঙাইরসি ঐনা মখাদা, লৌফমদা য়ারেকখ্রবসু, নচন লৈসিনা থোংবা চাক্‌চাদুনা লৈরম্মু । তুম্বদুনা ঐগী য়ুমদা তুম্মুকো ।

## ৯ শুবা তাঙ্কক

### (ওফিসার মনিগী য়ুম)

চান্দনি - ইবেম্মা শাবীত্রি নঙবু তাব্রা ?

শাবীত্রি - ইমা করি তাকপিগদবনো ?

চান্দনি - করিগীনো ? নঙনা নমায় ককাতু ইমক মকশিন্দুনা ? কৈশু খনজিনলুনুদা ! নুপানা চৎখিবা থবক খূদিংমক ঐখোয়গী করিশু থোইনা খঙ্বীপোৎতে নশাদু তিন্মন-লাইমন ওইনবনি নঙগী নয়ুমগুম খন্দুনা লৈথোকউ। ইচাসিদি নবুং হল্লক্লবসু হনখিদনবা ঐখোয়না নবুংদা ইচা শকতুনা নাওকোল্লগে হায়রগদবনি।মীগী মমাঙদা ঐখোয়নদী ইনাওনুপী ঐগী হেক পোকমিন্নবগী মচানি হায়রিবনি নঙসে। তনাল তনাল লৈয়ু। ক্বাটর ময়ামগী মীওইশিংনা নোক্লগনি নঙনা ফিভম কায়না নুংশুক-নুংজানরগা মীনা নোক্লনি । ঈশ্বরগী নোংদম্লি খল্লু ইবেম্মা।

ওসি মনি - ইপাগী ইবেম্মা শাবীত্রি নমাগা করি ৱারি শান্নরম্রীবনো? লাকও সিদা অচাপোৎসি লৌরুলাও। নমা লৈখিদাই। ঈশিং অশাবা খজিক পুথোক্লকউ। নমারা নচারা অমা। ইপা হকচাংশে খিরুম খিরুম তৌই।

চান্দনি - মোয়বা ! ঙসিগীনা করি পাউ লৈবীবনো ?

মনি - শাবীত্রি ! তারগা নুংঙাইরোইনে মমা ! খঙদ্রেনে ঐসু পাও ঈসি করিশু ফংদে মফমদুদা চৎলুবসু চৎলুই হায়বখকতা মঙাই। ভাব তাদে। ঐসু ৱারে।

চান্দনি - হে ঈশ্বর ! পুলিস ওফিসারগী মচানুপা অমখক্তুঙ *মদোম পোকচবদু লায়না মাঙইদা (কপ্লদুনা) হৈ ঈশ্বর!* থম্মানা মচা থিবা খঙদ্রে । নোংমৈ পায়বা ওফিসার কান্নদবা নঙনা পুলিস ওইদুনা করি কান্নগনি ? চাক পুকথম্নবগী ওইবনি। ইমাগী ইবুংঙো নঙবু করম্বা মতমদা ইচাগী মশক ফজবদো উবা ফংগদগেনে ইমাবু (শাওনা) কান্নদবা পুলিস ওফিসার ! মাঙজরগদ্রা ইচাদুবু ?

মনি - নঙ অদুম কপতুনা কৌরো নচাদু, তারনি শোয়দনা লাক্লগনি । ঐহাকশু ফমুং চংঙে ফমুংদগী হেক্তা ইচা কৌগে । থিররোয়কো ঐসু ।

চান্দনি - হো চাক কক্কা চাবীদনা তুমবদু তুম্বীরনু অমুক লৈনা-তিন্না ফুদোক্লক্লবা তৌবীরনু ।

মনি - মসিগী নুপীসি ৱাঙাং তাবদা অহাওবা অমফাও ঙাংদেদা। ঐনা অসুক ৱানা হনজিল্লকপসি ইশৌসি নেমদেদা ।

চান্দনি - ইচাদো হেক ফংদ্রিফাও ইশৌদি নেম্মোই পিরাংসু কংঙোইদৌরি ।

মনি - হায় লৌৱায় নুপী ! নখোয়গী উয়ুং মরূ খুন্দুনা চাবা অঙাং ঙামোক ওইনবদুগী ৱাঙাং খোন্দাদু তোকত্রিনে নঙ । চৎলো নপামদা মদুগী ৱাঙাংদু নপূরোইবা অমগী মফমদা ঙাঙগদবা ৱারা হংনরুখো নখোয়গী অহলশিংদা ।

শাবীত্রি - পাবুং ইমা অহনথংদা কৈদৌরবগে ? পাবুংগা ইমাগা ইকাইখাঙদগী কঙ কোংনৈ হায়বদু ওইনখিনিকো । ইমা তোকপিরো কৈদৌগে । মসি পুম্নমক্কে মহা য়ুমহন-জিন্দবগী বেরা লৈতবা অনীদুনা থোকহল্লিবনি ।

চান্দনি - ইবেম্মা শাবীত্রি ! লাকও ঙসাইদগী মখোয়বু ঙাইদুনা চাক অশাবসিনা চজিক ওল্লফাও ঙাইর্জরুবসিদি খোম্থি চাননবা তারে । লাকও ঐখোয় চারসি ঙাইগুমসি ।

শাবীত্রি - ইমা পাবুংশে ফিভম কায়না তুমথখিবা মাল্লীদা হুমাংসু পুমলং লংইদা করিনো চপ চপ শাইদুনা ব্রাসু ঙাংইদা হা ইমা ।

চান্দনি - খঙদে খঙদে মাগী ব্রা হায়রক্কনু । অশ খঙদ্রেদা ! চারসি চারগনে নঙ খরা অমুক য়েংঙুচো । হুমাংদু অসুম কাব্রা? হস্থদুনা লৈব্রা ? কৌবদা খুমব্রা ? খুমদ্রবদি ডাক্তর য়ৌদবা য়াররোয় অহৌবা নাইবা লায়না মখল মথেল য়াম্না লৈবনি । পুলিসনেনা তুমফম চাফম খঙদনা মতাং, মতম, মফমদুগী তারু তারুবদুগী অসুম লেল্লুবনিনা ।

শাবীত্রি - অদু ওইরদি ঐহাক হৌজিক ওইনা য়েংলুগে ইমা । পাবুং পাবুং ! চাক চাশে, ইমা তাদে ব্রানি । হুমাংশে ফি অমনা তৈথোকত্রদি করম ?

চান্দনি - মোয়বাবা (মপিচিন্থনা) ইচা কাইনবগী মৈচাক্লা ব্রাহে কারন ঙাংলুবগী ঐবু অদুমক শাওবীরবোই ? শাবীত্রি হুমাং তৈথোকউ ।

ঐহাক পুলিস ষ্টেসন্দা ফোন তৌগে মুনাল কৌদুনা মখোয়গীদুদা লৈবা গাড়ী অশংবা অমা হেক্তা পুরকউ হায়গে। নপা শংঙুকো ইবেম্মা ।

১০ শুবা তাঙ্কক

(চীংগী লমদম ,অঙম্বগী য়ুমদা)

লৈশেম্বা - ঐবু করি মতৌনো হে ঈশ্বর ! নহাকপু কদাইদা লৈবগে ? ইপা ইমাবুদি নীংহম্নদুনা ঐনা নোংমা শোয়দনা উম্নগনি খল্লি । অদুগা ঐনা লৈসিবু হুনদোকপসি সুকঙম ঙমদ্রে। শান্তা ঙাইবসিনা লাকখিগদ্রা ? য়ুমদা হল্লমগদ্রা? শান্তা নঙবু কদাইদা লৈবগে ? ঐহাক বাবাসু ঙরাং মঙদা উরম্মী । ঐনা মফম অসিদা লৈবসিসু ফনা কুইরে ঐবু করি করম ?

লৈসি - হোবে হোবে মীতৈ ইবুং ঐগী ইবুংদু ঙাইবদসু ৱারম্মনি। হয়েং লাক্কদ্রা ঙসি লাক্কদ্রসু খঙদ্রে । নঙগী মরুপসু নঙবু থিরকত্রে করমনো ? কুইথরদ্রো ?

লৈশেম্বা - খঙদ্রে লৈসি ঐহাক মরুপসু মরুপ্পী নঙবুসু হন্দোক্নুনা চৎপসি ঙমদ্রেদা ?

লৈসি - অদো নঙগী নবুকতু অশেংবা ৱাদি ওইকো ঙাংবদু ?

লৈশেম্বা - অশ করিনা শাখি ওইসিগে ? মরুপতু ফংবা ফংদবা হৌজিক ঐখোয় অনী চৎখ্রসিরা, ঐখোয় লমদুদা .............. ।

লৈসি - মদুগী মতম্মকতি ব্রাৎলিদা ঐহাক পামদা চৎকে চাক চারুরসি ঐখোয় চীংদদি চাক নত্তনা অতৈ অচাপোৎ ফংদবনি নোং ঙানবগা চাকনি, ইবুং হাউবা হাউতবা ঐগী য়ুমদা চাক চারুরসি লাকপিখ্রো ।

লৈশেম্বা - অদু ওইরদি ঐসু পাম চৎপদা ঐবুসু পুবিয়ুনে ।

লৈসি - নঙনা হৈনগদবা থবক নত্তে অব্রাবা থবক শুবনি ইবুং।

লৈশেম্বা - হাই অদুনিনে ঐনা হৈনগদবা। নঙবু য়েংল-য়েংলগা নতৌ তমগদবা। অদো লৈসি ! নঙোন্দা হংগদবা ব্রা অমা হংগে শেংনা খুম্মু । নখোয়গী পাম ওল্লকপগী ফিভমশে উ-ব্রা-নাপি পুন্নমক শেংদোক্লগা, অশোঙবদু কোকথোক্লগা, পাম হায়বদু ওইরকই হায়নৈ, নঙগীদি কনাগী মতেংনা পাম ওইখিবনো?

লৈসি - হোয় মদু হায়রকখিগে । হন্দক ঐনা ঐগী খুন তাইনবদা লৈবা পাখঙ খরা ঐখোয় দাদানা, ইবুংঙম্বনা নেকপিদুনা ঐগী পামশে শেংদোকইবনি । ময়ামদু শেল লৌখো য়াদ্রদুনা ঐনা মখোয়বু চাক খাঙবনি ইবুং ।

লৈশেম্বা - এ অদু ওইরবদি ঐহাক পামককা চৎলরোয় নঙগী ননীং থুংনবা মফম্মদুদা ঙাইনকসু কনানা খঙগনি । তম্বা ঙম্বা নত্তে । নঙবু নুংশিবা মীওইনা !

লৈসি - পাখৎকনু ইবুং ঐনসু য়াদে অদুগা কনাসু ঐঙোন্দা কারন তাবা ঙমদবগী মরম নঙগী খঙহনদকসু য়াই ।

ঐগী ইবুংঙম্বাশে মীনা কিনবা মমীংতং তাবদা তুচুঙবা অফাওবা মী ওইবনি থাজৌ।

লৈশেম্বা - হায়সিনদী নঙগী নবুং অঙম্বশে অঙম্বা মীংগৌদা কিনবদু ওইখ্রজাৎনিনে।

লৈসি - অহোয় মীতৈ ইবুং ! নঙবুসু চেকশিনবা ফৈ। অদো নঙবুদি ঐনা য়াখিবনিনা আ করি হায়না হায়সিগে, মীতৈ নুংশিবা !

লৈশেম্বা - ও ! হো আ ! (করেম্নদুনা) অদুননিনে কুচুদ্ য়াদেনে। মশকথীবা কুচু মুবা মীদি শিবা কিগন্দে হায়নবা লৈ। নঙবু ঐগী ব্রাসে ভাব তাব্রনে ?

লৈসি - করি তাদনি। ঐস্ মীতৈ নুপীশিংগা য়াম্না কুইনা লোন্দীনরকই। নর্স ত্রেনিং লোয়সিল্লবনি বাবা ইমা লৈরিঙৈদা। কান্নদেসে পামলৌ চৎপা থেংখ্রনি।

ঈশৈ নুপা - চীংগী লৈরাং লৈনুংশি নঙবু নিংথিবী
থরায়না খোয়দানা নিঙোলনাকতগীহেনঙমদ্রে,
শাইয়োনলকপি খোইয়ুম কনাগী মপোকনো
নিংথিবী নতৌদা ঙাওজরুরে ঐহাকতি।

লৈসি মীতৈ ইবুং চেংলৌহেনবা মানজও !
লাইবক থিবী মপোক্কী সংসারদা
নজাৎতি তিন্নদা লৈরাং ওইদুনা শাৎলুরবী
নিঙোল ঐবু লৎনবীগনু কৈদৌনুংদা নুংশিবা।

লৈশেম্বা - পামমেনথক্তা কাইদোংলিবা হাদা চেক্লাশিং !
নমিৎ চেৎনা উইশিল্লু ননা খুমজিল্লু
নীংঙোলগী মায়থোঙদা তারকলিবা শন্নাংশে
খোমকৎচগে অমুক্তুং য়েংহৈদবনি খল্লুকো ।

লৈসি - লাইর চীংগী চীংফৌনা থোংলকপা
চরা চাকয়োম য়াওরকঁই ইবুং
লৈতনসু থিরকতুনা থোংলকপা মথেলনি
অরাম্বা কোক্লবা হুকচিল্লুকো নুংশিবা
(লৈসি মপি চিন্থনা কপ্লকই)

লৈশেম্বা - পকচদেশে ! তোকউ কপকনু । মীওইবা পুন্সি ব্রাদনতা লৈগদবা নত্তে । অদো ঐহাক ব্রা হায়গেশে ! শোমদা ওনশিনলকউ । নঙগী পামলৌসিনা মপুং ফাদুনা হৌরিবা হৈপাল উইহেশিংসে চাওদ্রিফাও ঐসু নঙগী শিন্থা পাংদুনা লৈরগে । অদু ওইরবদি নঙগী অশা থুংগদ্রা ? হা য়াররা ? নবুংদুদি খাম্মুকো । মাগী ব্রাঙাং নুংগাই কিন্থবগুম্বা ব্রাজাও ঙাংবদু ।

লৈসি - থিক থিক নোক্লকই ।

লৈশেম্বা - হরাও নুংঙাই নোকমীন্নে ।

*(পামলৌদা অঙম্বানা লৈসিবু থিরখিবা)*

অঙম্বা - লাকপা ! নচে খোয়না কদায়দা, লৈবা ? উদেনা ।

লাকপা - ইয়াম্বা ! ঐনা ঙসাই স্কুল চৎলমদাইদা পামলৌ চীংদা চৎকনি হায়হৌবনি ।

*(অঙম্বা মবুকতা চিংনরদুনা মীতৈ পাকখঙ মচন লৈসিবু য়েংনিংবগী অমদি থেংথরবদুদা য়াচংবা মতম ওইবদুগা মখোয়গী ফিভম চেক তৌনবগী পামলৌদা পরপ পরপ চৎলি । লৈসি, লৈশেম্বা থম্মোয় অনীগী নুংশি ব্রারী শারি)* অঙম্বানা উরুই ।

অঙম্বা - ইবুংগী লৈসি নহাক অসুক থেঙথনা পামলৌ চীংদা করি তৌরি ? অথেঙ অমম খঙদনা মীতৈ লৌনম্বগা নুংশি নুংওন থব্রা ? হাই মীতৈ লৌনম্বা নশক্তু য়েংনিংদে হৌজিকমক ইচনগী ব্রাখল থাদোক্নুনা নয়ুম হনখিবনা নঙগী য়াইফবা ওইগনি । (শাওরদুদনা)

লৈশেম্বা - ইযাম্বা ঐহাক লৈসিবু নুংশি পামজৈ ।

অঙম্বা - য়াদে ইজাতি তিন্নদবা নখোয় মীতৈগী তাৎ-পাৎ অপঙবা চীংগী লৈশা থিবদু ঐনা শুকয়া য়ারোই । লৈসিবু পামজবা ইজাতি তিন্নবদা থাজগনি । য়ারোই, লৈসি ঐগী মাঙ থাদুনা য়ুমদা চৎলু । ব্রায়াম ঙাংদনা, মীতৈ নঙসু নয়ুম হনখ্রো খুৎ থাদ্রিঙৈদা । (অকনবা ব্রা)

লৈসি - (মপি শীন্থনা) ইবুংঙম্বা ঐবু ।

অঙম্বা - ব্রা মখা তাগনু । ঐনা হায়বা ইনগদবনি ।

লৈসি - ইবুংঙম্বা ঐহাক অঙাংমক নত্রে । ঐসু ঐগী অপাম্বা খঙই নঙগী নথৌ করি লৈদুনা ঐবু ।

লৈশেম্বা - ইয়াম্বা ঐহাক লৈসিবু হৌজিকমক পুদুনা ইয়ুম চৎচখিগে মাবু পীবীয়ু ।

অঙম্বা - রা য়াম্না ঙাংনবগী তাবীগদবা অঙম্বা ঐগী মনা পানদ্রে। চৎলু লৈসি মাঙ থাও। (চৎলু লৈসি, ঐগী মাঙ থাও)

লৈসি - ইবুংঙম্বা ঐহাক মীতৈগীদবক থরাই থাখ্রবসু য়ারে।

অঙম্বা - ইয়া লৈসি ইকাই খঙদবী মীতৈগী লৌনম-লাংদা থুখিবা য়ারোই ঐগী থাংপাক অসিনা।(ইন-ইন্দুনা পুখিবা মতাং)

*(লৈসি মতাংদুদা উপাই লৈত্রদুনা শাওনিংবা পুম্নমক নেমথদুনা মানা চৎলিবা লম্বীদুদা খ্বাংচেৎতগী লং শত শততুনা লৈশেম্বানা তুংইনলক্ত-বগী খুদম থমলম্রগা মপি তৈথোক - তৈথোক চৎলি)*

অঙম্বা - হায় লাকপা! থোক্লকউ নচে লমকেৎপীশে মপানকাক থোকহন্দনা থম্মু। মীতৈ লৌনম্বগা পামলৌদা অথেঙবদা পুন্সি লৈপুন শেম্নবগী থৌরাং তৌরম্মী ঐনা য়াদে।

লাকপা - অদুবু ইচেগী অপাম্ববু ঐনা থিংবা ঙমব্রা? অদুগা ইচেশে অপঙবা অঙাংমকসু নত্তে। মাগী অপাম্বা ঐগীসু অপাম্বনি। নথৌ তাদে।

অঙম্বা - অঙাং নচীন নয়া হেন্না ঙাংগনু। ঐনা হায়বদা হে তোংবসু য়ারোই। ঐহাক লৌবুক্তগী রানা কারকখিবনি। ইখোঙ অশে চিংবদা রারবনি। মতম খরা নখোয়বু হুন্দোক্লুনা থম্বীরম্বদুদা ঐহাক রারবসু রানা লাকইবনি য়ুমগী করম খন্দ্রানা। য়ারোই মীতৈদা থাজবা, নখোয়গী কনা হন্না য়েংবদা লৈদুনা ঐবু মৃকপগী রাঙাঙ তৌরিনো? মীতৈগী লমহুই লৌশিংদা ঐগী থম্মোয় চাকহনগনু। ঐহাক পোৎথারুখিগে। লমহেনবা থবক য়ারোই।

লৈশেম্বা - (অমম্বদা লোম্না লাকখি) লাকপা ! লাকপা থোঙ হাংঙু ইয়াম্বা লান্দবনি ঐহাক ব্রা অমতং নখোয়দা হায়রমগে।

লাকপা - মীতৈ ইয়াম্বা চঙঙকউ মনিঙথোঙ হাংগে ঐগীদি করিসু খল্লুগনু ইচেগী ব্রাখল ঐনা য়াদবা লৈরোই । ঐ ইচেবু নুংশিবা মরম্না ইয়াম্ববুসু নুংশি । হৌজিক মতম চাদে হয়েং চৎলু । অঙম্বা, মী ফৎতবা পুকচেল শেংদবদু তানি য়াম্না তপ্না চঙবীরকউ ।

অঙম্বা - লাকপা নঙ ঐগীরা তুংওইনদুনা ঐবু উশিৎতবা ঐহাক নখোয়গী ব্রাদু লুমদুনা ঙসাইদগী তারে । থোঙ হাংঙু। মসি পুম্নমক মীতৈ লৌনম্বনা থোকহনবনি । মহাকতু হাৎতোক্লগা ঐগী নিঙবা থুংগনি । (শাওগৎনা)

*(থোঙ কাওখাইদুনা ইমুংদা অঙম্বা)*

লৈসি শাওনা, অঙম্বাদা চৈবা

লৈসি - ইবুংঙম্বা নঙগী করি নথৌ, নঙ ঐগী করি থোক্লদে ইপা ইমানা নঙবু চৌকিদার ওইনা থম্বীরম্বা, ঐগী অনীংবা অপাম্বা থৃগাইনব্রা ? নঙনা ইচিন ইপব্রাগী লুপা অমা পিদুনা ইপুক থনহনখিবা লৈব্রা ? নথৌ নত্তে লাকপা । মীতৈ ইবুং মতাং অসি য়ৌরফাও অদুমক লৈথোকপা করিগীনো ? মতিক চাবা খুৎলাই ঐনা পিগে। শেলৌ অঙম-অঙম্বা নুপা মচা থৌদাং ...... !

অঙম্বা - কাম্নরোই মদুনা অফবা পুরকওই মীতে নহাক লাকও ঐগা নঙগা লোকখাদা ব্রারী শাম্নরুসি মাঙ থাও। (ইন্দুনা পুখিবা)

লৈসি - মীতে পুখিবা য়ারোই ইবুংঙম্বা ।

লাকপা - ইচে ঙাইখো মচেগী মখুৎ পাইদুনা খামখি । ইচে নঙদি নুপীনি য়ুমদা লৈরম্মু। ঐহাক মতাংনা য়াদবা থোকই। ঐবু খামগনু । ঐহাক তাঞ্জা অমা ঙাইরুগে । অঙম্বাগা ঐখোয়গা মুকনগুমসি । মীতে ইয়াম্বনসু মফমসিদা থৌনা ফুদোকপা ঙমলোই। ঈশ্বর খুরুমদুনা লৈরম্মু ইচে ।

লৈসি - ইচেগী লাকপা নঙবু ইচেনা নঙগী ব্রাহৈবু করম য়াশিগে? করম্নসু য়ারোইশিগে। ইমা ! পাবা ! নচাগী নুংঙাইরবা নুমিৎসে নচাবু করি ওইরসিগে ?

*(অঙম্বানা মীতৈবু ফুবদা ব্রারবা মতাং)*

*(লাকপা লুমদুনা মখোয়গী ফিভম য়েংলি)*

অঙম্বা - হাই মীতে নঙনা ঐগী ইচন লৈসিবু লোইবী চীংদা শাৎপী অপঙবীনি লৌনম চিরোন তৌদুনা নুংশি থরুম লুম্নরম্নদি করি পাম্মী হায়রো খুম্মো মহাক অদু সহরগী শহুম ফংদ্রিবী লৈশানি, অপঙবীনি খন্দুনা নুংশি নতাৎ তৌব্রায় ?

লৈশেম্বা - ইয়াম্বা ! ঐহাক তশেংনা লৈসিবু নুংশি মহাকথক্কী পুন্সি লোইখ্রবসু কাইদ্রে ঐবু হিংহনবীরনু হিংবদা কাম্নদ্রবা নঙগী খুৎখাক্কী চৈনাশে খাঙহল্লগনু ব্রারে ।

অঙম্বা - উম চুম্মী মদু য়াই নঙবু ফুবদা ঐসু ৱারে । ময়ু খজিক থকলুখিগে নঙসু পোৎথারো শিরমদাই য়ৌরে । শা লাক্লগনা অদুম চেনখ্রসনু ।

লাকপা - (মতাংদুদা চেনসিন্দুনা) মীতৈ ইয়াম্বা ! শে ঐহাক থিনগে ঐগী নঙগন্দা পোগে গাড়ী লম্বীফাও । নোংসু ঙানগদৌরে অঙানর্বদা মীতৈ খুন তাবফাও থিনগে লাকও শে ।

লৈশেম্বা - লাকপা ! ঐনা চৎখ্রগা নখোয়দা অমুক নৈবীগনি চেকশিনলুকো ৱারেদা... ।

লাকপা - মদুগী ৱাদু খল্লুগনু ঙরাংনা মাগা লম্বা তৌনরবদি মানা করিসু ঙল্লোই অদুদা ঐনা অসুম খনবদা নঙগী ফিভম ইচেগীসু ইকাই কাইনদবীদা অসুম তানজা য়েংবনি। ঐখোয়সু মাগা মাম্নরবদি মফমদু থাদোকখিবা তাবা অদুননি ইয়াম্বা ঐবু ৱারৌগনু ।

লৈশেম্বা - ৱারৌবা নত্তে ঐনা হায়বদি নখোয়না লৈহৌগদবদু !

লাকপা - অদুগীদি খনলুনু মাগী অপাম্বা মীদা ইচেবু থাজনিংবনিনা ইয়াম্বা লৈত্রদি করিসু তৌরোই । ইচেদা ওইরো, ঐঙোন্দা ওইরো, ফরেসে গাড়ী লাক্লনি । নোংসু ঙানলে নঙ চৎখ্রো । ঐহাক অথুবা মতমদা য়ুম য়ৌখ্রগে ।

লৈশেম্বা - লাকপা ! ঐনা য়ুম হেক য়ৌবগা নচেবু লৌবা লাক্লনি। নঙসু ইম্ফালদা লাইরিক তম্নবা ঐনা পুগনি । কাইনরসিকো ।

## ১১ শুবা তাঙ্কক

## (লৈশেম্বা ময়ুম হল্লকখিবা মতাং)

লৈশেম্বা - শাবীত্রি নহাক লাকলমলিব্রা ?

শাবীত্রি - ইঙক ঙক্লা দাদা ঐখোয় তাচৌদু য়ুম হনখ্রবা ?

লৈশেম্বা - ঙাইখোনে শাবীত্রি ব্রাদু লেপখো ঐগী হকচাংশে অমুক্তা য়েংবীখো ফুরিৎকাশে ইনপ - নপশিন্দুনা লৌথোকপা য়াদ্রে । নঙ অমুক্তা চিংথোকপিগেরা ?

শাবীত্রি - অশ দাদা কৈদৌনবা য়াওরকপগে ? ঐখোয় তাচৌদুনা করম ?

লৈশেম্বা - ইমাদি কদাই চৎখিবগে ? নঙগী ব্রাদু ঙাইখোনে তপ্না হায়গে গ্যান তানা তমগে ব্রারীদু ।

শাবীত্রি - ইমাদু পাবুং নাবগী হোস্পিতালদা লৈখি । হন্দক্কী এক্সকর্সন খুৎচৎশি মীশি-মীনা ঙাক থোকহনবা নখোয়শে ফবদি ফৎত্রবনি দাদা ।

লৈশেম্বা - কয়াম কুইখ্রে বাবা নাখিবদু, নঙ খঙব্রা ? ঐনা মরোন অমা ইপাদুদা মথব্রায় ব্রাহনবা ঐসু ফৎত্রবনি ।

শাবীত্রি - দাদাবু কয়াম কুইরগে এক্সকর্সন চৎখিবদুবু ? দাদানা খনবদু অদুম চুমগনি । ঐসু লাকপা নত্ত্রে য়ুমশংবীনি।

লৈশেম্বা - ফরে ব্রাদু পোৎথারো । ঐহাক ঙরাংদগী চাক চাদবনি। য়াম্না লাম্মে চাক খজিক ঐবু পিজৌ । ঐখোয়গী চাক থোংলব্রা ?

শাবীত্রি - অদো দাদা ! ঙসিদগী অমুক দাদানা য়ুমশে শংবীহৌরো ঐহাক তাচৌদু মথন্তা নুংঙাইরমলোই য়ুম চৎলগে ।

লৈশেম্বা - অদো ঐহাক চাক চাবফাওদি তোকখিগেদনা চাক চারিঙৈদা চৎপদু ফৎতে হায়নবা লৈবদাই ! নঙনা ব্রা অমা ঙাংই ঐনা ব্রা অমা, ঙাইখো, ব্রাদু, পুকশে থনখিগে।

শাবীত্রি - হোয় ঙহাকতংদি লৈখিগে ! ইমা পাবুংগী চাকসু থিনবা ওইনা চৎলগে য়ারেকো দাদা । ঐ য়াম্না চৎনীংবা ফাওই ইমা লৈতবা য়ুমদুদসু ।

লৈশেম্বা - শাবীত্রি নঙ ঐবুদি ব্রারৌগনু নঙনা তাচৌ লাক্রম্লগনি। হরাওরিবা, লাকতে নঙগী তাচৌ থিবা খঙদদুনা মফম অদুদা মাঙহৌরে । ঐসু মফমদুদা শৈদাংদুনা থিবা য়াবা থিরবনি ফংবা কৌবা লৈখিদে । মানসু ঐবু থিরক্তে (কপ্লদুনা)

শাবীত্রি - দাদা করি ব্রানো তাকপিরিবদুবু ? (কপ্লদুনা) ঐগী তাচৌ ঐবু হুনদোক্লম্লবা ! ইমা ! তাচৌ নখোয়না ঐবু ইথন্তা হুনদোকপিরম্বা করিগীনো ? ঐবুসু লৌবীরুলাও তাচৌ ! (কপ্লদুনা)

লৈশেম্বা - ঙাইখো শাবীত্রি ইমা কৈদৌখ্রবগে ?

শাবীত্রি - দাদা ! তাইবঙদা ঐগী কনা লৈজদে । নখোয়গী এক্সকর্সন হনলকপা মীওইশিংদুনা তাচৌ দাদা য়াওরকতে হেক হায়রবগা অদুম্মক ইমাদো, ব্রাম্থখিবদগী অদুম্মক সংসারগী ব্রাংমদা ।

লৈশেম্বা - অশ ইবুংগী শাবীত্রি ! নঙগী লাইবক ইবুংনা শেমগনি। ইবুং লৈরিবশিদি ব্রারুগনু লাইবক্লা তম্বা হায়বদুনি । নঙগী করি ব্রাৎকনি ? অশুম্না থোকউ তমখিদুনা নঙ- ঐ অমুক ইচিন ইপব্রা ওইরবনি ব্রাগনু ।

শাবীত্রি - অদো দাদা ইমাখোয়গী চাকতি থিন্দবা য়ারোই । ঐহাক থিল্লুখিগে তাচৌ নচনগী থম্মোয়সে কাইরেদকো ।

লৈশেম্বা - কপকনু শাবীত্রি ! ঐনা হেন্না নুংঙাইতনা মফমসিদা থুংলগদবফাও লৈথোক্লকলিবদু, চাককাতু থিল্লুরনু ফোন তৌখ্রো । ঐগী ব্রাসু হায়খো অশোকপশিদি হায়রুগনু । ঐনা হয়েং ওইনা থিল্লক্লগে হায়খ্রো ।

১২ শুবা তাঙ্কক

(চাংগী লমদম-লৈসিগী য়ুমদা অঙম্বা)

অঙম্বা - লৈসি নহাক করি খন্দুনা হিংলি । নঙগী মীতৈদু নঙনা উগে খল্লবসু ফংলরোই হা হা হা মীতৈ লৌনম্বা চাংমী অঙম্বা ইতিক খঙলব্রা ? মহাক অদু শিখিব্রা শিব্রা মফম খঙদনা মাঙখিবা ? হা হা ! হিংলবসু মফমসিদদি অমুক লাক্লরোয় । লৈসি নঙনা মীতৈগী ব্রাখল থাদোকপতাই। ঐনা য়াদে ।

লৈসি - ইবুংঙম্বা নঙহাক ঐগী ইবুং অমা ওইনা পোকমীন্নবা ওইরম্লবদি থৌদোক অসি থোকলোই । মীনুংশি লৈত্রবা নঙগী মীনোক নোকপিরনু মসি ঐগী ইয়ুম্মী। নঙগী নয়ুমদা নোকচরু ।

অঙম্বা - লৈসি ইবুংবু নঙনা ৱারৌবদু থমগনু মহাক অদুনা নঙবু নুংশি মতাৎ তৌবনি। মহাক্কী মপা-মমা শুনা লৈবা নুপানি । মহাক্কী ! মরম অদুনা জাতি তিন্নদবা মরম্না, কৈদৌনুংদা, নঙনা লৈখিবা থোক্লবসু অথিবা ৱাহৈনা নবুক থনগনি হায়বদু ঐনা ভাব তাবগী তৌবনি। নঙগীদমক খনবীবনি । ইনাকখুনবা অচৌবা থবক তৌবা ইমূংনা কৈশু লৈতবা চীংগী মীওই ঐখোয়বু নুংশিবীগদবা নত্তে। নঙ ঐনা হিংবদি ঙসি শুরুবনা হৌজিক্কী চরা থোংবনি নঙসু খল্লু । অদুগা পুম্নমক তোক্লগা ইবুংগী ৱাশকতি ঙাক্কবা য়াদবনি । লাকপা ! নচেসি শাওহনগনু । ঐহাক নচেগী হায়ন শীংনবা ইনাকখুনবা নুপাদুগী য়ুমদা চৎতুনা লাকইবা নোংমাইজিংসিদা নচেবু লৌখ্রো হায়রুরগে ।

লাকপা - ইয়াম্বা ! কুৎশি ৱাশিদি তৌনগুমসি ইচেগী ৱা তাদনা। ঐ শাওরক্কনিকো ।

অঙম্বা - খঙদে খঙদে লাকপা ! নঙগীসু ফননবা ঐগীসু ফননবনি ঐ চৎলে ।

*(লৈসি মপুক্লীং নুংশিনা মথম্মোয় শোক্লা কপ্লকই)*

লাকপা - ইচে করিগী কপলি অদুক থম্মোয় শোক্লা ? ইমা বাবাবু কৌদুনা শোন্দুনা কপকনু ! ঐহাক তাবদা ৱায় ।

লৈসি - ইচেগী লাকপা ! ইমা বাবানা ঐখোয়বু তাইবঙ সংসার অসিদা থম্বীরমদনা অসুম ৱারিবনি । নঙবু নুংঙাইরিব্রা ? তৌরি মতৌসিবু ইচেবু অসুম ওইরম্বা মীরনে ?

লাকপা - ইচে অদু ওইরদি মীতৈ ইয়াম্বনা হায়রম্বা ব্রা অমখক ঐনা য়ানিংবা লৈ অতোপ্পদি থোইনা খঙদ্রে । ঐনসু নখোয়গী ব্রারি পুম্নমক খঙদবনিনা কপকনু অদুগী শরুক ব্রা অমা খম্নসি ।

লৈসি - হায়রো লাকপা করি য়ানিংবা ব্রা লৈবগে ? ইচেদি নঙগী অসুম খন্দুনা হিংবনি অদু নত্রবদি ঐহাক (কপ্লদুনা) ইবুংঙম্বগী শুপ্নম শাশোন্দু শুকয়া য়ানিংদে। মরম অদুনা ঐহাক ঐগী পুন্সি হিংনিংদ্রে ।

লাকপা - কৈদৌবগী ব্রারুরিবনো ?
করিগী পুন্সিবু অদুক পাম্মুদনা ঐ লৈবসি ঐহাক অঙাং নত্রে ।

লৈসি - (মপি তৈথোকপা ঙমদনা কপ্লকখি অদুগা অমুকসু) লাকপা ! ইচেগী পিরাংশে মীতৈ পাকখঙগীদমক নত্তে। খল্লুবদা য়াম্মনখ্রে ঐগী ব্রাখল, ঐগী পুন্সি, ঐবু মাইগৈ লৈনা পাইহনবীগে খন্দুনা লৈচিনগী পান্দম ।

লাকপা - ফরে ইচে ! মীতৈ পাকখঙ লাক্লবসু কয়া খুদোং চাররোই মফমসিদা লাঞ্জাও থোকতুনা । হন্দকতি কন্নসু ঙম্লরোই ঐসু মান্নবা তল্লি মফম মতাং চাদনা ! মীতৈগী তম্পাকতা চৎলসি অঙম্বগী মীওৎ মীনৈসি অসুম হেনজিনবা ওইরনি ইচেনা হেক য়াদ্রিফাও। মরম অদুনা ইচেসু অঙাং লৈশা নত্তে। ব্রাখল য়াম্মা শিংনা খন্থবা মতম ওইরে খল্লি ইচে ।

লৈসি - ফরে, মীতৈ তম্পাকতা চৎশি। ঐনা শীংয়োন্নী শারগে। হেক্তা থিরুরসি মীতৈ পাকখণ্ড উন্নরুসি। লৈরিবা শা য়েন পুম্নমক য়োনথোক্কুনা নোংমাইজিং য়ৌদ্রিঙৈদা চৎশি লাকপা (ইমা বাবানা থম্বীরম্বা নুংশিরবা য়ুম থদোক্কুনা নচা ঐখোয় চৎপা তারে) মীতৈ তম্পাক্তা। লৈহৌরোকো পম্হৌগী লৈকোল হৈরাং-লৈরাং চীং। লৈসি লৈরাং ঐনা ব্রানা শেমজবা ঐগী পামলৌ চীংমায় হৈরাং উহৈ মপুঙ ফাদুনা চাবা ফংদনা চৎলগে লৈহৌরো হয়েংদি চৎপা তারে ঐখোয় তাক্লমদে হায়রমদে, হায়রগনু, ব্রারে.ৗরনু। (কপ্লদুনা)

*(লৈসি লাকপা মীতৈ তম্পাকতা চৎনবগী থৌরাং )*

লৈসি - লাকপা ইচেদি পুক্নীং য়াম্না নুংশিরকইদা ঙরাং অহিংদো বাবা-ইমা লাক্লম্মীদো। পূক্নীংশে নুংশিরকইদা! ইমা-বাবানা থম্বীরম্বা হৈরাং -লৈরাং চীংদুম অসিবু করম্না হুন্দোক্লম্নসিগে ?

লাকপা ইচে কপ্পুনা ! শোন্দুনা লৈথোক্লনু হয়েং হোরেন ঙাইরিঙৈ অমাদু লাক্লনি ! হংচিত্তি নোংমাইজিং নুমিৎনি। চর্সতা পৃখৎতুনা নঙবু সুংশোয় শোয়দনা পীথোকখ্রনি মাগী অপাম্বদা।

লৈসি - লাকপা ইচেবু করি ওইরসিগে নঙনা খঙদবগী ব্রানি হৈরাং-লৈরাং চীংদুম মচাশে নুংশিবা ব্রারী লৈরিবনি। য়েংঙু ঐখোয় চৎখিগদৌরে মতাগুম হৈনম-লৈনম মালংবনা হুম্নকলি, ঐখোয়বু খামলিবোই।

পন্থৌনা অহানবা চীং অসিদা থুংলখিবদা পাম ওইগে খন্না শেংদোকখিবা লৈরাং চীংগী ব্রারী অদুদা পোকখিবদু নঙগী নচে লাইবক থীবীনিদো মরম অদুনা অসুম মতম খরা লৈরগা লৈনদি তাইবঙগী পকথনবা য়াবা নত্তে খন্দুনা অমুক হৈরাং হৌনা চীঙমাইশে শেংদোকপদা ইচেগী লাকপা নঙবু পোকপীরম্মী ; মদুদগী থোনখিবা মীংগৌদা হৈরাং-লৈরাংচীং থোনলম্বনি। বাবা - ইমানা মতাংদুদা হৌরকখিবা হে-লৈ পুন্নমক য়ানথৎতনা য়োক্কুনা অসুম থমখিবদগী হৌজিক মমীং চৎপা ফজরবা মফম ওইরেদো ঐখোয়না হিংলিবসি ইমাগা ইপাগী চীংখোঙনিদো। (হিক হিক কপখিবা)

লাকপা - ইচে মদু পুন্নমক তোকখ্রো। মখোয়দি অদুমক লেঙদনা লৈহৌরগদবা হৈপাল লৈপানি । মুথৎপা ঙম্লোই কৈদৌনুংদা খল্লুরগনু । ঐখোয় তাইবঙ মীওইনদি চারোন শুরোন নাইরিবনি । নোংঙানগদৌরে চৎশি হায়ব্রা ? চৎলোই খনব্রা ? খল্লু ।

থাদোই - লাকপগী ব্রাদু থৌওইদনা বাখলগী ঈশৈ ।

ঈশৈ ঃ হো হো হো হা হা হা, ..........
নুংশিদকো নুংশিবা কৌবা নহাকপু
থম্মোয়গী মরুপ, থব্রায়গী মবুংঙো
হো, ........ চীংমী নীঙোল লৈসি
ঐগী পোৎথাফম উপাল ওইবা - ও

মশুংলাংগীনি খন্না লেপচরি ঙসিসু
থম্মোয়নুংদাসু ইরাং থৌনিজে, মাতবু
ঈশ্বর মাগী খুয়াখাদা, খুরুমজে,
নুংশিবা মাবু ঐগী চান্নবা,

হুনদোক্লম্বা তারে, লৈহৌরো নখোয়বু
পলেম, পন্থৌগী লাইর য়ুমদোংপোক
নিংথিজরবা, হৈরাং লৈরাং চীং,
কাইনরশিকো, ঐগা পামলৌ চীংমাই,
কপলগন্, নখোয় ঐখোয় কাইনরে খন্না

লাকপা ঐখোয় ইচেশে, চংলসিদা ইচে, মীতৈ তম্পাক য়ৌদ্রিঙৈদা, অঙম্বা লাকপা হানলগদি, ফরক তানিদা।

লৈসি কপ্লদুনা লাকপাগী বাদ্ তাদনা ঈশৈ, লোইশিনবা ঃ- হো পলেম পন্থৌগী নুংশিরবা য়ুমদোংপোক।

লৈসি - ফরে ঐগী মাযশে ইকাইখঙদবী ওনখ্রগে ঐহাক শীংয়োনবী ওইনা শাদুনা মীতৈ ইবুংগী য়ুমদু থিরুরসি। চংলু মাঙ থারো। লৈহৌরোকো নুংশিজরবা য়ুম।

অঙম্বা - ইচন লৈসি ! লাকপা। এ চপ্পি লোল্লি ! শীংচনবা, য়োনবা চংখিবা ওইব্রা ? পামদা চংখিবা ওইব্রা ? অদুদগী হেন্নদি মহাক চংলোইনা। ফরে হোরেন লাকপা স্কুল ছুতি থারক্লগা হংলগে। ঐসু বারে। মখাগী লৌসু য়েংবীদ্রে। করম ওইবা লৌবুক্তনা ঙরাং থকপগী চকচাংশে ময়ু মনমস্ নম্মে।

ঐগী ইচম্না নুংশিবা ব্রাবু ঙাঙবীরক্লরোই খঙদ্রেদা মীতৈদুনা হিংঙিব্রা ? শানা চেনখ্রব্রা ? খঙদ্রে ঙহাক পোৎথারুখিগে তুম্বীখিগে। ইয়ুম চঙদুনা ।

## ১৩ শুবা তাক্কক

### (হোসপিটালদা লৈশেম্বা)

লৈশেম্বা - মপাগী মমিং থাদুনা লৈরমগনি খন্দুনা কোইথি কোইথি র্থিরি রিশিপ্ট রেজিস্টার খৃদিং চঙখি ব্রাহং কয়া হংখি।

চান্দনি (লাপতক্লা) ইমাগী ইবুংঙো নপা সিদা লৈরে ।(মপি তাদুনা) ইচা লাকপসিদি তাইবঙপানবসি পাক শন্না নমাগী বাখল চাউথোকই । ইবুংঙো নঙবু কদায়দা লৈরুবগে ? হা খুম্মুনে। (কপ্লদুনা) নপা কৌরুলাও !

লৈশেম্বা বাবা - বাবা ! ঐ লাকএ । করি ইল্লু হায়বগে ?

চান্দনি খঙদে নপাশে গ্যান অমুক - অমুক মাঙই । ডাক্তরনা হায়রিবা নপাশে গ্যান মাঙখিবগা মাঙদবগা অনীগী পূংফম য়েংঙু হায় । মোয় বাবা নচা লাকইবসি, খঙদ্রবো মীৎখকতং য়েংবদুবু।

মনি - খুম্বদু রাইয়ে নমাশে য়ুমদা থাখো । শাবীত্রিদু মবুং লাক্লবনিনা অমুক চৎখিনি । ঙহাক উম্নরুরবসু বাবা ফৎত্রিফাও ঐখোয়দা অদুম লৈখো হায়য়ু। ঐনা হয়েং অনাবশে ফবগা মবুংদুগা রারি শারগে । ইপাগী লৈশেম্বা শাবীত্রিশে নচন পোকমীয়না পোকমিন্নদবা খায়বা য়াবা নত্তেকো ।

মহাকতু য়ানরগদি য়ুমগী য়ুম্বীরেম্বী ওইহনবসু কায়দ্রবনি । চৎলু মমা ক্লাটরবুদি থংনবা ওইরগসু লৈকাইগী অঙাং ককাতু লৈমিন্নহৌব্রা ? করম্না শিন্নরম্বনো? ঐখোয়না হোস্পিতালদা লৈরিসিসু ফনা কুইরবনি।

লৈশেম্বা - ইমা অমুক য়ুমদা হন্বদু থেংখিনিয়ে '। ঐহাক বাবাগা লৈহৌগে। চৎনবা তৌরো ।

চান্দনি - অদুদি ঐহাক চৎলুখিগে। মপা নঙ য়াম্না তুমগনুকো। ইবুংঙো নপাগী হিদাক চাবা পূংশিং কাওখিনিকো ।

মনি - ঙসাইগী শাবীত্রিগী ব্রাদো কাউনীকো । ঐনা নাবসি ফৎত্রিফাও চৎখিবা য়ারোই হায়বদো ঐনা ফরগা মবুংগা ব্রারী শানগনিকো ।

চান্দনি - ফরে, ফরে চৎলুখিগেকো । (চন্দনি রিক্সোদা লাকখিবনা ময়ুম য়ৌরবদা ।

চান্দনি - রিক্সো য়ৌরে য়ৌরে খাম্মু খাম্মু । হায় শাবীত্রি পোৎ খরা থাঙডুলাও ।ঐসুনে মাইরেনগুম্বা অরুম্বা ঙাক্তা হেক লৈশিল্লকই অহোঙবসিসু কল্লকইনে হেক্তা ।

শাবীত্রি - (হোবে হোবেনা) ইমা পাবুংগী অনাববু ? করম তৌরবগে? ঐ থাংগে, শে ইন্মোক য়াম্না লৈরকইদা ।

চান্দনি - খঙদ্রেদা ঐগী পূক্নীংদদি থাজবদু ব্রাৎলি । হিদাক গুলি ময়ামদু ডাক্তরনা চাও হায়বদুদি চাহৌরি । হৌদ্রিমখৈ ফৈ। হৌরক্লগদি আদনা ডাক্তর ময়াম লৈবনিনা খরা ফবা হায়বদু চিংই । ফরে কোম্না শারসি । ব্রারিদা য়াচংঙেশে নঙবু ধুপ থাউমৈকা থারব্রা ?

শাবীত্রি - থারবনি ইমা চাক্কা লোইনা লোইরে থোংঙে ।

চান্দানি - চংঙম্মু - চংঙম্মু ঐহাক লাই অমুক্তা খুরুম্মকখিগে । তেক্কী ঈশিং লৈবা নত্রো খোং খজিক চাম্নবা ?

*(লৈশেম্বগী য়ুমদা লৈসি)*

লৈসি সন্ধ্যা য়াচংবগী মতম ওইরকপগী মতমদা থুংলখি ।

চান্দনী - মতাংদুদা য়াচংবগী লাই খুরুম্বদু হেক হনগৎলকপদা লৈসি লাকপা উই ।

লৈসি - ইমা ব্রা অমতং হংজগেগবা ? য়ুমসিবু দাদা লৈশেম্বগী য়ুম ওইব্রা ?

চান্দনি - নখোয়বু কনানোনে ? ইচা লৈশেম্বা হংববু ?

লৈসি - ইমা মানবী ! ঐখোয় চাংমীনি দাদা লৈশেম্ববু উন্নজনিংই, ঐহাক শীং য়োনবা লাকখিবনি অদো শীংসু শীৎত্রে গাড়ীসু নংদ্রে ।

চান্দনি - মশাদি লৈতেনে মপা অনাবগী মনাক্তা হোস্পিতালদা লৈহৌই ইমা ইচা শীল্লোন, শীনজিন লৈনরিবনি নপাদুগী নাকতা ।

লৈসি - অদুদি ইমা ঐখোয় দাদাবু উন্নদবা য়াদবা মরম লৈ। ঙসিগীদি দাদাবু উন্নবদু ফংলরোইদ্রা ?

চান্দনি - ঙসিগীদি, ফংঙরোই উন্নবদু হয়েংদো ওইনা উন্নরো। থেংবসু থেংঙে ঙসিগীদি হনখ্রো ।

লৈসি - ইমা ! ঐখোয়গী লমদমদু য়াম্না থাপ্পা তামহৌরে মরম অদুনা তম্পাক্কী লমদমশে খঙনবসু কনা লৈতে ঙসি অহিংশে ইমাগীদা ওইনা য়ারেকচবা য়ারোইদ্রা ?

চান্দনি - হুং মদুদি, নুংঙাইগদৌবা মান্দে। নপাসু অনাবদু খরা কল্লি, ঙসিগীদি হনখ্রো হয়েংদু লাকউ।

লৈসি - ইমা ঐখোয় মীতৈ তম্পাকশে ঙসিনা অহানবা খোংদারকপা নুমিৎনি কনা খঙনবা লৈজদে।

শাবীত্রি - হায় অনমকনবী নুপানা নুপী পুরগা য়ারেকফম থিবদু কনাগী ইমুংনা য়ারক্কনি। শকখঙবা খঙদবা! হে নুপীনা নুপা থিরিব্রা হায়বসু খঙদে নশকতু য়েংনিংদে হৌজিক য়াচংবা মতমনি চৎখ্রো।

চান্দনি - শাবীত্রি নঙগী ব্রাদু তোকও চৎচখিনি অদুম্মক।

লৈসি - ইমা ঐবু নুংশিবীদ্রবসু ঐগী ইপৱাশে অয়ুক চাকঙন চাবদগী লাকইবনি মরম অদুনা ইপৱাগী য়েংবীরগা অরাম খৌরাংলবা অঙাংসিগী খন্বীয়ু। ব্রাবনা মহাক হুমাং মরিক মরিক কাখ্রে।

চান্দনি - হায় শাবীত্রি চাকতুদি মবুক থন্না পিজখো অরৈবদু পুথোক্লককউ।

শাবীত্রি - নিরগা চাববুদি লৈরগা চাবনা হাওবনি। শীংয়োনফম কৈথেলদো অদুদা চাক হোটেল য়ারেকফম হোটেন লোইনা ফংবনি। নশক্তুগা চমোৎলাই মানবী শাওনিংব্রা? শাওবসু ঙম্লোই, চারো-শে।

লৈসি - ইমা উপাই খঙদবগীসু হায়জবনি নোঞ্জবনি।(পুক্লিং নুংশিবোই, শাওনিংবোই) দাদা লৈশেম্বগী মরুপ নুংশিবা মাঙখিবা থিখিবদু ঐগী ইয়ুমদা য়ারেক্কুনা শৈদাংহনবনিকো।

ঐগী ইবুংনসু মরুপতু থিবদা তেংবাংবনিকো। নয়ুমমক চঙহননিঙদ্রবসু য়েন্নখা মচি অমদা ওইরবসু য়ারেকহনবীবদি য়াবনিকো, ইমা । কনা খঙনবা লৈতবগীসু নফমদা হায়জবনিকো।

চান্দনি - ইবেম্মা ঙসিগীদি নখোয়গী চঙজফম থিরুরো। শাওগনু ! ইমাগীসু নপাগী ক্বাটর ওইবনিনা ফিভম চাদে য়েন্নখা-নুংখাদুসু । য়ৌরো য়ৌরোনে থেংখ্রনি ।

লৈসি - ইমা মানবী ঐখোয়বু কদাইদনো হৌজিকপু য়ারেকফম থিরুগদবা শকখঙনবসু কনা লৈজদে। মীতৈ তম্পাক্কী লমদমশে ঙসিনা অহানবা খোঙদাবা অমদি অরোইবা পুন্সি তাঙকক ওইরব্রনে ইমা মানবী। ঐগী শীং অশে পুবদা ব্রারে ইমাগীদা থমজরব্রগে লৌবীহৌরো । ইপব্রাগী চাক-চামনগীদমক শীংনবা নত্তেকো থম্মোয় শেংনা পিথোকচরব্রবনি। চৎপ্রগে, ইমা।

শাবীত্রি - ইমা হয়েং ডাক্তরদা চৎপদা দাদাকাকা হায়রুনুকো । মথোঙ খঙদবী ফরকতাবী লেমদবী নুপীনিকো ইমা মাশে।

চান্দনি - কৈদৌবগী তমজরুগনি ইচাগী ব্রাখলগী অশা ঐনা ভাব তায় অসিগুম্বা চমোৎনবী চীংমী মানসু । লৈশাবীরা খঙদেনে, ব্রাহৈদু !

শাবীত্রি - তাৎ - পাৎ তৌরগা মথোঙ খঙদনা, দাদানা এক্সকর্সন চৎলুবদুদা শকখঙনরে মাগী ওইশিনবা য়ারনি খল্লি জাৎনি ।

চান্দনি - অদুদা মরূপ নুংশিবা হায়বদু নবুংদুগী ব্রারিদি মাল্লিনে, ফরেশে কাম্নদবদা ! চাক চাশি ! ঙস্তা তুমগে ডাক্তরদা য়াম্না ব্রায় ।

## ১৪ শুবা তাঙ্কক

## (থামম্বা অহিং ওইশিল্লকখি)

*(লৈসি লাকপা মথোঙ খঙদনা চৎলি লম্বী'মশক উরকত্রবদা নোংথাংলৈমা ইমানা কুফেৎ-কাফেৎ ঙাল্লি । মখোয়গী লম্বী তাক্লী)*

লাকপা - ইচে ! নোংসিদি খঙমম-মমশিল্লকইদা করমতৌনি শমকাতু থনম্মুদা ব্রাই চিন্নবনি ।

লৈসি - লাকপা ব্রাদু ঙাঙদনা তূমীন্না চৎল্লু । মী অচৎ-অওক্লা তারগা ঐখোয়গী ফিভম খঙখি-উখিগনি ।

লাকপা - অশ মীসু অমত্তা লাকত্রবসিবু । অহিংসিদবু । অদো ঐখোয়বু কদাইদা ? য়ারেকফম লৈ হায়বদু থিরুগদ্রা?

লৈসি - অশ মসিগী অঙাংসি ব্রা য়াম্না ঙাঙখ্রে । চৎপদুদা লেপকনু হায়বনি । কৈথেল মচি অমদা অঙাওবা - অঙাওবী শাদুনা ঙসিগীদি য়ারেকউনবা খল্লিবনি । লাইনা তম্বনি । ঈশ্বরনা তম্বা নোংদমখোল অমা লৈরম্লগনি । চৎলু চৎপদুদা লেপকনু ।

লাকপা - ইচে নাতৈ চাদ্রেদা ! নোংনা মরোন অমা চুশিল্লকপনে। মরকসিদা খাক-লাওবসু য়াওশিল্লকই । অশ মমীৎ ফাকপসিসু লম্বীদি মশক উই হায়ববু ! তোয়না ফাকচীল্লক্লবদি মীহুনসি দং-দং চোংইদা ইচে । কিজদ্রো ইচে ।

লৈসি - মসি পূম্নমক্কে দাদা লৈশেম্বা নঙনা এক্সকর্সন লাকপিদুনা ঐহাক ইবুংঙম্বগী মীওৎ-মীনৈ খাঙঙমদদুনা (কপ্লদুনা) দাদা নঙগী নুংশি মৈচাকশে !

লাকপা - অশ কপতুনা অমুক লৈরনু। মফম মতম চাদে। ঐবুদি লাঙগনু মহায় নঙনা।

লৈসি - ইচেগী লাকপা ! নচেগী পিশে খাম্বা ঙম্লকত্রে । নঙনা হংলিবা ব্রাহং করম্না খাঙমগনি । নুপী মপোক্কী থম্মোয় শোল্লবী নচেদা হংলিবা ব্রাহং চীংগী লমদমদদি ইচেনা কনাবু কম্না কিরুবা লৈতেদো ।
মীতৈ তম্পাক লমদমসিদদি নচেগী পূক্নীংশে মওল-মওল নুংওনবসু ফাওই । অদুবু ঈশ্বরগী নোংদম হায়বদু তারে লাকপা । মীতৈ ইবুং নুংশিবা ! নঙগী খোংগুল লিরক্লিয়ে। চীংমী নীংঙোল লৈসিবু কাওথোক পিরব্রা ? ইবুংগী চেংলৌ শক্তম উজবা ফংদনা নচলগী পুন্সি লৈখোকলোইখিবা তারগদ্রানে ? ঙসিগী অহিংসিদা(হিক-হিক মখোল থোক্লা শোম্থাংম্না কপ্লকখি)

লাকপা - ঐবুদি লাংগনু মহায় । মাদি কপ্লকএ । অশ হৌনা কপকনু ইচে ।

লৈসি - লাকপা খল্লুদ্রী মখৈদি ফৈদো । নচেগী ব্রাখল শাওনিংখিদুনা ! অদুবু মতাংসিনা থম্মোয়শে খাম্বদা য়ারকত্রে।

ওস্থোকপনিদা মীতৈ ইবুং নঙহাক্লা কাইহৌবীরমদুনা এক্সর্কর্সন লাকপীদুনা ঐবু কাইহৌবীরমদুনা ঙসি নচল লৈসি ইবুংঙম্বগী মীওৎ-মীনৈ খাঙবা ঙমদ্রদুনা ঐহাক মফম খঙদা কণ্ডাওনরকখিবনিকো (ইবুং) মীতৈ ইমা নঙগী থম্মোয় কনমল্লি। নমোম শাৎতবরনে মীনুংশি খঙদবী। (ঙহাক কপতুনা লৈখিবা মতাং) ইমা নহাকপু নমোম ওইবী ঐহাকতি নচানুপা, লৈশেম্বা মশুংলাংগী থব্রাইশে হিংগনি হিংঙোই, তম্বা ঙমদবা মতাং ওইরেদকো ইমা ! (হিক-হিক কপ্লদুনা শোনজখি)

লাকপা - ইচে, গাড়ী অমা লাইত ঙান্না থান্দুনা লাকইবসিবু তোংগে হায়সিরা ? কপ্লদুনা কান্নগদবা মতম নত্রেদা। (কপপুবগী ইথক থকনা লৈসি)

লৈসি - হাই নঙগী ব্রাদু মী ফত্তবা ওইরম্লবদি করম তৌগনি ?

লাকপা - অদুদি ইচে নঙনা নুপী ওইবনিনা লোৎখ্রো । ঐনা মীওইসিগী ফিভম য়েংখিগে।

*(মতাংদুদা ডাক্তর থানিল নাইড ড্রিয়ুতি হনলকপা)*

থানিল - করিনোনে ! কনানোনে ! অসুক থেংলবা অহিংসিদবু নুপা অমা নুপী অমা, লাই ওইরজাৎলনে ! হেক্তা য়েংলগেদা । হায় নখোয়বু কনা কনানো ? লাইরা মীর? নোংলকসিদা কনানো ?

লাকপা - হো ইচে (শোন্থাংননা) গাড়ী খামদুনা ঐখোয়বু হংঙিয়ে। গাড়ি মমাংদসু ডাক্তরগী সাইন্দ মার্ক অমা থেৎলি। এ মনুং লাইট থানখ্রে । মী ফৎতবা মান্দে ।

ডাক্তর থানিল - নখোয়বু লাই ওইব্রা ? মী ওইব্রা ? চোংলনিনে । মীদি মীনিসে। (শোম্বাংননা)

লাকপা - ঐখোয় মীওইবনি । চীংমীনি । গাড়ী ফংদ্রদুনা অব্রাবা নংদুনা চংলিবনি ।

ডাক্তর - ও ! অদু ওইরবদি কদাই য়ৌগদবনো ? ঐহাক থিনবীরম্রগে লাকওদনা ।

লাকপা - ইচে, থিনবীগে হায়রিঙৈদা থিলহম্নবা লোংলূরনু লাকও। তোঙ্ঙুরসি মাগী গাড়ীসিদা।

ডাক্তর - হায় ঐবু কিদুনা লোংলিবী নঙবু নশক্তুগা পকচদে । লাকওনে ঐহাক মী কনবা ডাক্তরনিনে। নাইড ডিয়ুতি তারুবনি লাকও - লাকও কদায় য়ৌগদবনো ?

লৈসি - ইকায়জনা তপ্পা থোক্লকখি। উ অমগী মরুমদগী ডাক্তরনি হায়খিবা ব্রাহৈদুদা।

লাকপা - ইচে নোংলকসিদবু নীংঙাইদনা লৈরনু লাকও। থোকঅবা অমা লাক্লনি । লাইনা তম্বনি ইচে ।

ডাক্তর - লৈসিবু উরুবদা মাগী থম্মোয়দা করিগুম্বা ইথিল অমা ফাওখি । ফজবা লৈসিগী ফিভম মীতারুই । নীংথিজে। মাগী ব্রারী-ব্রাখোং হংনীংই। (লকনা ব্রাহৈ) হায় ইচে নঙবুনিনে ঙাইজরিবশে । গাড়ীদা কাখৎলকউনে। নশাদুসু ইচোৎ চোৎলেনে ।

*(লৈসি পিরাংনা থল্লবী মাইথোং, নোংগী নোংলিক চোইজাইনরবী শমলাং, কয়াগী মতিক ফজবী অমা ওইরম্বদু ডাক্তর ঙকতবা ঙমদে। হায়ফেৎ য়েংউবদসু ফজখিবদু হেন্না অমুক)*

ডাক্তর - নখোয়বু কদায়দা চৎলুবদগী গাড়ী নংদবনো ? লমদম্মা কৈদগীনো ? কদায়দা লাকখিবনো ?

লাকপা - ঐখোয়শে ইয়াম্বা থাপ্লে, হৈরাং-লৈরাংচীং হায়বদুদগীনি। লাকখিবসিনা ময়াং ইম্ফালদা লাকপনি।

*(গাড়ি মনুংদা ফমদুনা লৈরিবী লৈসিবু, ডাক্তর থানিলনা য়েংবগী অপেনবদু নাইখিদ্রে )*

ডাক্তর - অদো নচেনা ব্রা অমসু ঙাঙদনা লৈরিবসিনা করিগীনো? করিগী চিস্তানো ? ঐনা থৌরিবা গাড়ীসিনা ঐগী য়ুমগী লম্বী চৎফম্নী। নখোয়না কদায়ফাও য়াওগনি।

লাকপা - ইচে হায়রো, কদায়ফাও থিলহনসি হায়বনো ?

লৈসি - (খুমদনা অদুম পিরাংনা পাওখুম পিরকখি) ব্রা য়ামা ঙাংগনু। হংঙক্কনু লাকপা।

ডাক্তর - ইচে নঙনা লমথুংফমদি কদায়ফাওনো ? খুমদনা নপি তারিবদি করিগীনো ? হাই লাকপা ইকাও কাওই। শে ঐগী টাওরেলশি পিখো নচেদা তৈথোক্কেরা, ইনগেরা, তৌনবা। নঙদি নুপানিনা ফে ইঞ্জিন মনাকতসু ফম্বনিনা নঙদি ফরম্মনিদা কংলম্ননিদা অচোৎপদুসু হা ?

লাকপা - ঙসাইনা কংগ্রে ইয়াম্বা। অদো ইচে নঙনসু খুমদ্রবনিনা ঐহাক ডাক্তরগীদা মীনাইরা কৈনো ওইরক্লরগেকো। ইচেদি ?

ডাক্তর - অদুবুদি ব্রারী-ব্রাখোং চুম্না হায়রবদি শকখঙনবা মীওই ওইনরবদি ঐগীদি কনা লৈতে। ইথন্তা লৈবনি। ইয়ুমগীসু কাগী কা ঙাক্তনি। অনাবা পেসেন্ট ময়াম লৈননবগীদমক। হৌজিক্কীবুদি অনাবদু লৈহৌদবনি। লৈবা য়াই নখোয়।

লাকপা - ইচে অশেঙবা ব্রাদু হায়খ্রগেকো।

লৈসি - অশেঙবা অয়ানবা ব্রাবু করি ব্রানো লাকপা ?

ডাক্তর - হায় লাকপা নচে মরোন থোক্লএ। হে নচেসি শাওনা ব্রা ঙাওইদা নচে শাওনি। ব্রাদু অশেঙবা হায়গনু। অরানবা ব্রা হায়য়ু লাকপা।(ফাগী ব্রাহৈনা মখোয় অহুম পুননা নোকখিবা মতাং)

লাকপা - অদুবু হায়বা ! ডাক্তরগীদা ওইনা ঙসিশে য়ারেকতুনা লৈরগা নঙগীদু অমুক হয়েং ওইনা।

ডাক্তর - হায়বসু হায়বনি, লাকপা পঙহাই, হায়নবগী ব্রানি, নখোয় নচেগী করিনো ?
অশেঙবা ব্রাদু হায়দ্রবদি ঐনা নখোয়বু চঙজফম পিরুরগা হয়েং অমুক নচেগী হেরোদুনা ঐগী ইকোক থুগাইবীগদব্রা ? খঙদ্রেদা অদুদি শেংদোক্লবা ফৈহে।

লাকপা - অশ ! শাওগে শাওজৌ। আ ইয়াম্বা ডাক্তর !

ঐখোয়শে ময়াং ইম্ফাল হায়বদুদা ইচেগী নুপা লৈশেম্বা কৌবা অমা থিরকইবনি। ইয়াম্বা ব্রারীশে!

লৈসি - হাই ব্রারীদু করি করম্না থিরকইবনো? ইখঙ হেক খঙবগুম ঙাঙইবদু? লাকপা নঙগী ব্রাদু!

লাকপা আ মখোয় ময়াম এক্সকর্সন লাকই হায় খঙইদুদি! অদুদা মাগী মমান্নবা অমা থিবা খঙদ্রে হায়দুনা ঐখোয়দা য়ারেকতুনা চঙজফম পিবীখিবা। লৈশেম্বা কৌবা অমবু থিরকখিবনি। ইয়াম্বা।

ডাক্তর হায় ব্রাশিবু লৌনা লৈনদুনা শরি-নামুংনদুনা ব্রাকোংনখ্রব্রা? ঐসু ইচিং চিংনখিবনি নখোয়শে।

লাকপা অদুমক্তি নত্তে ঐনা ব্রাঙাং হৈতবনি। অশ! ঐগী ইয়াম্বা চৌকিদার অমা লৈ। অদু কিদবা য়াপোন্তে, ইচেনা পামজবনা অমা ইয়াম্বদুনা পামজবনা অমা।

ডাক্তর অদুবু হায়বা, নখোয়না অহিংসিদা চৎলম্বদু, মতম্নগা ফৎতবনে নখোয়বু নোংজুগী অহিংসিদা ঐহাক থেংনদ্রবদি নখোয় ফরক তাদ্রা?

লাকপা ব্রারীশি হেক্তা শেংদোকচরগে ইয়াম্বদা। ঐখোয়বু ঙাকপি-শেন্নবীবা ইয়াম্বা অঙম্বা কৌবা অমা লৈ। মহাক ঐখোয়গী চৌকিদার ওইনা বাবা-ইমানা লৈরিঙৈ মতমদা মঙোন্দা শীন্নরম্বা জাৎনি।

ডাক্তর হায়! অহল লৈত্রবা হায়রিশে নখোয়?

লাকপা - লৈত্রে ইয়াম্বা ! ঐখোয় ইচেশে খল্লুরবদি য়াম্না নুশিগ্রজাৎনি ইচেনা শীং চন্দুনা য়োনলগা পামলৌ হায়দুনা ঐগী লাইরিক তম্নবগী ঐবু নাওয়োকপিরিবনি হিংনবগীদমক অশোঙবা মফমদা অকি-তুজুং ফাওদ্রবী ইচেগী ব্রাখল অঙকপনি । হিংন্নবগীদমক লানথেংন্দুনা। অসুক কুইরবা মতমসিদা ইচেগী নুংশিবা নুপা কনাসু হন্না য়েংদবী ইচেনা হন্দক লৈশেন্বদা ইচেসু ঙাওখি। মরম অদুনা পামলৌদা মখোয় অনীনা পাম য়ানলিঙৈ ইয়াম্বা অঙম্বানা থেংনবদুদদি অঙম্বনা ব্রাখল অমদা । মদুদগী অঙম্বা লান্দাবা হৌরকখি । মীতৈ ইয়াম্বদুসু অঙম্বনা শিনিংচিৎ ফুদুনা ঐনা অরোনবদা থাদোকখিবনি । নত্রবদি নুমিৎতু মহাক শিবা নুমিৎনি । ঐগী ইয়াম্বা পোকমীন্নদবদু জাৎ থিবা মীওইনি । মানা হায়বদা য়াদবা মীওই খূদিং হাৎতোকপগী বেরা লৈতবা মীওইনি । মরম অদুনা ঐখোয় লৈফম-চাফম খঙদ্রদুনা চেল্লকখিবনি ।

ডাক্তর - হায়রিসীবু চান-থকনবদি মানা করিসু য়েংবীদবনিনে হায়রিশে ?

লাকপা - হোয়, করিসু য়েংশিনবীদে, মাসু মতোমতা চাজে । ইমা - বাবা লৈরিঙৈদদি পুন্না চামীন-থকমীনরম্মী হায়। ঐদি খঙহৌদ্রে । ইয়াম্বা ঐখোয়শে লানজেনবগুম্বনি ।

ডাক্তর - ঐনা ঙসাই হংবদু লৈশেম্বদু থেংনদবগী নত্রগা নচেবু লৌশিনবীদবগী অহিংসিদবু নখোয়গী ফিভম হায়বদি নখোয় লৈশেম্বা থিরুবরা ?

লাকপা - হোয় মশাদো লৈরমদ্রে। ইচেগী লাইবক থিরে। মপা অনাবগী হোস্পিতালদা লৈখি হায়রকই । মমাদুদা ঐখোয়বু য়ারেক্লুনা লৈহনবীয়ু, মশাবু উম্নহনবীয়ু হায়বদু য়ারকত্রে । খঙদ্রেদা মচিন থিরিব্রা ? ঐবুসু ইম্ফালদা লাইরিক তমহনগনি । অদুগা ইচেবুসু অথুবা মতমদা লৌবা লাক্কনি হায়বীরম্মী । লৈশেম্বদুসু মশা কন্নীবা নুমিৎতুদা ! অশোমদসু ইয়াম্বা অঙম্বাদুনা হয়েং নোংমাইজিং নুমিৎতা ইচেবু চর্চতা লুহোংগনি । য়াদবা য়ারোই অসিনি ইয়াম্বদুনা। অতোপ্পা অমদা ।

ডাক্তর - ফরে ! মচে নঙসু ব্রা অমফাও হায়দ্রে । খুমদ্রবনিনা ঐগী য়ুমদা থৌজিল্লগেকো । ঙসিগীদি ঐগীদা য়ারেকখ্রো অদুগা নখোয়না লৈশেম্বা থিবদি য়ারলোয়। ঐনা থিবীগে অদুগা ব্রা খরা ব্রারী শানরবা মতুংদা থুংনজৌ।

*(লৈসি, ডাক্তর থানিল, উরুবমকতদা ঙাওনবদু ব্রা শেংদোকনবা মতাং )*

মতাংদুদা লৈসি- ইবুং ! বা খজিক হায়জগে তাবীয়ুনে ইবুং ।

ডাক্তর - হায় নঙগী ব্রাদুনিনে ঐনা ঙসাইদগী ঙাইরিবশে। খজিকতং নত্তে য়াম্না হায়য়ু। য়ুমসু য়ৌরে চাক খজিক থোংদুনা ঐবু পিজরম্মু ।

ঐহাক চাকথোংঙগা চাবা য়ামা তনলি । চাকথোংনা-থোংনা হায়রো নঙগী ব্রাদুনা লাকপা । গেটসি নঙ হাংবা হৈগদ্রা ? চপ্পী শে।

লাকপা - হৈরে হৈরে থৌজিনবীয়ু । ইয়াম্বা য়ারেকো অশ মীতৈ ইয়াম্বা নঙগী য়ুমসিদি অচৌবা হোল ওইনা ফজখ্রেদা ঐগী ইমঙদফাও উখিদবা ওইনা । অব্রাংপা লৈতে, চিংনবসু পোকতে ।

ডাক্তর - অশ মসিগী অঙাংসি ইচম-চম্বা মাল্লিশে । মচেসিসূ মশক য়াম্না ফজে। মাগী ব্রা অশেঙবা হংদবা য়াদ্রে । (মচিন্দা লোম্না শোনখিবা ডাক্তরনা) লাকপা ! নঙ য়ুময়েংদুনা লৈরবো লাকও । ঙা পোরোং মচা অমা য়াওবসি পুসিল্লুলাও । শেমদোকউ নচে চাক থোংহন্নবা।

লৈসি - দাদা ঐনা চাক থোংবসিবু হংগোইবীরোইদ্রা ? ঐদি চীংম্রী ওইবনিনা মীতৈগী চাকথোংসু খঙদবনি ।

ডাক্তর - পঙথোং থোংজিল্লু পঙহাও-হাওজনি । নরোন্দী থোক্লা ঙাংঙকপদু নুংশিবা খোম্থাংদা তাই । নমিংদি খঙদে । ইবেম্মা নঙবু ঐসু ইচে কৌগদ্রা ?

লৈসি - ইবুং ঐগী ইমিং লৈসি - ব্রওন কৌই। ইবুংগীসু ঐনা খঙজবা য়াগদ্রা ?

ডাক্তর - ঐগী ইমিংদি ঙসাইনা হায়নীংলবনি করিগী য়াদগনি। ডাক্তর থানিল ! নুপী লাইয়েংবদা মীয়াম্না নুংশিবীদুনা শকখঙবীবনি ঐবু । অদো লৈসি ! নঙনা হায়নীংবা ব্রাদু।

লৈসি - ইবুং ঐহাক লৈশেম্ববু, অমুক হন্না নুংশিবা ঙম্বগী অশা মাঙখ্রে নচনবু লাননা খনবীগনু । (মপি চিন্থনা) ঐবু নচন অমগুম, নুংশিবীবা ঙমদ্রবসু ইবুংগী মীনাই শিনফম ওইনা থম্বীয়ু, ঐহাক লাইবক থিবীনি ।

ডাক্তর - কৈনোনে ! মশুংলাংগী নথব্রাইফাও মাঙদৌবমখে পম্থুংদুগীদমক থিরক্লগা অদুক থুনা করিগী মাবু ? হে কপকনবী কপকনু, নঙগী থম্মোয়দুতং শেংঙু ।

লৈসি - (কপ্লদুনা) ইবুং ! ঙসি ঐহাক ইবুংগা থেংনরমদ্রবদি ঐহাক করি ওইগনি । অপঙবী ঐগী ব্রাখলনা মীতৈ তম্পাক লমদমদা অমুক্তসু খঙউ উরুখিদ্রিবী ঐগী আশা ! মাবু থিরুবী ঐগী অরান্বনি । হায়নবা লৈ অহলশিংনা । মকোক - মরু ফৎত্রবা ধরা মরি ফত্ত্বে হায়বদু ঐহাক খঙখ্রে । ঐহাক খনলুবদা ইশা ইথন্তা ইকায়বনা শিনিংঙকখি । তৌববুদি ঐসু লম্নগা তাম্না লাকপনে য়াচংবনি । হে ঈশ্বর, ঐগী ইরাইবকসিবু....

ডাক্তর - কপকনু ! নথম্মোয়দুতা শেংঙু লৈসি ! নঙসু তাইবঙদা কনা লৈত্রে হায়দাই । ঐসু অদু মঙাই । লাইবক থিবা মশেল হিংমীম্নগদবনি । নঙসু পঙলৈ মরৈয়ু । ঐসু পঙলৈ মরৈগে । থম্মোয় শেংনা হিংমীম্নশি নঙগী ব্রারিদু, নয়ুম হনজিনবদা কয়া ফগদবা মান্দ্রে।

লৈসি - দাদা ! ঐগী থম্মোয় শেংমন্দুনা ঐহাক কনাবু কনা কিরুদনা মীতৈ তম্পাক ইমাগী লমদমদা নুংঙাইরবা আশা অমা অওনবা পুরক্লনি খন্দুনসু লাকখিবনি । হোয় লৈশেম্বদা ঙাক নুংশিরুবগীসু । ঐখোয়গী চীংগী লমদমদা অশোঙবগী - অশোঙবদা । হিংনবগী লানথেংনবদু কোক্লনিসু খল্লুই । অদুগা লৈশেম্বগী ৱাহৈ-ৱাতাদা থাজরুই । মদুদগী ইবুংঙম্বগী শরৈ ইনবদসু কয়াদা ৱাখিবা ! অমুকসু খল্লুবদা ইবুংঙম্বাগী মীৎয়েং মখাদা ঐহাক্না হিংবগী কৈরোই-লৈকাইনা ঐবু উশিৎপীবনিদো । মাগী মঙাল হায়ববু অদু মঙাইরে ।

ডাক্তর - অদো ফরেনে ! কপকনু হায়দুনা থেল্লবসু য়াদে নঙগী পিশে নৌথবী তারে। আদো লাকপা তিভি য়েংলিঙৈদা ঐহাক তোঙঙানবা ৱা অমা হায়গেনে । পাওখোং ওইনবু চনগেদা ।

লৈসি - করি ৱানো ইবুং ? হায়বীরো চাকসু লোইরে । পাওখোং ওইরসু ফোঙগেনে ।(অমুক নোকখিবা)

ডাক্তর - চীংদা শাৎপি লৈরাং ওইরসু শীংঙেল ওইদুনসু লৈনমদি অহেনবীনি খঙজরে।

অদুবু মালং শহুমদি ফংলবী লৈরাং ওইব্রা ? নত্রগা শহুম ফংলনি পাখৎতুনা তম্পাকতা লোৎলগে খন্দুনা লৈরাং লৈহি কল্লকইব্রা ? হায়বদুগী পাউখোঙ ফোঙদোক্লকউ । অশেঙবা ৱাদু শেংদোকউ । অহিংসিনা শাখি থম্মু ।

লৈসি - ইবুং ! ঐগী পুন্সিশে খল্লুবদা অখঙবা কনানদি ঐবু অশেঙবনি খঙবীগনি অদুগা ব্রারীন্দী থাজফম লৈরোই। ঐনা মীনম শোরি ইবুংগী নফমদা থমখ্রবা, ব্রা লোৎখিবা লৈরবদি । ঐহাক ঙসিগী অহিংসিদা মীতৈ পোকপী মালেম শেম্বী ইমানা চাখিদুনা অহিংসিদা ঐবু লৌশিনবীয়ু হায়না ব্রাশকলি । সংশারসিদা হিংহনবীরনু ! ইমা, কপ্লকখি, অদুগা ইবুং ঐগী পুন্সিদা অরানবা থবক অমত্তা থেঙনখিদ্রি ঐবু থাজবীয়ু ।

ডাক্তর - লৈসি ! নতৌ য়েংনীংদুনা তৌবনি । ঐনা নঙবু অহানবা উরুবদগী ঐহাক ঙাওখ্রবনি । ফরে ! লাকপা কৌরো চাকতু চারশি ।

লৈসি - অদো ইবুং খুৎশা হাম্নবা ঈশিংসি শিজিন্নবীরোইদ্রা? শারে, ঈশিং শে।

ডাক্তর - লৈরবদি, ঈরুদুম লুথোক্লেনে । অদো লৈসি লাকপদু চাক লাম্বনা লোইরম্লনি। মহাক হান্না পিজবীরমমো। অদুগা নঙনা ঐগী খূদৈ অমুক্কং পুবীরকউ। ঐহাক ইরুজরমগে।

লৈসি - থোঙজিন্দা ওইনা য়ানবীরম্লগে ইবুং।

ডাক্তর - ঐ ঙাইবীখো কিজেয়ে । ঐনা ফাগী তৌবা ! য়েংঙু ঐহাক টারেল পুরক্লবনে । নশকতু অথীবদু ইনাক্তগী লাপথোক্তনবা পরা তম্বীবা হৌরিবনি।

লৈসি - হি হি হি (নোক্লমদবা লৈসি নোক্লকখি ।)

ডাক্তর - অশ ! নশক্তুগা য়োৎশিনবদা হাওগদবা মাল্লি । নোক্কনু।

লৈসি - অওইবরো ? অশেঙবা ! অশ হাওতা-থুমনমদা ওইগনিদা। ইবুং ওইনা । ঐনা হান্না য়োৎশিনবা ঙস্ত্রা য়েংগনিকো। ঐসু হায়ঙম তৌঙম্বা থম্মোয় পাল্লিকো নফমদা।

ডাক্তর - অদূ ওইরবদি, নঙগন নুরা তক্কুলাও ।

লৈসি - হো হৌজিক্কীদি অহিং ওইরে । নোঙানখীবনা হানখ্রগনি। হয়েং তকপিগে । শেংনা অঙান্বদা । হৌজিক্কীদি কাবক-শাবক, তকপোই-নানবোই তৌবীগে ঐহাক, করি হায়নি নঙগী ব্রা ইন্দবী তানি হায়বা ।

ডাক্তর - এ, মৈ থানগৎপীগেনে । ঐনা ইকায়বগীদমক মৈ মুৎথৎপনি । থোঙদি থিংজিনবা তারে অদুওইরবদি ।

লৈসি - খৎচিন্ননু ! লাকপনা ভাবতু শেরান-তুরান খনখ্রগনি।

ডাক্তর - চেকপলনিনা কনাসু তাদবনি ইবেম্মা ।

ঈশৈ ঃ- শুক্লা মমলবা অহিংগী অথেংবদা
মীপাই, হুমাং কাং, মীৎলু পিরাং থন্না
চিন্তা পোৎলুম, পুদুনা নোংখোং-নোংলক্তা
লাইগী শক্রোন লৌরম্বী নতৌদা শুমহৎখ্রে।
(লক্লা লক্লা ঈশিং চাইশিন্দুনা শকখিবা ঈশৈ)

লৈসি - হি হি হি (নোক্লদুনা) অশেঙবা । (তৌনো-হায়মী) চোৎলগদি, ফরক্তানি ।

ডাক্তর - করি ৱানা অশেঙবনো ? ঈরুজরবনিনা ঐদি অশেংবা ওইরে । নঙ অমুক লুজরো। ঐ অমুক ঙাইবীগে ।

লৈসি - খৎচন্ননু থোকখ্রো। ঐ অমুক ঈরুজৌ হায়রবদি। দাদা থোকখ্রো হায়বা ইবুং ।

ডাক্তরনা ঈশৈ অমুক শক্লকপা ঃ-

লোইবী লান্না পাইরকখিবী পোম্বী নঙবু
নুংওন পিরাং চিন্থরক্কনু পকচদে ।
পামজরুবা ঐগী ফৈরা-থকতা য়াতাররোনে ।
থম্মোয়না খোয়দাজনা য়েংজরগে নুংশি মীৎয়েংনা।

ঈশৈ লৈসিনা অমুক খুম্মকপা মতাং ঃ-

পামেল উজাও উপাল ওইখিবনা ।
পাঙ্গল শোল্লবী মপোক ওইবনা।
করম্বা উপাইনা পাম্মুগী ফৈরা য়ৌঙমগনি ?
ৱাজবা থম্মোয়নি অমুকতং খুজেং পালোইনবীদুনা।
চিংখৎপিয়ুনে লোইয়ুম্বা ।

*(লৈসি হিক-হিক কপ্লকখি)*

ডাক্তর - হায় ! করিগী কপপি ? ঙসিগী নঙ-ঐগী নুংঙাইরবা নুমিৎশিদা ।

লৈসি - নুংঙাইবা ৱাখল লাক্কুনা অমুক হৌখিবদুনা ইবুংবু ঙসি থেংনজরমদ্রবদি খল্লুবদা ঐহাক পুক্নীংশে অমুক ....।

ডাক্তর - তোকউশে হয়েং হায়বা তারে। নোংঙানগদবসু পঙৱাৎতি ৱাৎলম্নরোই ।

নঙগী দ্রেশ অপাম্বদু ঐনা খঙদে। নঙ ঐ কৈথেল কাগদবনিকো। অয়ুক অঙনবদনা লাকপা থারগা, শারি অমদি লৈহল্লুনবা, হাম্না শারি মচুদু অপাম্বা হোরেন তূম্বদা খল্লু।

লৈসি - য়ানিদা ইবুংনা কোম্না লৈবীবদু ওইনা শেংকেদা। হয়েং লৈহন্দ্রবসু। লাকপদা।

ডাক্তর - তানিংদ্রে। ঙসিদগী মতম খরা লৈরগা ইবাম্নীগীসু কোর্ট-মেরিজ তৌগদবনি, হয়েংদগী খবরদা হাপতোকপ্লগনি। নঙ-ঐগী পুন্সি লৈপুনগীদমক।

লৈসি - দাদা ঐহাক মতম খরদি তুমীম্না লৈখিগেদা মী খঙদবীনা।

ডাক্তর - লৈসি! নঙবু ঐনা চিংনবা ৱাখল পুম্নমক কোকহনবগী ফিভম থম্বীখি। অদুগা হৌজিক অমক?

লৈসি দাদা! ঐবু থাজবীয়ু। ঐহাক নঙগীদমক ইমা-বাবানা নাওয়োকপিরকত্রবসু..। হৈরাং লৈরাংচীংনা ঐবু লৈরাং লৈয়োন চোংহন্দুনা লৈহি থম্না থম্বীখিবগী তাইবঙ কন্নাগী মীখুৎনা হেকঙমদবগী ৱারীদি নঙনা খঙখিবা উখিদবনিনা ঐবু লৈশেম্বাগী মশুংলাংগী ৱাফম্না চিংনবদু হেক্তা থম্বীদুনা থাজবীদ্রে। ইফমদা ঐগী ইরান্দুতা খনবীরে, চিংনবীরে। হোয় চুম্মী! মদুমক্না ঐবু থাজবীররোইদ্রা? পুন্সি চুপ্পা নঙ-ঐগী পুন্সিগী ফিভমদা অদুমক .....।

ডাক্তর - মদু পুম্নমক নঙনা চিংনহনখিবনিনে লৈসি। য়েংঙু নঙসু ঐহাক পাকখঙদা লিবা য়াবা লিরবনি। অদুবু ঙসি ফাওবা কনাবু কল্লকখিবা অমদি মীহৌরুবা লৈখিদে। থবক্লসু শিনফম্নসু লেমতক লৈনিংবা ব্রাখল অমদি শংদবসু ওইখি। পুন্সিগীদমক মীওইবা খূদিং নুংশি বসন্তগী লিল্লাগী থম্মোয় চেন্নদবা য়াওনদবনি। অদুবু নঙবুদি ঐহাক থম্মোয় শেংনা নুংশিখি। পামজরুই। চীংনবসু কোকহন্বীখি নঙনা।
হৌজিক্তি ঐনা হায়গদবদি ঐনা হায়বা খূদিং নঙনা ইনবা তায়। নঙনা হায়বা খূদিংসু ঐনা য়াবা তাই। খল্লু নহাক, ঐহাক তুম্মুরগে। লৈশেম্বা নিঙশিংঙু।

লৈসি - ঙাইবীখো দাদা! ঐঙোন্দা ইকাইবা হায়বদু অমুক পিবীরনু। ঐনা খল্লুবা ব্রাখলদি দাদাগী ব্রাখলদু লাম্নরে। তশেংনা হায়রবদা ঐশে হৌজিকপু অমুক নঙগী নুপী নত্তে হায়বীখিগদ্রা? অদুগা লৈশেম্ববু থাজরুবদুগী দাদাবুনা! অরূম অয়াং থম্বমকদি নত্তে। অদুক কুইনা থা অমা হেন্না লৈশেম্বা ঐখোয় ইবুং ঙন্বগীদা য়ারেক্তুনা ঐগীদা চাক চাদুনা লৈরম্বদু ঐনা মহাকপু ঐহাক্কী থম্মোয় মাগী থম্মোয় পুন্নখিদে, পিথোক্লখিদে। নুংশি চিরোন হায়বদু খক্তনি। দাদাগী মফমদদি, ঐহাক দাদানা হায়রি মখৈ য়ারুবনা ঐবু থাজবা ব্রাৎপগী ব্রারী থম্বীবদু লাদ্রা? ঐহাক ঙসিদি নফমদা লৈমন চল্লবীনে দাদা! (কপ্পা কপা)অমুক্তশু হায়জরি ঐহাক দাদাগী নফমদা, মীনম শোরী য়াওখ্রবদি ঐবু হিংহনবীরনু, অহিংসিগী, হে ঈশ্বর, ডাক্তরগী মখোঙদা খুরুমজখিবা।

ডাক্তর - নুংশিমন্দুনা নঙবু খমবনখিবনিনে। নঙবু নুংশিদ্রবা পামজরুদ্রবদি ঐনা নফমদা হংখিবা ব্রাহংদু ! লাকওশে শাওরনু! অচাকপা মৈরীবু নেমহনলো ঐগী থাদোই।

লৈসি - হৈয়া ! থাদোই হায়বদু ঐদি খঙদে করি ভাবতবু থোনবীবনো ইবুং ?

ডাক্তর - ঙসিদগী নঙগী মীং থাদোই কৌরগদবনি । নুংশিমন্দনা চাকচবদুগী মীংথোন্নি নুংশিবা মীংগৌনি। অহিংগী অমম্বদা কুফেৎ-কাফেৎ নখোঙ মচাদুনা হা হা নোক্লদুনা ঐদি লাপ্পীঙৈদগী নশক ফজবদু উরুরবনে। নঙবু ঈশ্বর ওহগদরাদি চিংনখিবনে ।

লৈসি - চিংনবখুদিং তোকপিদ্রবদি অদুম্মক ইবান্নি অমুক অমুক মতেক-মতেক খৎন নীংবগী ফিভম মতম খূদিংমক্তা ওইনরনিকো দাদা ।

ডাক্তর - খঙদে খঙদে ! ঐবু নুপীদা য়াম্না খম্বনবা তাহনগনু । ঐনগা পাখঙদা লিরদুনা পাঙগঙ ওইরুবনে, নঙনগা তথোৎ-তথোৎ তইং-তইং য়েংউ-য়েংউবদা অব্রাৎপা লৈত্ত্রনে নঙগী ব্রাৎলিবা হায়ববু । ঐগীবুদি করিসু খন্দেদা লৈশেম্বাগী মরমদা । অদো ! থাদোই চাক চারগা তুম্নবা তৌরসি । য়ারে শে ।

## ১৫ শুবা তঙ্কক

(ওসি মনি, ডাক্তরদগী শিদুনা পুথরকখিবা মতাং)

পুং ১১ মুক তাখি।

লৈশেম্বা - ইমা ! হো ইমা ! বাবা লাকএ মৈ ওকপিয়ু। (মপাবু চেৎনা কোনশিন্দুনা কপ্লদুনা শুমাংদা লৈবগী মতাং।)

চান্দনি - ইমুংদ গী হোবে হোবেনা চেঙ্খোক্লকতুনা মনিগী অশিবা মশাদু উরুরগা থাজদনা য়েংদুনা লেপ্লী।

শাবীত্রি - পাবুং নচাগীদি কনা হন্না য়েংবদা লৈজদ্রেদকো হো পাবুং !(কপ্লকখিবা)

*(মতাংদুদা পুলিস ষ্টেসন্দা ফোন তৌরদুনা পুলিস ময়ামসু লাকখি)*

মুনাল - হো সাহেব নুঙাইখিদ্রেদকো ঐগী প্রমোসনগী মতাংদু কনাদা শিন্নরম্বগে।

তোম্বা - হো সাহেপ্ নঙবুনে, তুরেল খোংবান্দা নখ্বাং য়াইদুনা নুংঙাইনা পোৎথবীরোকো। হো সাইহেপ (ফাগীদা কপ্পা) নঙনা হিংলিঙৈ মতমগী অচুম-অরান খঙদনা থিদনা, নখুৎ চনলে মতাগুম পুন্সিন্দুনা ফুবীবা শোয়দোকখিদুনা মথি চিৎতুনা ফৈজে চৎতুনা শিখিবা ময়ামদো মখোয়দুনা অমুক ফম অচৌবা ওইনা লৈরম্লনিদো, ফুবীরব্রো ? হো সাইহেপ চৈনাদু খাংবগী শরুক ফুদনবা মখোয়গী ব্রাহংদু খুমফম খঙদনা লৈবগী শরুক লানজরে, হায়দোকখ্রোকো সাইহেপ। (মবান্নিমক আ...আ...কপ্পা )

*(মতম পুং ১১ - ওসি মনি শিখিবা মতুং)*

লৈশেম্বা - (মপাগী থবক মহুত চংখিবা মতাং) চীংগী নীংঙোল লৈসিবু নীংশীংলকখিবনা পোখফম খঙখিদ্রে । লৈশেম্বা ব্রাখলদদি, অঙম্বু অকনবা চৈরাক পিনবগী ব্রাখল অমুকশু লৈসিগী ব্রাখলদা :-

ঈশৈ, ১) চীংগী লৈশা শকহেনবী নীংথিবীদো
লাইগী মচাকাইদু, মাগুম ফজরমগদ্রা ?
খন্দুনতা লৈরে, ঐগী ব্রাখলসিদা
নীংশিংলকপা খুদিং নুংশিবনসু ঙাওরুই ।

২) মহাক্কগী আশাদা ইপা-ইমা
শিবা চঙবা অশুক য়ৌশিন্না খল্লুদে ।
ঐবু করি উপাইনা মাবু
ইনাকতা পুন্সিগী ওইনা থমজবা ঙমগদগেনে
হো লৈসি নঙবু শকহেনবী ।

৩) শাদানবনা লাংগোইচন য়ারৌলাংগী শজিগুম
মীপাইবনা নুংওন পিরাং কংদনা
ঐবু ঙাইদুনা লৈরমগনি, ঐবু করি ওইরসিগে
ঙাইঙমদবা খোঙথাং, য়াংশিন্না য়ৌনিংলে,
হো মরুকশিং ।

তোম্বা - হো সাহেব ! ঐখোয়গী থোঙ্গাল গেত্রা ডাক্তরগী সাইন থাবা মারুতি অমা থৌরকই । ঐনদি ঙহাক ঙাইবীরগা চৎপিয়ু খামজবনি । য়াদে লম্বী থিংগনু করিগী লম্বী থিংবনো ? হায়দুনা শাওজিল্লকই ।

লৈশেম্বা - হায় অরুবা থবক অমগী চৎনবগীদমক লম্বীসে ঙহাক থিংখিনি। লম্বী ঙহাক থিংখিনি হায়খো।

তোম্বা - হায়বগা চংলকপগা য়ৌশিল্লকলে। মুনালগা ব্রারী শানহৌবনি। মুনালনা থাজিল্লকপা ওইরমগনি। সার মুনালনা মাঙ থারকলেসে সার।

লৈশেম্বা - হায় মুনাল! মথোঙ মরম খঙদনা করিগীদমক? ঐগী মখাদা লৈরবদি ঐগী ব্রা ঙাইগদবনি হায়বা ব্রাদু করিগী কারন ফুজিনবনো নঙ?

মুনাল - হো সাহেব! লানবদি নঙনা লানবা ওইয়ে। অদো অচুম অরান্দি লায়রদনা মাশে ঐখোয় লৈকায়গী ডাক্তর থানিল হায়বদুনি ঐনা করম ...? অদুগা মশামকশু ডাক্তরদা আ য়ৌরবনি। ঐখোয় সারগদী মাগা হায়নরুরগদি আ অশুমতৌবা। সাহেবতগী মানা ফমদু চাওই হায়জরিবা। নুপী মশক ফজবশে, ঐখোয়না অসুম য়েংহনবসু মাগী থম্মোয়না করম খল্লমগনি। পাম্মু শকতা তাবী ইতৈম্মা! চংবীয়ু চংবীয়ু। (থানিল, লৈসি নুংদা নোকখি। শাওনিংবদু শাওঙমদে, থোংগালদগী অশাওবনা ঈ কাখিবা চঙলকখিবা ডাক্তর, মুনালগী ব্রতদু তাদুনা নোকতুনা লৈখিবা মতাং হোয় মাই হায়ঙমদনা ডাক্তর নোকলি। নোকলুবা হন্থরকপদা, লৈসি, লৈশেম্ববু উরদুনা শ্বায় লাওখি।)

লৈশেম্বা - লৈসিবু উরূদুনা, কোকচাওবী কারদুনা ইঙক ঙক্লা লৈশেম্বা শোম্থাংননা হায় হায় মহাক অসিদি ! ঐগী লৈসিগা মশক চপ মান্নে। খেন্নবা হায়ববু মচু হোংই, ফিজোন হোংই। ডাক্তর হায়বসিনা মরুপ শান্না নত্তে করম হায়গনি। অদুবু ওইথোক্তবনি।

লৈসি - ঈখঙ-খঙহৌদনা.... মীপাই থবাইবগুম, অদুবু মপুরোইবা ডাক্তরগী তুংদা লৈশিন্দুনা লৈখি।

*(উশিংতবা ৱাঙাং, ডাক্তরনা বেব্যহার থমদবীগী ৱাঙাং)*

ডাক্তর - নঙনা করিগীদমক অশুক চাওবা সরকারগী লম্বীবু থিংদুনা নঙগী গাড়ী পরেং থম্বনো ? ওফিসার শোয়নৌ !

লৈশেম্বা - (লৈসিবু উখিবদগী ডাক্তরগী ৱাদু খৈদোক্লা) সোম্বু নুপী লাইয়েংবদা মমিং লৈরবা ডাক্তর থানিল চুমব্রা ? লৈশেম্বা, লৈসিবু তান্নবগুম য়েংলি।

ডাক্তর - ৱাদু ওন্না তৈনদুনা খুম্বীবা পাওখুমদু করি পাম্বীবগে ?

লৈশেম্বা - শাওবীবা য়াদেকো। ঐগী অনীংবা অপাম্বা অমা খক্তঙ পাঙথোকনিংদুনা ঙসিশে, অদো মহাকশিবু সোমগী ৱাইপ ওইবীরব্রা ?

ডাক্তর - (নোকমি, নোকমি) ঐ শাওদে নুংদা নোকইবনি থাদোহ ! নঙ শনিগী মীৎয়েংদা তুমথোকখিদুনা তোক্লনি। চৎসি লাকও। মুনান নিয়ম নত্তে য়াম্না থুনা লম্বী হাঙহু।

লৈশেম্বা - মুনাল ডাক্তর থানিল হায়রিবা মহাকসিনা লোয়নখিবীদুবু মাগী নুপী অশেঙবরা ?

মুনান - খঙদ্রে নখোয়গী ওমচাক চাক্লা য়েংনদুনা মীতারুবগী ব্রাদু খঙদ্রে। ঙসাইনা করিনো কনানো অশেংবদু হংবদু হংহৌবদু কৈদৌগে। (লৈশেম্বগী মতৌদা) হুং হুং ঐদি নোকপ্ নোক্তবা ঙমদে (মুনাম্না লক্ত খিবা।) ঐখোয় সারনা মীগী নুপী মশক ফজবা উরুরগা তিনকা য়োৎপা কাওবমখৈ য়েংহৌবদু কনা মাম্বগীনো ? মশকতুদা কলকপগীরো ? (লৈশেম্বা চপ য়ুংনা, লেপ্লী, লৈসিনা চৎখিবা মায়কৈদু য়েংহৌরি।)

লৈশেম্বা - হায় মুনাল ঐগী কাদা অমুক্তা চঙলকউ। ঐগা ব্রারি খরা শানদবা য়াদ্রে। নখোয় লৈকাইদগী ঙশাই লাকপা ডাক্তর থানিলগী মরমদা।

মুনাল - করি তাকপীগদবনো সার ? করি মতাংগীনো ? প্রামোসন পিগে হায়ব্রো ?

লৈশেম্বা - পীগনি। প্রামোসন্দা নত্তে নুংশিবা মরুপসু ওইসি। কৈনোনি, ঐনা হংগদবা ব্রাহংসি ! ঙসাইগী ডাক্তর থানিলদু ঐগী মরুপ অমা হায়বদি শাবীত্রিগী মবুংদুগা মশক মতৌ ফিভম করিসু খেৎনদে। ব্রাঙাঙদং খেন্নে।

মুনাল - হায়থরকউ। হংবীয়ু ব্রারী নত্তবদা। (করেম্নদুনা)

লৈশেম্বা - মুনাল নঙ হৌজিক্কী নুপীদু কদায়দগী নীঙোলনো ? নঙ খঙব্রা ? নখোয় লৈকায় নত্রা থানিলশে ? মাম্নীকো।

মুনান - লৈকাই ওইবগী ঙসাইগী চঙহনবদু, চঙহনবগী ব্রানি। নত্রদি ঐনা হেক্তা বন তৌশিনগদৌবদু সার । আ ! নুপীদুবুদি অহিংদা তারমদুনা খুল্লকপনী হায়বনি ।

লৈশেম্বা - মুনাল নুপীবু করম্মা খুল্লকপনি হায়বদু তাবদা ব্রাই ।

মুনাল - অশেঙবগী অখুন্বনি হায় । ইমানা হায়বা। মশকতুগা কল্লকই । হা ঐগী ইচা অমখক লৈবসিবু অসিগুম্বা ককা খুল্লবদি ইমাঙ থাদুনা কোইপু পুগদবনি হায়দুনা ঐঙোন্দা ওনশিন ওনশিল ঙাঙইপোৎনি ইমানা । ফজদ্রা, ইংজদ্রা ? শকতা-চুদা ব্রাৎতবনি । ঈশ্বরগী শকটি তাবনি সার ।

লৈশেম্বা - মুনাল ব্রাদু শাংথনা নয়ুমগী ব্রা হায়য়ু হায়বা নত্তে । নুপীদু কনানো ? মাদু কদাইদগীনো হায়বনি ?

মুনাল - ঐখোয় সারশে ঙসাইগী নুপীদুদা নুংশি মমি তাশিল্লদুনা ঙাওরবা হায়বদু ওইরবোই । থব্রায় য়াওনা পঙহং হংবীরিবদু নঙগী ওইবসু য়াগদৌবা লৈত্রে। অখুনবা ওইরগশু তারম্লরোই, তারম্লরোই ।

লৈশেম্বা - মুনাল হায়বা গধা ! নঙ ঐগী ব্রাহংগী পাওখুম পীয়ু নত্রবদি করেম্নবগী শাজাই চাগেরা ?

মুনাল - (কিজরদুনা মথকথংবা ওফিসারগী ব্রাতাদুদা) হো ব্রারি অশেঙবা থবক শিৎপা ব্রাদু ঐনা তনবা হায়বদুনি । য়াম্না খঙনীংলগদি হায়গেশে । নোংমা ডাক্তরনা নুমিদাঙ ডিয়ুটি তারুবগী অহিঙ অমদা নুপা অমগা লম্বীদা চৎতুনা লৈরম্মী হায় ।

নোংশু অকনবা চুথবা মতমগা ওইবনে, থামম্বা অহিঙদুগী লম্বীদুদা, শম অহাংবা খাল্লী অমগা চৎলম্বা উরদুনা ডাক্তরনা লাপতক্লা গাড়ী লাইত্তা উরদুনা, নুপীদুদি ডাক্তরবু উখিনি মতাগুম লাইত মঙান্দুদা লোৎখিদুনা উজাও অমগী মরুমদা চঙখি হায়। ডাক্তরনা কৌদুনা লাই ওইরে ফরে, মী ওইরমমে ফরে খন্দুনা গাড়ি খাম্বদা মৌপব্রদুদী শোরোক্কী মতাইদা নোংলকভুদা নিংঙাই তৌবগী ফিভমদা লেপ্লম্মী হায়। ঐহাক ব্রাদু অকাওবা অমা য়াওখ্রে। নুপাদু মৌপব্র ওইরমাল্লে। ডাক্তরগীদা হৌজিক, মচিন মৌপব্র পূন্না থম্বীরি । য়ারব্রা?

লৈশেম্বা - হায়রিশিনদি মাদু চীংমী ওইবা তারেনে, শম য়ানবদুনদি।

মুনাল - ওইবা জাৎনি । নুমিৎতু ডাক্তরবু থেংনদ্রদি নুপীদু লৈশানিনা করি ওইখিনি খন্নবদা মাগীদমক ব্রানৈ।

লৈশেম্বা - মুনাল ! নঙগী ব্রাশে ঐনা তাবদা ব্রায় । ব্রাদু মখা খরা হংখিগে । করম্বা মখল হায়বদি নুমিৎতুদা অহিঙ চৎলম্বা হায়বসি ! করিগুম্বা লাঞ্জেন্নবা ওইরো ! হৌজিক চীংগী ইরাং কৈশুদি লৈতে । ফিভম অমদি পেন্দবা ওইরো। য়ুমগী খৎনরগসু মখোয়না মীতৈ তম্পাকতা চিংননিংঙাইনি ।

মুনাল - ঙাইখো ! ঙাইখো ব্রাদু থৈদোকখিগদৌরে ফৎতবা ব্রাফম থম্বা য়াবা নত্তে ।

তশেংনা হায়রবদা মখোয়দু মীতৈ তম্পাক্কী লমগী ফিভম খঙদবা ওইরমাল্লে নুমিৎতুনা অহানবা খোঙদারকখিবদা দশা তাগে তৌবদা ডাক্তরনা কনবীখ্রে ।

লৈশেম্বা - কৈদৌবগী মীতৈ তম্পাকতা কুমথনিংইবনো ? মশক অদুক ফজবদুনা মরম অমদি লৈফম থোকই । (নৈ-নৈ হংখিবা মুনালদা)

মুনাল - হোয়নে, মখোয়গী ৱাশে নীংশিং নীংশিং তমদ্রদি মীগী পাওনিনা হেক্তা কাউই। আ মীতৈগী লমসিদা ময়াং ইম্ফাল পুলির্স ষ্টেসন্দা, হায়বদি ক্বাটরদা খঙনখিবা নুপা অমা লৈখি । হায়দুনা থিরকখিবা ওইরমাল্লে । (মুনাল লৈশেম্ববু অমুক য়েং)

লৈশেম্বা - ৱাদু শেংনা হায়য়ু মুনাল ৱারী মখাদু ঐহাক ঙসাইদগী মীহুন চোংখিবদুগী হৌজিক্লা হেন্না লৈতাফম খঙদ্রে । ঐবু করি ওইরসিগে ঈশ্বর !

মুনাল - পাখৎকনু পাখৎকনু ! লাইনা তম্বনি । আ মখাতাখিগে। থিরকখিবা নুপাদুগী ইমুংদুদা থুংলুবদা মফম মতম খঙদনা নোংজুগী থামম্বা অহিংদুদবু য়ারেক্কে , য়াদ্রদুনা অকি-অখঙ থিদনা মচিন মৌপৱদু হায়বদি...। শিবদি য়াদবনিনা য়ারেকফম থিবদু নুংশিখ্রজাৎনি খল্লুরবদি । ৱারীদু ইমুংদুগী মীদুনশু নুপীনা নুপা থিবনি হায়দুনা থীনশু চৈবীরকই । হায় ।

লৈশেম্বা - থিরুবা নুপা খঙনবদু লৈরমদবগী ওইদ্রা ? নত্রগা নুপাদুনা চংজফম পিদব্রা ? ব্রারীদু মুনাল চুখাক থমগনু ঐহাক ঙাইঙমদেনে । ব্রারীসিগী মতাংদদি ঐবু বেব্যহার থমগনু ।

মুনাল - কৈনোদা অদুগুম্বা নুংনাংবদু খনবীরুনু হায়জগে । অদো মীতারুরনু মীগী নুপীবু মরাইবক্লা তমদুনা খূনজরুবনি, নঙনা ঐনা খুনবা ফঙহৌদ্রবদুবু । (লৈশেম্বাগী মতৌদা মুনালনা চিফেৎ, চিফেৎ ব্রারী নুংঙাইহনবগী ব্রানি) হায়বদি পেনজদবদো নুমিৎতু । নুপাদু মপা অনাবগী ডাক্তরদা লৈখিবা ওইরবোই । শাবীত্রিগা নমাগদু তলপ পিরুনু সার, ঈ, ঈহে শোয়দোকখ্রে। খঙনা খঙনা ঐখোয় সারনসু হংমনখ্রে।

লৈশেম্বা - হায় মুনাল মদু খঙলবদি ঐবু অশুম্না লৈথোকখিগদ্রা? ঙসাইমকশু ।

মুনাল - হো লৈশেম্বা থিরকইবা । নুপাদো লৈশেম্বা কৌই হায়নে খঙলব্রা ? সার চেঙজংবা !

লৈশেম্বা - অশ, মুনাল ঐনা চীংদা চৎনবগীদমক রাগ নুঙাইবদু পুম্নমক অরেম্বা ওইরবা মুনাল । ঐহাক য়ুমদা হৌজিকমক চৎতবা য়াদ্রে ।

মুনান - শাবীত্রিদুবু অহিংদু মতং য়ারেকহনবদু কৈদৌবা জাৎনো? মীনুংশি লৈমনদে মরমচৎতুননি শৈদাংবীদু। তশ ! হায়হৌরগে ।

## ১৬ শুবা তাঙ্কক

(লৈশেম্বা পুলিস ষ্টেসন্দগী ময়ুমদা হল্লকখিবা)

*থকলমদবা চারমদবা চিঞ্জাক নুমিৎতুদগী শিজিন্নবা হৌখি।*

লৈশেম্বা - ইফিং-ফিংগৎনা শাবীত্রি, শাবীত্রি হনজিন-হনজিন শাওনা কৌখিবা !

শাবীত্রি - দাদা করি তৌরবগে অসুক অথেংবদবু নোংঙালমদাইদা লাকপিরগা ঐবু শ্বর হোন্দনা কৌখিবদুবু। করি তাকপিগদবনো দাদা ? (তপথনা)

লৈশেম্বা - হায় নচিন্দু শেংনা খুম্মু । অশেংবা খুম্মু নচিন্দু , নচিন্দু !

শাবীত্রি - (মপি ইরা চেম্থরদুনা কিজবনসু হায়ফম্মক খঙদ্রদুনা লৈশেম্বগী ব্রাহৈদু ভাব তাবা ঙমখিদে। অদুগা পাউখুম ওইনা). দাদা ! নচন্না করি লানখিদুনা...! ঐবু ব্রারৌবীগনু ! নচন লাইবকথিবীনি খন্না ঙাকপীয়ু । ভাব তাব ঙমজদে।

লৈশেম্বা - লাইবকথিবীনি হেক হায়রকখিবদুগা নুংশিবা মরুপ শান্তাগী ব্রাখল হেক নীংশিংলকখিবগা ব্রারীদু ব্রাহৈদু লৎখিদুনা। (ঙহাক শ্বর হোম্থরদুনা) শাবীত্রি নঙগী অপাম্বনা করি ? ইমাগী অপাম্বনা করি ?

চান্দনি - নিপামচা ! নঙগী মনীং মমাঙ থৎপা ব্রাদু ইমাদি ভাব তাবা ঙমদে। করিনো ইচাগী অনীংবদু খন্নসি। শাওগৎকনু ! মালেমসিদা হিংলিবা হিংলিবী খুদিংমক মাগী মাগী ঈশ্বরনা ময়েক -ময়েক হকখ্রবনি।

নঙগীনি হায়বদা ইমানা শোল্লবসু শোন্না ইচাগীদমক মালেম ঙাকলিবনি। নচন শাবীত্রিসিনা নঙনা নহানমুক্কী মপোক্তা য়ৌখিবদা লোইহৌদ্রদুনা ঙসিনা নঙগী থোঙজিন্দা ....।

লৈশেম্বা - ইমা ! পূম্নমক ঐহাক খঙজে ভাব তাজে ।

চান্দনি - অদুগা নঙনা করিগীদমক, শাবীত্রিবু লাওখোংদুনা মপুক্লিং নুংশিহনখিবা মথোঙ মরম খঙদনা ।

লৈশেম্বা - ইমা ব্রাখল অদু ওন্নতৈনবা লম্বীদা তাখিগদৌরে ঐগী ব্রাশে অমুক্তা। ঐহাক পাখঙ হায়বদু ফারে ইমাগী নথানুংগী অঙাংদুমক্তি নত্রবনি। মরম অদুনা মতাংচানা ইমাগী য়াথং হিক্তোকলোইদবসু লৈগনি । পুন্সিদা ইমাগী য়াথং ভুংওইনবসু খরদি লৈফম থোকতব্রা ইমা?

চান্দনি - অদুনবু ঐসু হায়রি হংলি নঙঙোন্দা নঙগী ব্রাদু মথোঙ খঙদে অশেংবা দোং-দোং হায়রোনে ।

লৈশেম্বা - শাবীত্রি নোংমা...! নিংশিংঙু ! অরানবা ব্রা ঙাঙবা খুম্বা য়ারোই । চীংমী লৈশা অমা ঐখোয়দা লাকখিব্রা ?

শাবীত্রি - লাকখি ! দাদানা ডাক্তরদা লৈখ্রিঙৈ, মহাক অদু চীংগী লৈশানি হায় দাদাবু উন্নজনীংই হায়খি ।

লৈশেম্বা - নুমিৎতু করিগীদমক মাবু চংজফম পিখিদবনো ? মহাকসু চীং নুপী ওইরবসু মাসু নঙগুম লাইবকথিবীনি।

অহিংদুদা মহাক থামম্বা নোংজ্ঞুগী অহিংদা মতৌ করম্না তাম্লোকইবায় ? নোংমদুদং নখোয়গী য়ুমসিদা য়ারেকপদু য়াদবা মরম করিগীনো ?

চান্দনি - মচানুপাগী ব্রাদু তাপ ওকতুনা পাওখুমখি । ওহো ! অদুগী আ চীংমীদুগী শীঙ-শম অমগা য়াচঙবা মতমদা নুমিদাংদুদবু তানীঙদে তানীঙদে....!

লৈশেম্বা - কৈনো ?
ইমা মহাক অদু চীংমী ওইরবসু ঐবু থিবা লাকখিবা মীওই ওইবগীদমক, ঐগী খল্লগা ইমুংমক চঙহন্নীংদ্রবসু মমাঙ শঙতপসিদফাওদি লৈহনবদু করি কায় ?

চান্দনি - অদু - অদা খঙদে । মদু মরমগীদমক শাবীত্রিদা তাইনবা য়ারোই । ঐখোয়না খন্নবা য়াবা খন্নরগা মহাক অদু চঙজফম পিখিদবনি ।

লৈশেম্বা - হোয়নে হৌজিকপুদি হৌগ্রে। মতম অমুক হনজিন্না হল্লক্ররোই। অদুদা নখোয় নুপী মশেল ওইবগী ব্রাখলদু খরা খন্নফমদু অফবদা ওইনা খন্নরবদি ঐনা পুক্সিগী ওইনা কাওরোই । অদুগা ঐনা এক্সকর্সন চৎলুবগী ব্রারীদু ! শাবীত্রি নফমদা তমখিবদু নঙনা মাবু করিগীদমক অহিংদুদবু চঙজফম পিদবা ? অদুদগী মহাক অদু গাড়ী খুথাং অহুম লাকইবনি, নঙগুম্না লাইবক থিবীনি । (শাওনা মমিৎ শঙত্রিকয়েংদুনা) লৈশেম্বা শাবীত্রিদা ফরে ইমানা খল্লিবদু ঐদি ঙম্রোই।

শাবীত্রি নঙসু ইমাগা নবানী য়ুমসিদা হিংহৌরো। ঐদি চৎখ্রগে হল্লক্লরোই ।

চান্দনি - হায় শাবীত্রি ! মচিঙ ফত্তবনি নঙ দাদাশে থাম্মুনে। ইমাগী ইবুংঙো ইমানে নপা অনাবদুগী তাঞ্জানিনে ।

শাবীত্রি - পরপ পরপ, তাম্নদুনা দাদা ! নচনবু নুংশিবীয়ু । মপি শিন্থনা কপ্লদুনা মখোঙদা য়ান্দুনা খামখি । নচন্দী কনা হন্না য়েংবদা লৈজদবীনি। ঐগী পুন্সিগীদমক খল্লুবদা দাদাবু নচম্না খমবন চৈঙাক ঙাকলুরে। ঐবু ব্রারৌবীগনু। অদুগা ইশাগীখকতা খঞ্জরুবনসু নত্তে। ইমা - বাবা অনীগী য়াথঙবু নচম্না হরাও তরাম ওক্লুবননি। নখোঙ পায়দুনা হায়জরি ঙাকপিররোইদ্রা?

লৈশেম্বা - য়ু ঙাওফিং ঙাওফিং ফমুং চঙখি ।

চান্দনি - হায় শাবীত্রি ! নোং ঙাল্লে নঙ দাদাদু হৌগৎলু হায়য়ু । ঐহাক কৈথেল ঙহাক চৎলুখিগে ঙা মমিৎ অমসু তাদ্রে ঙারুবাক্তা । নপাগী দিনসু থবান তারিক হায়খো নঙ দাদাদু ।

শাবীত্রি - হায়জগে ইমা ! দাদা দাদা নুমিৎ থেঙথখ্রে চাকশু লোইরে তুম্বদু ওকত্রিবা হৌগৎপিরো ওফিস চৎপদু থেঙখ্রনি ।

লৈশেম্বা - শাবীত্রি ! নঙ নবুকফাওদি ফত্তবনি নুমিৎতুনা নীংশিংবা খূদিং ঐগী থম্মোয় কায়দুনা য়ু , শারমচৎকী ব্রাখল লাকই। ফরে হৌজিক নঙনা ঐবু নবুঙ পোকমিন্নদবা ওইনা খল্লবনিনা ! ইমা কদায় চৎখি ?

শাবীত্রি - কৈথেল কাখিবনি কৈগীনো দাদা ?

লৈশেম্বা - ইমাদু শাওরম্লনি । শাওগে শাওজসনু মীনুংশি লৈতবদুবু।

শাবীত্রি - দাদা অদুম খনবীগনু । দাদাগীদমক ইমা মতম খুদিংমক্তা ঈশ্বরদা খুরুমজদুনা হিরম খুদিং পন ঙাক্লীবনি ।

লৈশেম্বা - হৈরেদা ! ঙরাংদু হিদাক্কা থকপনে শাওনীংদুনা নঙশে হেক্তা হাৎতোকপা ঙম্বাগী ফিভমদা লাকখিবনি । নতৌদু য়েংঙমদবদগী ঐহাক থম্মোয়শে হেক্তা শোন্থবসু ওই অমদুগী খল্লুবদা । অশ কান্নদ্রে । লাও চঙশিল্লকউ । ফমুংদা ঙহাক ফম্মু । ব্রা হায়বীগে ।

শাবীত্রি - করি হায়বীগদবনো ? নখোয়গী পুলিস খোঙলোয় ময়ামদুনা দাদাবু লৌবা লাক্লনি হৌদুম হৌগৎপীরোনে দাদা ।

লৈশেম্বা - হকচাংশে য়াম্না মতেক-মতেক তেকপগুম তৌই । নঙ খরা থাউ থুম নোইবীরকউ । ঙরাং খরা হেনজিনখ্রে । খঙদ্রেদা শাবীত্রি ঐগী থম্মোয়গী অহাঙবশে, নঙনা মেনশিনবনা ফরগদ্রা ? নশক উরে নুংঙাইতে লমলক্তা লৈরে ফংহৌদ্রবী মাদো কাউঙমদে ।

শাবীত্রি - ফরেশে দাদা ! মদু নীংশিংলুরনু । ঐহাক্লে দাদানা হায়রীবা খুদিং য়াজগনি।

(লৈশেম্বাগী য়ুমদা মুনাল থুংলখিবা মতাং)

মুনাল - হো শাবীত্রি হো শাবীত্রি ! কনামফাও খুমদবসিবু লৈতবা ওইরিদ্রা ? ইমা ! চান্দনি !

শাবীত্রি - কনা ওইরবনো ? হৈমা তা মুনাল ঐখোয় দাদা লৌবা লাকলব্রা ?

মুনান - হোয়নে ঙরাং হল্লকত্রো ?

শাবীত্রি - হল্লকই নোংঙাল্লমদাইদা লাকই কৈগী ওইরবনো ? অদুক থেঙথনা লাকইবদু নহালমখৈদি য়ুমকা খন্দনা থবক অচিনবগী ওফিস থাদোকপা য়াইগা য়াদেগা ঙরাংদুনা অথেঙবদা লাকইবদু করিগীনো ? তা মুনাল দাদাগী ফিভম খঙবীব্রা ?

মুনান - খঙজদেদা ! ঙরাংদু ইফিং ফিংনা হনখিবনি । ঐসু য়ুমদা হল্লুই ঙরাংদি । ঙসাই অয়ুক ঙস্তা লাকইবনি । ঐনদি ফনা য়াম্না হায়জবনি । য়ুমসু নকপনিনা নুংঙাইনা পোৎথাবীরু । থবক্ক ফংই অহানবা চঙবনিনা মফমসিদা য়ারেকপদু কাঙনা খরা চা, য়ুঙাও খরা শেন্না, তৌবনিনা নঙদি পাকখঙ শোয়নৌ ওইবনিনা হৈনরোয় হায়জবনি। য়াদে য়াদে ।

শাবীত্রি - অশ তা মুনাল ঙরাংদি হৈনদবা লমচৎ শাজৎ অমুক্তা উদ্রিবা মওং উৎতুনা য়ুমদা হল্লকই। য়াম্না হৈনদে খরশু হায়বীরকউ, চিঙ্গাক ফৎতবা চারকইদো ।

মুনাল - কদাইদগীনোদা ইবেম্মা চহীদবু ঐনা হঞ্জরগসু থবক্তি মানা চাওই । থবক পিক্কনাও অমখক লৈত- লৈত চঙজবসি থদৎপিহল্লগে ? হায়রিবো ?

শাবীত্রি হোযনে তা মুনাল অদুমক্ত চুমই । অদুদা পোকপদগী ওইখিদবা ফিভম অওনবা ব্রাখল লাকপসি । ঐহাক ঙরাংদগী পূক্লীং নুংঙাইতবনি তা মুনাল ।

মুনাল হো খঙদ্রে নঙসু মীরাদু করিগী করি তৌনবা মুল্লুবনো? হেনমদ্রো নঙসু নুমিৎতুগী থৌদোক্কুবু ?

শাবীত্রি অদুগীদু ওইথোক্কবা থবক্লিদা তা মুনাল ।

মুনাল খঙজদ্রে ইবেম্মা ! ঐহাক নঙগী ব্রাথীদু পাওখুম পীবা লাকপা নত্তে । কদায় লৈগে সাববু ?

শামীত্রি মাইথোং খজিক লুকথনা , ইরুজরিবনে ঐহাক কৌথোকচরুগে ।

মুনাল হায়, বা অরুবা তান্নগদবা লৈ, নথৌ নত্তে হো সার, কুইমনখ্রে । ইকজবদু ঐহাক শাবীত্রিগা বাবি শাদুনা লৈবসু ফনা মকুইবে কুইমনখ্রে ।

লৈশেম্বা লোইরে - লোইরে শাবীত্রি ঐগী খোঙউপ কাপ খরা থাউ নেহে ।

শাবীত্রি - (কেথরদুনা) দাদা ! খোঙুপতা নত্তে ফুরিৎ খোঙগ্রাউ পূম্নমক হেন-তেন লোয়রবনি ।

মুনাল - হো সাহেব ! হো সাহেব ! (করেম্নবা মীৎয়েং) ঙরাংগী ফিভমদুগা ।

লৈশেম্বা - মুনাল ফাগীদু মতাং মতম খরা নাইয়ু । ঐহাকশে কনানো? (শাওরদুনা)

মুনাল - (লৈশেম্বা শাওখিগদৌরে খন্দুনা থৈদোকপা ব্রাতা) সার ঐহাক ঙরাংদু ইয়ুমদা চৎলুই পাউদু তমথোক-তমশিন ! তমদ্রবসু য়ারেকো । হায়বদি নবাম্মী অমত্তা ওইনা পূনসিন্নবা ব্রাখল থম্নরম্লবনিনা শাবীত্রিগা....

লৈশেম্বা - হায় মুনাল ! ঐহাক দ্রেশ শেৎপা লোইরে। কোক্কাশে শমচেৎ হাৎতনা চৎলসি। লৈসিগী ব্রারি মখা তারকউ।

মুনাল - ইথকথোংবগী মফমদা নূপী অঙাংগী ব্রা তমথোক তমশিন তৌবদু ফত্তে হায়নৈ। হা ! করি হায়গে সার ইবুংঙো ?

লৈশেম্বা - লৈসিগী মরমদদি মুনাল ঐহাক নঙনা হায়রিবা খূদিং য়াগনি ।

শাবীত্রি - দাদা ! চৎথোকখিবদা খুদি থিশ্নগা য়ুমগী ব্রা কাউবদু তৌবীগনু। পাবুংগী দিন তাবগী ব্রাদু কাউনিকো।

লৈশেম্বা - হায় ! নঙ বা য়াম্না ঙাংগনু । য়ুম শঙঙু । নথৌনি ।

মুনাল - হায়সু হায়বনি সার ! ঙরাংনা ব্রাখল অমা ঙসিনা ব্রাখল অমা উইদা । মাইথোঙদসু শাবীত্রিগী মমি তাগুম। ঐগী মীৎশে ফৎত্রজাৎলা ?

লৈশেম্বা - হায় নঙবু শাবীত্রিশে লাইবকথিবীনি কনা হন্না য়েংবদা লৈজদ্রবীনী তাথি-তাওইদবা ব্রাখল খনবীগনু হায়দাইনে।

মুনাল - হো অদুবুদি চুমই। অদুদা ঙরাংদু ঐখোয় সারনদী শাওনা চৎপিস্ত্রগা ঙসিনা পুকইং-ইংনা লৈবীরম্বদুদা হৈরাংগোই মেৎতুনা শাবীত্রিনা পিজরব্রা খনবদুনিদা।

লৈশেম্বা - হোয় অমবু ওইরো অমবু ওইরো ফরেশে । লৈসিগী ব্রাদু মখা তম্মু ।

মুনাল - কৈনোনি ! থবক অরুবা লৈহৌই ওফিসতা কেশ অরুবা খম্নগদবা অদুগী হেক্তা ঐহাক য়াওশিল্লকইবনি। চৎনবা তৌসি আ য়ৌরগা কাদা লোম্না থুপ্না পাউদু থমজগেবা। গাড়ী ড্রইভর ঙাইরিশে কুইরবনি কুইরবা।

## ১৭ শুবা তাঙ্কক

(ডাক্তরগী য়ুমদা লৈসি লৈরাং গম্নাথক্তা শাৎকাইখ্রে )

ডাক্তর - থাদোই ঙসিদি ঐহাকশে য়াম্না ব্রাই । হকচাং য়াম্না চোকথৈ।

থাদোই - করিনা শেবা তৌরগা অব্রাবদু ফগনি দাদা ?

ডাক্তর - খঙদ্রেদা ব্রাহৈদুনা হেন্না পেঞ্জরে । লাকপদি কোলেজদগী হল্লকপা উদেনা হা ?

থাদোই - হো অঙাং মচাশু নত্রবদু ব্রারুনু । অদো ইঞ্জাংশে দাদানা চানীংবদু অমুক্তা হায়বীয়ু । ঐহাক চাক থোংজরুরগে ।

ডাক্তর - আ অদু অমুক হংদ্রবসু নঙগী হেক চানীংবদু থোঙউ কৈদৌগে ।

থাদোই - লাকপা লাকএ। অদো দাদা ঈশিং অশাবসিনা খোঙদু অমুক্তা চামথোকচগে।

ডাক্তর - ঐদি চাক্কুদুম চানীংবগুম তৌরকই। মুনদ্রিজাৎলো নঙগী চাক্কুবু ?

থাদোই - করি মুন্দনি। চাবীরগেরা হান্না ? হেরা খোঙ হান্না চামথোকচখিগে শে।

লাকপা - ইচে চাকতু ঐসু য়াম্না লাম্মেবু ......

থাদোই - ফরেশে। অবাইগা চামীন্নরো। ঐদি কোন্থরগে।

ডাক্তর - হায় থাদোই। নঙগী মথেলশিংশিবু করি করি ওইবনো? তেংকোতককা য়াম্না পুথোকরক্লু। ঐহাক শোরি পারি ওইনা উইকো মচি-মচিদা হেক্তা হাপ্পনা ফত্রা ?

থাদোই - দাদা নুংঙাইবা হৌনদে। চাকতা মহি ইচঙ চঙগনি। (নোক্লাদুনা) করিবু মন্নীরুবনো খঙদ্রেনে। (মপুরোইবাদা নুংশি মীৎয়েঙ।)

ডাক্তর - হায় নঙবু ঐগী মীৎশিদা ঙশাই ওপরেসন্দা পোকপা অঙাং মশীং অঙকপনি। অদুগী পাত্রা ময়াম অমা - মীৎশিনা অদুগুম্বা ঙহাক্তা উরেনে।

থাদোই - (থিক থিক নোক্লদুনা) দাদা ব্রাদু য়াম্না নোক্লীংঙে ঐদি। তেঙকোৎফাও অঙাং পোকপগী পাত্রা ওইনা উরবা। হী হী হী।

লাকপা - ঐখোয় ইচেগা ইবাইগগী ব্রাসিদি তনখ্রেবু।

ডাক্তর - হায় তোকখ্রো নোকপদু। লাকপসি চাক মবুক থন্দনা চৎখ্রেনে।

*(ডাক্তরনা পণ্ডনোক্তা নোকপনা। লৈসিগা পুন্না নোকহৌরি)*

## ১৮ শুবা তাঙ্কক

(পুলিস ষ্টেসন্দা ফোন)

শাবীত্রি - মশা ব্রাইশঙদ্রবী অমা ওইদুনা লৈশেম্বদি মপাগী ফিরোই ময়াগা নকানিলকপনে অমরোমদা শাবীত্রিগী ফিভমদুগা লুহোংদনা লৌন-লৈনরুবগী দশাদু খল্লুবদা ময়ুম চঙলকখিদবা মতম কুইরবা ওইখি।

চান্দনি - ফোন তৌরকখি। হল্লো পুলিস ষ্টেসন নত্রা ?

তোম্বা - মান্নি, কনা ওইরবনো ?

চান্দনি - হায় নখোয় সাইহেপ লৈশেম্বদু অমুক্তা পাইহল্লকউ। লৈত্রগা মুনাল পায়হল্লকউ।

মুনাল - ইমাইবেম্মা ব্রারৌ য়াদে ঐখোয়গী লৈফমসি হেক হোঙখিবদগী মীতোপকাক কুইনা শাঙনা ফোন্দকা ব্রারী শাবা য়াদ্রে। ব্রাদুবুদি হায়বীগে হল্লক্লগা হৌজিক্কীদি মশা লৈতে। করি হায়জৌগে।

চান্দনি - মশা লাক্লগা য়ুমদা অমুক্তং হল্লক্তবা য়াদে হায়য়ু। অরুবা ব্রাফম খন্নদবা য়াদ্রে। কাউনিকো শাবীত্রিগী মরমদনি।

মুনাল - হোয় ফগনি। অদো ইমাবেম্মা হৌজিক্সে ক্কাটরদা লৈবীদ্রবা নত্রা ?

চান্দনি - হোয়নে নখোয়সু হোংদোকখ্রে। ঐখোয়সু ইয়ুমদা হোংথরেদনা ।

মুনাল - ফরে ইমাইবেম্মা থমজরগে। সাহেব হল্লকপিরেনা। কদাই য়ৌশিল্লুদুনা অসুক থেঙথনা ?

লৈশেম্বা - কৈদৌরগে অমুক ? নঙনা ঐ পান্নবগী থবক পাইরিব্রা ?

মুনাল - অদুগী ব্রা নৎচদেদা। ইমাইবেম্মানা ফোন তৌবীরকই হায়জবনিদা ।

লৈশেম্বা - করি হায়রিনো ? নঙ অমুক্তা চৎলুচো শেল খরা থিল্লুচো।

মুনাল - শেলগী ব্রাফমদি পনবীরক্কে । মখোয়না ঙসাই ঙাঙনবদু সার শাওগনবা ! হো নাকোঙদা তমগে পাউদু। শাবীত্রিদু মশাদু ব্রাই শঙদনা লৈহৌবদুগী ব্রানি। কুমথা শুরে হায়নে অচুম্বা ওইরিব্রা ? থাজদবদো মসিগু নমাগা শাবীত্রিগা ফোন্দা শু-শা শু-শা ব্রারী শানবদুদা ঐনা লোন্না তাবনি। করম তৌগনি সার । চৎপিরুগদ্রা ?

লৈশেম্বা - শেলদি নঙ খরা থিল্লুচো । চৎপদি শুংচৎ চৎলোয়। ঐখোয় ইমাগী য়াথং ইনবীদুনা মখুৎ চাবী মমৌ ওইহনবীবগী ব্রানি। মী তানি তুমীন লৈয়ু । ঐহাক অতোপ্পা ব্রাখল অমগীদমক ব্রাখল য়াম্না খল্লি ।

## ১৯ শুবা তাঙ্কক
### (লৈশেম্বগী য়ুমগী ব্রাফম)

শাবীত্রি - ইমা ঐহাক হকচাংশে মথোং খঙদনা ব্রারে।

চান্দনি - খঙদ্রেনে ঐসু। হে ঈশ্বর ইবুংঙো ব্রারেদকো ব্রারেদা! চাদে, লৈত্তে হায়বগী অৱাবদি খাঙবা ঙমই। নপাগী ফিরোইনা করম থাশিদি য়ৌরে হপতা অমা কক্কাইদু খঙহৌরোয় ঐবু মীমাঙ ফমগদৌরিব্রা ঈশ্বর ? অদো শাবীত্রি নঙবু করম খন্নসি হায়বনো?

শাবীত্রি - ইমা ঐহাক হায়ফম খঙদে। য়াম্না ব্রারে।

চান্দনি - ফরে - ফরে ইবুংঙোদুসু লাকত্রবনিনা, ঙল্লিঙৈসিদা, ডাক্তর অহৈবা অমা লৈ। মদুদা হেক্তা ময়ুম চৎসি মশা চৎথোকত্রিঙৈদা, হোসপিটাল চৎখ্রদি ফরক তানি ইবুংঙো ঙাইরগুমসি।

শাবীত্রি - ইমা দাদাদু লাকপিগে খন্বীরগদি ঙরাংদু লাকপীবা য়াবনি। থাজদে লাক্কদৌ মান্দে।

চান্দনি - হোয়নে,মানবুলাক্লীংলবদি অথেঙবদসু নোংঙালমদাইকা থিদনা লাকইবদুনি। ফোন তৌরক্কদ্রা খনবসু তৌরকত্রে। খঙদ্রে ইচাদো অশুম্না শাগী ব্রাখল খল্লম্বা ইচাশু নত্ত্রে। (কপ্লদুনা) ইমাগী ইবুংঙো ! নঙগী ব্রাখলশে অহোংবা নাইখিবশে ইমা করম্মা খাঙন্নসিগে ?

শাবীত্রি - ইমা ঐসু দাদাগী অপাম্বা অনীংবা থুংহল্লুদবদু হৌজিক্তা নীংঙন্নকত্রে।

চান্দনি - হো তুমীন লৈয়ু । নখোয়না নপাগী ফিরোই লোইদনা, রাখল খন্থনদবদুদা খরা মীমাঙ ফম্মী হায়বগী রানি। মচা নুংশিবদু হেক উরগা মরনাই ফরক্কনি। ইমৌশিদি খাঙবদা কল্লু ঐনা য়ারি । নুপাদি নুপানি চাম্মাগী মপূনি। নুপী ঐখোয়দি খোঙফম চেৎপা তাই । অরাংগী ভান্দু হায়রুবনি মখোন তাখ্রে । লক্লনি চৎননবা তৌশি লোইশিল্লো । হায়বগা খন্নবগা লাকএশে । ইবুংঙো লাকও গাড়ীদু মনীং খজিক হঞ্জিল্লকউ । কৈনোনিকো আ ডাক্তর থানিলগীদা চৎশিকো। মানা লৈবাক্লা শকখঙনবা হায়বদু থোকই। থৌরশিনে হা ইবুংঙো ।

## ২০ শুবা তাঙ্কক

(ডাক্তরগী য়ুমদা শাবীত্রি, চান্দনি থুংলখি)

থাদোই - দাদা ঐখোয়গী থোংগালদা গেৎ হাঙু হায়দুনা ভান অঙৌবা অমা খাম্মী হাঙডুচোরা ?

ডাক্তর - অশ থবক চৎলমদাইসিদা কনা অমুক লাকইবনোনে? লাক্লবনিনা হাঙবা তারেদনা ।

থাদোই - আ করি মতাঙগী ওইরবনো ? চঙবীরকউ ।

চান্দনি - আ ইবেম্মা ! ডাক্তর থানিল ইবুংঙোদুবু লৈব্রা ?

থাদোই - লৈয়ে লেঙশিনবীশি। অনাবসিবু খরা কনশিনবা মাল্লি। ফমুং য়ৌনবা কাদা চঙসিরা ?

শাবীত্রি - ইচে, ঐহাক য়াম্না রারে ঙহাকতা পোৎথাহনবীয়ু । ডাক্তরগী অয়াবা য়াওদনা য়াগদ্রা ?

থাদোই - কৈদৌ য়াদনি অদুক কন্না চৈনা খাঙলবদুবু চঙঙু, চঙঙু নখুৎতু চৈঙাক ওইনা ঐহাক পাইবীগেশে ।

চান্দনি - ইবেম্মা নহাকপু উখ্রগুম, ইমাবু । ঐনা......

থাদোই - ব্রাদু কোন্না হঙদোক হঙজিন তৌনসি। ঐহাক ডাক্তরদা অমুক্তা ব্রা হায়জরুগে। দাদা ! অনাবা অমা লাকপদু মশাশি আ হেনজিন্না নাহে-খোন তাবদা ব্রারে ।

ডাক্তর - ফরক তাখ্রে নঙসিনা ঐনা মীৎ নাবা থবক নঙোন্দা ঐনা অনাবগী শেবাশি হেনজিননা হেক্তা উশিনবদু তৌগনু হায়বসি, কয়ারক হায়খোগে । হায় অপঙ ! ব্রাখলদু খরা লেমতক্লা লৈথোক লৈশিন খল্লনে নঙবু।

থাদোই - আশ অদু আদা লায়রি । মীগী অব্রাবশে হান্না য়েংবীয়ু। ঐগী ব্রাদু তোকপীয়ু, মাগী মাগী ব্রাখলনী । লাকওশে ! ঈশ্বরনা অদুম্মক উরিবনি ।

ডাক্তর - থাদোই য়েংববুদি য়েংগে ইশাগী ডিয়ুটিনি । মহাক অসি কনানো ? নঙ মশক খঙদ্রা ? হায়মী ।

থাদোই - অশ লাকপিরো। ব্রাদু কোন্না ভাঙবীরো (মখুৎ পাইদুনা চিংবা) য়েংবা ঙমদ্রে নাহে খোনশে ।

ডাক্তর - নহাক শাবীত্রি ? লৈশেম্নগী অরোনবদু ফোঙদোক্ল-রক্লগদবা অঙাং ওইগদৌরিবনিনে হা ? ইকাইগনু । ঐনা ভাব লোইনা তারবনি ।

চান্দনি - ইবুংঙো ডাক্তরনা ঐগী ইচাবু শকখঙবীব্রা ?

ডাক্তর - খঙনজদে। অদুদা মাসু পুলিস ওফিসার অমা ওইরিবনিনা লৈবাক্লা শকখঙনবদুনি। ঐনসু মাবু আ মুনালদুসু ঐখোয়গী অৱাং থংবসিদনি মাগী ময়ুম। অদো ইমা শাবীত্রিশে মাগী অঙাংসি পোকপা খরা লুডক লৈগনি। ফোন তৌদুনা মপা শাবদুগী অয়াবা শোয়--শাং খরা ইনশি। অদুগা হোসপিটাল চৎতুনা ওপরেসন দরকার ওই।

থাদোই - লাকইবা মীওইদুগী (শক খঙলবসু) মহাক্কী থৌজান লমচৎ ফজরবা বেব্যার কায়নীংদ্রবী অমা ওইনা অহিংদুগী ৱাখলদু নীংশিংদুনসু শাওনিংবা নুংনাংবা করিশু চিন্তা লৈখিদে। অমুকশু দাদা! অনাবসিনা অশুক লুনা লৈরিবসিদবু হৌজিকপু (ফোন শোয়) দাদানা অঙম্বা শক্তি পুথোকপিবদা করি কায়গদ্রা?

ডাক্তর - থাদোই নঙ রা ঙাংবদু লেপ্পু।

শাবীত্রি - ইচেনশকপী হৈরাং লৈরাং চীংগী লৈসি! ননাওনা লানখিবা পুম্বা ঙাকপিয়ু ইমা ঐহাক য়াম্না ৱারেদা!

চান্দনি - হে ঈশ্বর! ঐবু মতাংসিদা করি ওইরসিগে। ইবুংঙো ডাক্তর ভশেঙনা হায়জরবদা ইচাদু য়ুমদা শুংচঙ চংলক্তবা কুইরে। ইচাগী মরান্দি নত্তে। ঐননে ইচাগী অপাম্বদু য়ৈথৎতুনা ইমাগী অনীংবা অপাম্বদুনা ফগনি খল্লুরেনে ইবুংঙো।(কপ্লদুনা) ইমাগী লাইবক ফবী শকতা চুদা ৱাৎত্রবী, নঙবু মফমসিদা করি ওইনা লৈবনো?

*(ডাক্তরনা মতাংদুদা লৈসিবু কৌরকখি)*

নুমিৎয়ুংবা মতুং পুং ২

থাদোই - দাদা, ৱারী পুন্নমক হুন্দোকপিরগা অঙম্বা উপাই য়েংবীরো শাবীত্রি ফিভম অমা তৌখ্রে। দাদা .... !

ডাক্তর - শাবীত্রি ! শাবীত্রি ! শাবীত্রি ! থদোই নঙ মপান্দাগী মনেম্পোক্কু কৌশিল্লকউ।

চান্দনি - ইবুংঙো ডাক্তর ঐহাক নক্লা লৈয়ে ! করি হায়বগে ?

ডাক্তর - ইমা শে অঙাংদি নুপীনি লৌবীয়ু। মমাদি কম্বদা ঙমহৌদ্রে।

চান্দনি - ইমাগী ইবেম্মা, লাইবকথিবী ইমানা কনবা ঙমহৌদ্রে। (কপ্পা)

থাদোই - ইমা, শাবীত্রিশে খরা মাঙজৌননা পুখৎপিরল্লবদি খরা লাইবক য়েংনবা য়াবনি। লাইবক্লাবুদি অসুম থোকউ তমখিবনা হায়বদু তারে। নুংঙাইজদে ঐসু।

চান্দনি - ইবেম্মা ইমা হায়ফম খুমফম খঙদ্রে। ইমৌশে লাইবক থিবদগী থিখ্রবা হায়বদু ওইখ্রে। অদো ইবেম্মা ইমানা খঙজনীংবা হংজনীংবা ৱাহংদু ইরাঙ লাঙদুনা ইচানা পাউখুম্বীরক্তে। অদো ইচাবু ডাক্তরগী কনানো ? হায়বদুদি, ইমাবু খঙহল্লু।

থাদোই - ইমা ঐহাক ডাক্তরগী নুপীনি। অদো শাবীত্রিশে পুথবীখ্রো ? অশিবা হকচাং কুইথনা থম্বদু নুংঙাইজদে। তৌফম থোকপা চৎনবীদু তৌবীরু।

চান্দনি - অচুম্বনি ! ইচাগী ব্রাদু ইমানা খঙই । কায়রবা থম্মোয়না হংনিংবা ব্রাহং খরা খঙনীংবা লৈদুনা ইমা নঙগী অশেংবা পাউখুম ঙাইহৈরিবনিনে । ইবেম্মা নঙবু। ইচাদি হান্নসু ফজে, ঙসিনা সনাগী মথক্তা ... !

থাদোই (কপ্লদুনা) ইমা ! হায়দোকনীংদ্রবা ব্রাহং ইমানা হঞ্জিন-হঞ্জিন হংবীবদু অচুম্বনি । ইমানা ঙক্লা থোক্লমগনি । নুমিৎতুগী অহিংদুদা খোঙলম্বা চেক্লা, য়ারেকফম য়াতফম থিরম্বী চেক্লাদু ঐনি। নুমিৎতুদা ঐহাক ডাক্তরনা ..। ঙসিদি ঐহাক লৈবাক্লা শকখঙনরবা ডাক্তর থানিলগী নুপী ওইরে । ঙসি ফাওদি ঐবু লুনা নুংশিনা থম্বীরি। অঙকপা ব্রাখলগী... অশেঙবা ঐগী ঈশ্বরনি । (মতাংদুদা, কৌরকখি ।)

থানিল - থাদোই ! নঙ ঐগী ব্রা তুংওইব্রা ? ঐহাক্লা কৈথেল কাবা চৎলুসি। পোৎ লৈরুসি। নঙগী অপাম্বসু তরেৎ-তরা থোক্লা খল্লগা লৈরুসি লাকও । থৌরাং তৌররো।

থাদোই - লাকচরে লাকচরে দাদা ! ইমা ঐহাক থবক অচিনবা লৈরে।

চান্দনি - লৈসিবু ডাক্তরনা কৌখিবদুদা ইকাই নুংশি য়ান্নদুনা মচিন্দা মুরুম-মুরুম শোন্দুনা।

চান্দনি - অশ ইকাইখ্রেদকো ঙসিশে ! লানজদ্রবী ইমাগী লৈসি ! নঙগী নগুন্না হেনমনদুনা ইচাদো, থোক্লীবা থৌদোকশে পুন্নমক ওইখ্রবনি ! ফরে ইচাইবেম্মা !

ফরে ইচানা নুংঙাই য়াইফনা লৈহৌরো। নপূরোয়বগী শেবা কায়গনু। ইমা চৎখ্রগে। ইমাবু ৱারৌগনু। ইমাগী ইবেম্মা শাবীত্রি য়ুমদা চৎশি লাকও - লাকও। (কপ্লদুনা)

## ২১ শুবা তাঙ্কক

(পুলিস ইষ্টেসন)

মুনাল ঐখোয় সাহেবনা অশুম উংদুনা লৈথোকপগী শরুক য়ুমদা হনবীদুনা করি করিনো ? তাম্নবীরুবনা ফত্রা ? ওইথোক্কবদা লাইয়ুংনরীবদু কান্নগদ্রা ?

লৈশেম্বা - মুনাল নথৌ তৌ। নঙ ঐবু পাম্নবগী থবক তৌব্রা ?

মুনাল - অদুমকতি হায়বীগনু। ঐহাক নখাথাবা থবক্কীদা মচা ওইদুনসু, নপা-হাক্তক্কগী নখোয়গী ইমুংগী অৱা-অনাশে পুমিন্নবা হায়বমক হায়মনবা থোকলোই নঙ শাওগনু মীংগৌ য়াদবগী সাহেব কৌবনি। নঙবুদি ঐনা উদবমখৈ হনলিদা, নুমিৎ থা অহানবা উবনা খরলৌশিং ওই হায়নবদু অচুম্বা ওইগনিদা সাহেব আ থবক্তবুদি নঙনা অহন্নি। (ফাগি অমুক)

*(লৈশেম্বা নোকতবা ঙমদ্রদুনা থিক থিক নোক্লী। অদুগা মনঙগন্দা ফদুনা মুনালগী)*

লৈশেম্বা - মুনাল ! নঙগী ৱাদু খন্নবদা য়াদবদি নত্তে। ঐগী ইথৌদু নঙনা মশক খঙদুনা ফহন্নীংদুনা হায়বীরকপদি ওইবনি। অদুবু মুনাল কাওঙমদবা মৈনা চুদুনা অদুম্মক লৈরি মাগী মৈচাক্তো। নঙসু খন্দুনা য়েংঙু। নুমিৎতুদা নুংশিবদসু মহাক ঐহাক করম্না থেংনরুবনো খঙদে। ঐহাক পুন্সিদা'মানা অহানবা নুংশিবনি। ইমিৎশিদা উখিবা লৈশাবী খূদিং ফজবা থিবা কনাসু হন্না য়েংনীংদবদু। মাদি .....।

*(লৈশেম্বগী মতৌদুদা মুনালনা লক্লবা)*

মুনাল - অদুদা নুমিৎ অমদুসু অদুম্না হেক শাওদুনা চৎখিবদু, হেরা নুমিৎ অমখক্তবু নত্তে। নুমিৎ মশিং য়ামখ্রে শাওদা শাওরুরগদৌনা খন্দুনা ঐসু সাহেবকী মতুংদা থৱাই মচাশে ৱাজদুনা ইন্নরকপসু মশীং য়ামখ্রে। যুময়ৌরগা শাবীত্রিনা হেক্তা অফা-অপুন ওইদুনা ফান-য়াইনা ফাব্রা খঙদে ।

লৈশেম্বা - হোয় মুনাল নঙগী ৱাদু অচুম্বা ঙাক্তনি চুম্মী । ঐহাক তশেংনা হায়রবদা লৈসিবু নুংশি । মাগী মৈচাক খাঙঙমদে অঙকপনি । অদো শাবীত্রিগী লাইবক থিবা খুৎথি মদুদগী মাগী কাইজদবী নুপী অমগী বেব্যার ঐনা ইচনগুম্না পোকমীন্নবা পোকমীন্দবা থিদনা মহাক অসিদা অফবা নিপা অমদা ময়ুম পাঞ্জখ্রবদি অওং-অওন চাওনা, মবুং অমা ওইনা তম্বীগে খল্লুবনি । অদুবু ইমা-পাবুংনা ওন্না তৈনবা লম্বী খনবদুনা মাসু নৱাংদুনা ঐঙোন্দা ইকাইবা খঙদবী অমা ওইখিবনি।

মুনাল - অদো, হৌজিক্তি ফরে কৈদৌরগে। নচা নুংশিবা মশক অমুক খঙলক্লনি। লৈসিগী ব্রাখলদু নচাদুনা নমশিন দুনা কাউহনবা ঙমল্লনি।

লৈশেম্বা - অশ ! মুনাল মদুমক্তি ওইথোক্কবনি। ঐহাক মাবু অমুক হয়া মপোক অমদা থুংনগনি হায়বা খঙলগদি, হৌজিকমক শিরগসু য়ারে। লৈসিগীদমক।

মুনাল - অদুমক য়ৌগ্লবনিনা ফরেনে মৈচাক পুবীদুগী খোঙথাংদু অসুম থিদুনা পুন্সিশে হিংগদৌরি অসি নত্রো ?

লৈশেম্বা - অশেঙবনি মুনাল ! শাবীত্রিগা লৈসিগগী ফিভম চাংদম্ন বদা অমনসু হেনদে অমনসু ব্রাত্তে। অদুবু নুংশিরুবদুখক্তা ....।

মুনাল - ফরে ! অচাকপীদুগীদমক খনবদা য়ু খরুংদা ইরুজবদুদি ফৎত্রবনি মীগীসু নুপা-নুপী য়ুম পান্নদুনা নুংশিনদুনা লৈনবদু নঙগী শন্নিগী মীৎয়েংদু......।
এ ফোন লাকএ, সাহেব ফোন....!

লৈশেম্বা - হল্লো কনা ?

চান্দনি - ইবুংঙো নঙ পেল্লো ! শাবীত্রিদু (কপ্লদুনা) অঙাং নুপী অমা থনল্লগা সংসারদগী বীদাই লৌখ্রে। নঙদি লাক্লরোইদ্রো ? য়ুমদককা চংলক্লরোইদবা নত্রো নঙবু ?

লৈশেম্বা - ইমা ! ঐহাক হৌজিকমক লাক্কনি। শাবীত্রিগী হকচাং মৈ চৃদুনা সংস্কার য়াওরল্লগা মহাকপু কনবীবা ঙমদবা ডাক্তরদু লমন খুমগনি।

## ২২ শুবা তাঙ্কক

### (ডাক্তর হেক থোকখিবগা)

*লৈসিগী য়ুমদা, অঙম্বা অয়ুক পুং ৯.৩০।*

অঙম্বা - হোবে হোবেনা গেট লোনশীনখিগনু। (চঙলকপা) ইবুংগী লৈসি নহাকপু অনা অয়েক করি য়াওবগে ? (ডাক্তরগী গাড়ীদা লাকপা) (মপি চিন্থনা) হা খুম্মুনে ! ইবুংগী লৈসি।

থাদোই - ঐহাক্কী কনা লৈজদে। ইপাম লমদম মায়কৈদা। ঐগী হায়ববু হৈরাং চীং লৈরাং চীংদি লৈহৌরি। পলেম-পম্বৌগুম মীৎয়েংফম্নী। মফমদু মতমদুগী (মপি চিন্থনা কপলি) অদুগা নহাক কনানো ? ঐহাক মশক খঙদে। চৎথোকউ গেট লোনগে।

অঙম্বা - ইবুংগী লৈসি ! ইবুংবু ব্রারৌদুনা অদুম্না চৈগনু। ইবুংগী থম্মোয়শে পুবদা ব্রায়। ঐহাক নঙগীদমক মীতৈগী চৎনবীদা করিগুম্বা খরদং অওঙ-অউন তম্বীনীংদুনা নঙবু থিরকইবনি। পুলিস ষ্টেসন্দা চৎতুনা নঙগী লৈফম হংবসু ঐবু থিনা চৈবীরকই। খোইহি য়োনবা! খোইহি লৌরোই। মহায়বীরকই। ঐনা ইচনগী য়ুমদু থিরকখিবসিদা কয়াদা ব্রাখ্রবা। অদুগা নঙনসু ঐবু থিনা চৈবা ঐবু তানগনু। নঙনা ঐবু তানবদু অতাবা মীনা অয়েংবা মীনা খঙখ্রগা নঙবু উশিৎলোয়।

থাদোই - মদুগী মতমদু হেনগ্রে অদুগা পুলিস হুই কনানা ঐগী য়ুমবু তাকশিল্লকতুনা ঐগী নুংঙাইনা ঈংনা লৈজরিবা য়ুম্বালসিদা দশগী বোম লংশিল্লকপগুম্বনি।

অঙম্বা - ইবুংগী লৈসি ! ব্রাদু ওন্না তৈনদুনা চৎখ্রে । ইবুংনা নঙগী লম্বীদা অয়েংবা পিরুবদু ফত্তবা হান্না খল্লুবগী ওইবনি। অদো অদুম্মক খন্দুনা ইবুংবু ব্রারৌরিব্রা ?

থাদোই - তানিংদে ! তানিংদে ! নহাক মতম অমগী চীংগী লমছুই- লৌশিং হৈবদু মফম অশিদদি নঙগী লৌশিং য়ারোয়। চৎখ্রো ! ঐহাক মতম খরা হিংলিঙৈ ইয়ুমশে ঈংনা হংচিৎ লাংজখিগে ডাক্তরগী সনাগী সঙ্গাইসিদা। নঙগী পাপ য়াওরবা অওঙ-অউন্দু ঐহাক পামজদে। হৌজিক নঙগা ঐগা মরী অমত্তা লৈনদ্রে। থোকখ্রো ইবুংঙম্বা।

লৈশেম্বা - (মতাংদুদা থুংলখি পুলিস ময়ামগা) হায় হায় ফজখ্রেদকো মতম অমগী ঐগী লৈসি ! নপুরোয়বা ডাক্তর লৈব্রা ? (করেম্নবা ব্রাহে)

থাদোই - ও লৈশেম্বা ! মতমদুগী চোইরোন্দু অসুম মমিদা খৌশারিব্রা? করি উশিৎতবনো ? ঐহাক লৈবাক্না শকখঙনরবা ডাক্তর থানিলগী নুপীনি খঙবীদ্রবা? মমিদা মচু শঙবা হৌনদে। অদুগা ডাক্তর মশাসু লৈতে। নোকশিন্নু। ঐহাক নঙগী শাবীত্রিগুম্বী নত্তে ।

লৈশেম্বা - খঙজে ! অদুদা থব্রাইগী মমি ওইখিবনা চিনবানশে ঙাংনিংবদু ব্রাহে পঙথোক থোকই । (উশিত্তবা মীৎয়েংদা হায়খিবা ব্রাহে)

থাদোই - (পোঙনা থোইনা)হুইবীনা হুইনাও চেনবগুম পুলিস ময়াম চেন্নদুনা লাকপিরগা ঐগী ডাক্তর হংবীববু করিগী ?

লৈশেম্বা - ও হো লৈসি ! লৈরাং ওইরিঙৈদনা অথোৎপা ব্রাহৈ ! হৌজিক্না কনানা তম্বীদুনা হৈরিবা নওগী ব্রাহৈদু ? হায় ! ময়াম পুম্নমক হুইদি খোংগদবনি কোইশিল্লু। ডাক্তর থিদুনা মখোঙ মখুৎ হান্না চিকখায়য়ু ।

অঙম্বা - ঙাইবীখো ঙাইবীখো ! শাওবীখিনু থনা বাবু ! ঐবু অমুক্তা হান্না ভাব তাহল্লু লৈশেম্বা ।

লৈশেম্বা - হায় ঙসাইদগী লৈসিগা ব্রারি শান্নবসি চীংমী শা অঙম্বা ! নঙহাক ঐনা উদে । নুংঙাইজরেদা ঙসিদি নঙগী মতম লোইরেদনা আ য়ৌরগা ভাব তানা ঈশিং হৈর-ফুর তৌরগা ব্রারীদু লিগে। ময়াম পুম্নমক খ্বাইদগী মথৌনা লৈরবা শা ফারে লাকও । ডাক্তর মশা লৈত্রবনিনা চেনা ওইনা শিন্নরম্নসি।

অঙম্বা - ঐবু ফাগনু লৈবাক মমাঙদা ঐগী অরান্বদু লাওথোক্লগা ফারবসু ফাবীয়ু ঐগী ইরান্দুবু থনা বাবু ? (অঙম্বগী ব্রাকৎ তাবিদে)

লৈশেম্বা - লৈবীহৌরোনে মতম অমগী থব্রায় ওইবী ! নুংশিদকো নুংশিবী । (ব্রাহৈসি, লৈসিগী মাইথোঙদা নোম্হদুনা)

থাদোই - চংশিল্লক্কনু ! মীওইবগী চৎনবীদা পাখঙ লৈশা ওইবগী নুংশি মরীবু থব্রায়মক হেক্তা ওইব্রা ? (মতিন শিৎতুনা) নমায়দুদা ইতিন শিৎপিগে । করিগী থব্রায় থব্রায় ? ঐবু নঙনা লৌন-লৈনখ্রবা নুপীরা ?
(অকনবা খোন্দা)

লৈশেম্বা - হায় নশাদু ব্রাই শগুদনা উবগী ফবনিকো। নগু ফারগা ঐগী অচাকপা মৈরিশে কোক্লনবা থবক তৌনীকো। নগু নুংশিমন্দুনা তৌবনিকো।(লৈসিগী মখুৎ পাইগে হেক তৌবদা।)

মুনাল - চেনশিন্দুনা লৈবাক ব্রাথোক ওইনরনি। ঐখোয় সাহেবসিমা খরাসু লেমথোকউ কৈদৌগে। নুপী অগাংদা চোপ্লা মানখ্রে। গাড়ী থৌরো মফমসিদা কুইথনা লৈবদা মথোঙ চাররোই।

পুলিস ময়াম - হায়সু হায়বনি! অওইনি ওস্থোক্লা ফজখ্রে কদায়দা নাম্থোকইবনো ঐখোয় সারনা খুবাক ময়ায়দগী অমুক শংখিবদুনা।

লৈশেম্বা - তূ (মখুৎ থিন্দুনা)ফূ! মসিদগী ফারকইবা শাশে! অসিনা মতম অমগী থৌনাদু উৎখোনে।(অঙম্বা ফুবা)

পুলিস মুনাল - আ! ব্রারী খগুদনা পগুহায় হায়শিল্লুরনু তৌরীবসি নখোয়বু নুংঙাইব্রা? অহনসিদনসু নত্তে। ঐখোয় সারগী ব্রারী য়ামপ্রে।

পুলিস - (ময়ামদু) সার খরা ফুরদি ওকএ। গাড়ীদা মথী-ময়ুং চিংশনবদু নমথিগনি। আ য়ৌরগা খন্নরসিবা।

লৈশেম্বা - হাংতোকপ্রগা ঐগী কায়খ্রবা থম্মোয়শে অমুক মেনশিনবা হায়বদু ওইগনি।

পুলিস ময়াম - অওইনি! চীংগী লমদমদুদা শাংপী ওইরবসু ফজেবু ফজে

## ২৩ শুবা তাঙ্কক

(ডাক্তর ময়ুমদা হল্লকখিবা মতাং)

ডাক্তর - লাকপা ! গেটকী সোদু ঙশাই নঙনা পায়খিবগুম ঐবু উখিদা ।

লাকপা - সোজৈবুরো অব্যাই ?

ডাক্তর - হোয়নে ! নচে অমুক কৌথোকত্রবসু য়াওরক্লদি হাংঙসি হায়বনি ।

ডাক্তর - থাদোই ! ঙসিসে ঐখোয়দা কনা লাক্লম্মী ?

থাদোই - দাদা ! ঐদি দাদাখোয় লাকপশু খঙজহৌদ্রে । ইমুং য়ৌশিল্লকপনসু হানখ্রে । ব্রাহংদুগী পাউখুমদু পীজগে। হান্না ফি হোংবীখো । চাকসু লোইদুনা লৈরে । হঙদ্রিঙৈদা চাথোকখিশি ।

ডাক্তর - চাক লায়রি । ফি হোংদ্রবসু করিসু কায়দে নরোন্দু শেংনা খুম্মু থাদোই ।

থাদোই - দাদা য়াম্না শাওনীংবা ফিবম উৎপিবদু ঐবু শাওব্রা ?

ডাক্তর - করি শাওদনি ? নঙনা ঐবু খঙহন্নীংদ্রদুনা ফোন কা অমত্তা তৌরক্তনা মীনা হেক্তা ফোন তৌহনলকপদু, নঙগী অয়াবনা নত্রা ?

থাদোই - দাদা ! পুলিস হুয়শিংদুনা ইমুং খৎননবা য়াই থারকপগী ফোন লাকপিব্রা ? ঐদি করিসু খনবীদবনি ।

ডাক্তর - কৈনোদা থাদোই ? পুলিস ওইরগশু নঙগী অয়াবা য়াওদনবু য়ুমগী ফোনবু অদুগা গেটনা কনানা হাংবা?

থাদোই - দাদা ! ব্রাহংদুগী পাওখুমদু তপ্পা পাউদমজগে খনবনি। অদুবু তমজরগে। খোয়শাওনবীগনু। দাদাখোয়না হেক চৎখিবগা চীংমী অহল অমা ঐখোয়দা লাকই। মহাক্তু মতম অমগী ঐগী ইবুং চৌকিদার ওইরম্মী ।

(অমা লৈ হায়জবদুনি) মহাক পরপ-পরপ চেনশিল্লক্লুনা অসুম্না কপ্লম্মী ইবুংঙম্বাদু ।

অঙম্বা - ইবুংগী লৈসি নহাক ইবুংবু শাওদুনা অদুমমক লৈরিব্রা? ঐবু শাওগনু মীতৈগী চৎনবীদা ঐহাক নঙগী অরৈবা খজিক্তুং অওং - অউন তমগে। ঐনা খুমখি ঐগী কনাসু লৈতে। থোকপিখ্রো ঐহাক গেট লোনগে চৎখ্রো নফমদগী করিগুপামদ্রে। অঙম্বা (কপ্লদুনা) ইবুংগী লৈসি নঙবু থিবদা ইবুংনা কয়াদা ব্রাখ্রবা। পুলিস ষ্টেসন চংদুনা হংবদসু ঐবু অঙাওবগুমসু খনবীবা। অদুগা খোইহি য়োনবা। খোইহিদু ঐখোয় লৈরোই চৎথোকউ গেটকী মপান্দা মপান্দা অসুম চৈরকই। তল্লদুনা ব্রা খরা হায়নরিঙৈ, লৈশেম্বা কৌবা পুলিস হয়দুনা অমুক চঙশিল্লক্লুনা ইখঙ খঙহৌদনা।

লৈশেম্বানা - লৈসি ! নঙগী ডাক্তর লৈব্রা ? ঐনা খুমখি, ঐগী ডাক্তর লৈতে মহাকপু করি মরমগী হংবনো ? মহাক অদু ঙরাং শাবীত্রিগী অরোনবা অঙাং পোক্লনবগীদমক হোৎনরিঙৈদা হোসপিটাল চৎহৌদবদগী ঙসি খরা ওস্তক হোসপিটাল চৎখি ।

লৈশেম্বানা - হায় চীংমী শা অমা লৈসিগী ময়ুমদা থুংলখিবসি, ফাদুনা পুন্দুনা গাড়ী মথক্তা হাপচিনলু (হায়বদগী পুখ্রে) অদুগা ডাক্তর থানিলগী ময়ুমগী চেক তৌ।

ঐনা অমুক্তশু - করি ঐগী ইমুং চেক তৌবা ! হায় লৈশেম্বা ! নঙগী অরোনবা লমচৎতা শিবা শাবীত্রিগী মচা নুপীবুনা কনবীরুবগী ওইব্রা নঙগী ব্রাঙাংদু ?'
মতাংদুদা দাদা ঐহাক ইমুংশু করম্না চংগনি মপান্দসু করম্না লেপকনি খনফম খঙখিদে।

ডাক্তর - লাকপা ! অব্রাংগী মুনালগী মমাদু ঐখোয়দা নচেগা ঙহাক লৈবীরম্মু হায়রু। ঐখোয় পুলিস ষ্টেসন্দা চৎতবা য়াদবনি।

থাদোই - দাদা শাওবীরুনু। মাম্নবীরুগনু। থবকশু চৎলুবগী অব্রাবদু পোৎথবীরগা লৈবীরোদা চৎলবসু হয়েং অঙানবদা ওইনা চৎপিয়ুদা নুংমিদাংদা হুই মরকতা করম্না ?

ডাক্তর - খামগনু নঙ মুনাল মমাগা লৈমীম্নরম্মু। ঐখোয় চৎতবা য়াদবনি।

## ২৪ শুবা তাঙ্কক

(পুলিস ষ্টেসন্দা, ডাক্তর থানিল, লাকপা থুংলখি)

মতম পুং ১০ নুমিদাং।

ডাক্তর - হায় মুনাল, গেট হাংঙু। লৈশেম্বা মশা লৈব্রা ? ওফিশার শোইনৌদু ?

মুনাল - লৈখিবনি। অদো ডাক্তর মশাদো লৈচন্দল চিন্দুনা মনম ব্রা-ব্রা নমদুনা ঙাওফিং ঙাওফিং লৈখিবনি। ঐহাক লমজিংগে চংবীরকউকো।

ডাক্তর - হায় লৈশেম্বা! নহাক ঐবু শীংনদুনা ইশা লৈত্রিঙৈ, ঐগী য়ুম চেক তৌখিবদু করম্বা ইরান শীনীংবগীনো?

লৈশেম্বা - ডাক্তর থানিল! ঐবু ব্রারৌবীগনু। ঐহাক নুপী অঙাংগী মরমদা খরা খজিক নুংঙাইতদুনা, ডাক্তরগী মফমদা ইরাল লঙশিঙ্গখ্রে।
ঐবু ব্রারৌবীরোই। খস্বহৌদনা থবক্লা হানখ্রে।

ডাক্তর - মদুমক্লা ওইথোক্তবা থবক্লা মশক তাককে খন্দুনা নহাক নশানা নশাবু নরান পুথোক্কে খল্লুবগী ব্রানিনে।

লৈশেম্বা - হোয়, মদুমক খস্বহৌদদুনা ঐহাক অদুগা ঐহাক শাবীত্রিবু অসুম ওইখিগনি হায়বদুদি থাজদ্রবা থৌদোক্নি।

ডাক্তর - ফরে! পূম্নমক অচুম্বা অরানবা নখোয়গী ইমাদগী খঙলম্বসু য়াই। অদুগা নশানসু খঙফম ভাব তাফমসু থোকই। শাবীত্রিগী কেশতু লনাই ওপরেসন হেক্তা য়াবসু নত্তে নঙগী সাইনসু।

লৈশেম্বা - অশ হায়জবদা অসুম নীংশীংদুনা আইন য়াম্না তৌবীরগদি মফমসি পুলিস ষ্টেসন্নীকো। কাউবীরবা জাৎলো? (শাওগৎলকপা)

ডাক্তর - ষ্টেসন্নী নঙ কৈদৌগে হায়বনো? করম্বা ইরাম্নো নঙগী অপাম্বা?

লৈশেম্বা - ডাক্তর ! কান্নদবদা নঙ ঐ শাওনবদু কান্নদে থোকখ্রো। মফমসি হাৎপা-তুপ্পা ঙম্বা মোংফম্নী । চৎখ্রো ডাক্তর।

ডাক্তর - নখৌ পোঙগনু। ঐনা লাকইবসি ব্রারেমশুবা লাকপা নত্তে । ঐহাক নঙগুম্ব নত্তে । অঙম্বা কদায় থন্মী পুথোরকউ । ঐহাক লাকইঙেসিদা পুখ্রগে ।

লৈশেম্বা - ওহো ! নঙ অঙম্বগীদমক ব্রা য়াম্না ঙাংগনু । নঙনা চুন্নমবদু ঙহাক্কী মনুংদা অরানবা তারক্লনি । কান্নরোই ব্রাদু অরেম্বা ওইরনি ।

ডাক্তর - লৈশেম্বা ! অঙম্বা ঐগী য়ুমদা মশা নাবগী লাইয়েংবা লাকখিবা ঐগী পেসেন্ট অমনি । মহাক্কী অনাবদু ঐনা লাইয়েংবা লোইরবা মতুঙদা নঙগী অপাম্বা থবক চৎথবদা ঐনা অথিংবা লৈরোই । মদুফাওবদি নঙনা খল্লিবা ব্রাখলদু ঙাইবা তাই ।

লৈশেম্বা - মদু ওইথোক্তবনি। নঙনা আইন য়াম্না পান্নগনা মহাক ঐবু হাৎকে তেমশিংনবা মীওইনি। কান্নারোই হয়েং কোত্ত্রা পুথোক্কনি । অদুগা মখা তাবা খন্নবা য়াগনি । মুনাল, মতম থেংলে গেট লোনশিল্লু ঐগী ওর্ডরনি ।

মুনাল - ডাক্তর মতাংনা মতম্না য়ারক্লে ব্রারৌবীগনু। থোকপিরসি। হয়েংদু ওইনা খন্নরসি । ঐনা সুম খঞ্জবদা অঙম্বাগী মফমদা লৈশেম্বনা য়েকখিবা লৈবননি ।

ডাক্তর - মদু ঐহাক খঙদবা নত্তে। নঙোন্দগী ঐনা হায়না খঙখ্রবনি। অদু ওইরগদি করিগীদমক চীংদগী ফাক্লবা য়াদ্রা ? ঐগী য়ুমদগী ঐবু উশিংত্তবনি য়ারোই মুনাল অদুবু ঙসিগীদি থেঙলে ঐহাক হনখ্রগে ।

*(থাদোই মচানুপা অমা ফংজরবদা নুমিদাং ডাক্তর হল্লকখ্রিঙে)*

মতম পুং ১২ ।

ডাক্তর - (লৈশেম্বা উম্নরুবগী শাওরদুনা লাকখিবা মতাং - ময়ুম হল্লকখিবদা অঙাং কপ্পা মখোল) হায় লাকপা ঙসিগী খোয়দৌ শাওগৎপা অসিমুক নুংঙাইতবসি, পুন্সিদা অমুক্তা থোকখিদ্রি হায় কদাইদগীনো অঙাং কপ্পাগী মখোল অমা তারিবসিনা ?

লাকপা - অবাই! ঐখোয়য়ুমদনি। ঐহাক গেট লোলহৌরগে। অবাই হান্না চংবীখ্রো ইচেদু করম তৌরবনো ? (হোবে - হোবেনা ডাক্তর কোকচাওবী কারদুনা।)

ডাক্তর - থাদোই! থাদোই ! হৈমা নঙসিদি নশাদু ঙসাই ঐনা চৎত্রিঙেদা ঙম্মী ঙমদে হায়বদু কৈদৌবা ? অশ অঙাং খুৎচাওসিগা নথম্ভা করম্না ? অশ কিজবা মতৌনি নঙসিদি ! নশাদু করিমতা তৌদ্রো ?

থাদোই - ঈশ্বরনা তম্বনি । ঐহাক ঙসাইদু খিতংদি ঙমদবগুম তৌরবনি । অদুদা দাদানা শাওবদু উবদা ঐহাক কিজরদুনা হায়দবগী ৱানি । অদো নঙগী নাক্তা লৈরবনিনা হৌজিকতি কেজরগে খনবগী ৱানি ।

অদুগা দাদা ! ঐখোয়গীদি চৎনবীনি । অঙাং উন্নবা খূদিং অপিকপা কা অমদা ইতোমতা পোকচবনি অয়াম্বনা অশ ! হৌজিক্কীবুদি ডাক্তর দা তৌনরে। অদো অয়াম্বনা মথন্তা ওইনা তৌনৈদা। ঐবু অদুক মুন্না য়েংবগী শরুক নচাশে পম্মুসে। ঐহাক পোৎথাগে ।

ডাক্তর - লাকপা ! নহাক মুনাল হোয়গী ইমাসে থিনবীরু। ইনে ! পঙব্রা ব্রাবীরে । (হরাওনা)

থাদোই - ইনেমা পোৎথাবীরুরো। ঐগী অব্রাবা খূদিং য়াওবীরে।

মুনাল-মা - নখোয় অনীগী ব্রাতাশে ঐহাক নখোয়দগী নতেং লৌদুনা লায়েংলিবসি ইকাইরক্কদৌরেকো । নখোয়না ঐগী ইশা কনবীরিবনি । মী কনাগী ডাক্তরনা অসুম য়েংবীরক্কনি ?

ডাক্তর - অশ ইনে পেনথোক্লা হায়বীবসিমুক হারাওজবসি লৈত্রে ।

মুনালমা - আ অদুনি অদুনি । ঐনা হেক ওস্মীমখৈ শিদ্রিফাও ইচানুপীগী মমিত্তগী মপি তাহনবা য়াপোৎ নত্তে । য়ৌখ্রগে।

ডাক্তর - হায় বাবাগী নুংশিবা নঙবু নমিৎ উদ্রিবনিনা নোকতেনে। (মমাই নাম্থদুনা লক্লরি)

ঈশৈ ঃ-

বাবাগী নুংশিবা ! থাজগুম থাপ্লম্বা ব্রাখল
ঙসিদি ইতমপাকতা থোক্লরে কোরৌগুম,
নঙালগী ফজরবা মাইথোঙবু য়েংসিরা ?
নুংশিমন্দুনা ইচাগী খজাইদবু চিকথৎশিরা ?
নুংশিবা ইচাগী মমা।

নুপী ঃ- অয়ুক্কীনা কোরৌওই, নুমিদাংগীনা থাজওই,

লৈসি - য়েংমিন্নসি নচাসে, অদো দাদা ! নহানমখৈদি দাদা
কৌবদু হোংদোক্লগে, ঐসু অবুংঙো মপা কৌরগে।

ঈশৈ ঃ- মমাগা মচাগা কনানা হেন্না নুংশিবগে হায়বীয়ু?
নুংশিবনা নুংশিনা চনবীখিবা পাউখোং
ফোঙদোক্লবসিদা হংজনীংলক্লে ঐসু অবুংঙো মপা।

নুপা ঃ- অমনসু হেন্দে অমনসু ব্রাৎতে,
ঐগী পামবোম ওই য়েটসিনা
মচা খায়না ইথানুংদা কোঞ্জরিবসিনা
মানবা শাওখিনি অবুংঙো মমা।

লাকপা - অশ ঐখোয় ইচেগা অবাইগসিদি ! রাগা নুংঙাইবা
ইপাক্তা তাওরিনা। অশ ঙহাক্তং মফমসিদা ফমথদুনা
লৈত্রগদি, মতাংসিদা হেক চঙঙ্ুরগদি, ঐহাক
ব্রাখঙদবা তানি ফমখিগে (থোঙগাক্লিদা)।

## ২৫ শুবা তাঙ্কক

### (পুলিস ষ্টেসনগী ব্রারী)

অঙম্বা শিখিবা নুমিৎ

লৈশেম্বা - তোম্বা লৈব্রা ? মুনাল নঙলা কৈনো চীংগী অঙম্বদু মশা খরা শোক্লম্নি। করিনো অচা-অথক খরা পিজরগা, মমলিঙৈদা মমিত্তু পুম্নিন্দুনা থাদোকখ্রো। ফুবা পেল্লে। মুনাল ঐনা হায়সে তাব্রা ? নঙগী লৈকায়গী লৈমিম্নবা ডাক্তর শোয়নাওদুগী ব্রাদু তাবদা হাউতে।

মুনাল - সাহেপ্পু ঐনা হোয় মাই হায়দবীদা তুমীন লেপ্পীবশে আ অঙম্বদু শিদুনা লৈরম্মী। মথীকাসু ফাইজিন্দুনা অমম্বা কাদুদা তিং লৈরম্মী। ঐহাক অমুক হন্না চঙবদি তল্লি। মৈগা লাক্তবনিনা কেন্দন্দুসু মনাক হেক য়ৌবগা মুৎখ্রে। মনাক্তা লাই ফত্তবা লৈব্রা খঙদে। খোঙগাশে নমথীবা থীদু নেৎপগী মনমদুনা কোকতনা লৈরি। ঐহাক ঙমজরোই। ঐখোয় সাহেপসু খরা ফুরগা নহান্না থাদোরকপা য়াই।

লৈশেম্বা - হায় তোম্বদা হায়য়ু। নবান্নী তান্নদুনা হুন্দোক্কেরা কৈনো খন্নরুচো। মদু ঐবু চেন্নগনু। চেন্নদনবা তৌ। নখোয়গীসু য়াইফনবসু খল্লু।

চান্দনি - মচানুপাদা ফোন তৌরকপা।

লৈশেম্বা - ইমা করি তৌরে ?

চান্দনি - হায় নিপামচা ! নঙবু ইসু থাগোই মচাদু নারেনে। মশাদং শাগৎপদা ইমাদি লৈবা ঙমদে। করম তৌশিগে? থেঙবদি থেঙদোকখ্রে। ঙসাই মানা স্কুল হল্লকপদুদা নঙবু ফোন্দু তৌখো ইসুনা হায়দুনা তৌবদুসু শুকপাই হেক পাইবীরকতেদো।

লৈশেম্বা - ইমা ঐহাক লাকপদু ফরক তাবা থবক অমা পাঙথোক্কদৌরি। য়াখিরোয় পঙকল কন্নমক ঙমদবা নত্রগদি ইমানা থোকপা হোৎনরো।

*(ডাক্তরগী ফোন অমুক)*

ডাক্তর থানিল - (লৈশেম্বদা ফোন্দা ৱারী শাশি হায়রি) লৈশেম্বা নহাক হৌজিকফাও অঙম্বদু চৈরাক পীবদু লোইদ্রিব্রা ? ঐহাক ইচা নুংশিবা ফংবগী মতম খরা হরাও নুঙাই ফোংদোক্লনসু লৈথোকউরে, চহী কয়ানো ?

লৈশেম্বা - আই, ডাক্তরনা নহালব্রাই হায়বীরম্বা ৱারীদুনা ঐসু খন্থবা য়াবা খন্দুনা থাদোকচখ্রবনি। অদুদা .... !

ডাক্তর - লৈশেম্বা নমথাক তৌগনু। ঐসু য়েংবীবা য়াবা য়েংলবনি।

লৈশেম্বা - ডাক্তর থানিল! তশেংনমক থাদোকখ্রে। নঙগীদা লাকঅবসু মহাক চীংমী ওইবনিনা তম্পাক্কী লমদমশে হৈনদবদগী ময়ুম চৎলম্বসু য়াই।

ডাক্তর - হায় লৈশেম্বা ! মহাক অদু কনাগী মফমদগী ময়ুমদগী ফাখিবনো ?

লৈশেম্বা - অদুবুদি চুম্মী । ঐনা খঞ্জবনা মহাক অদু অঙাংমক নত্রবনিনা ইজ্জাতিসু তিম্নদবনিনা(অসুম ফৎতবদু) সোম্না খনবীরোয় খন্দুনা ঐহাক নুমিৎতুগী মতম খরা লৈরগা থাদোকখ্রে ।

ডাক্তর - ঐগী য়ূমদগী ফাখিবনি । মরম অদুনা মাবু ফারুরগা অমুক থিনবীরকউ ।

লৈশেম্বা - ডাক্তর কাম্নরোইদা অরেম্বদা নিংঙাই তৌশিন্নগনু । চহী মরী-মঙাগী ৱাবু ।

ডাক্তর - করি ঐবু অঙাং মচাগুম নঙোন্দা নিংঙাই তৌবা কাইনা। হুয় ! নঙগী থবক্তু মচাপিশক্লী চহীশু ঐনা নঙবু (উশিংতনা চায়রবদা) য়াম্না হনখ্রজাংনি । নঙবুদি নখুং পায়দুনা তার্কপি তমবিরকপা ওজাগুম্বনি। খল্লু হুয়। নফম তৎকেরা ?

লৈশেম্বা - হায়নবা য়াদবীদা ৱাঙাং কমজাও হুনবীবদু ফরে ফরে। অচুম অরান থিবীবা, চীংমী মাগীদমক অদোমবু । হুয়না লায়জৌবা মখৈ চিকত্রিঙৈদা ৱাখলদু খরা ফাথবীয়ু । (ফোন থম্মে, থবক চিনলি)

## ২৬ শুবা তাঙ্কক

(ডাক্তরনা নুংথিল ফোন তৌখিবদুগী,ব্রাহংগী পাওখুমদা শাওনখিবদু। অহিং ডাক্তর থানিল অশাওবনা মাংওইননা মশাগী মং থিবা লাক্কদৌরি।)

ডাক্তর - থাদোই, ঐহাক হৌজিকমক পুলিস ষ্টেসন্দা চৎতবা য়াদ্রে।

থাদোই - চৎপিখিনু । মতাং মতম চাদে। ঙসাই নুংথিল চৎপিহৌবসু নত্তনা। হৌজিক নাতৈ চাদ্রেদা।

ডাক্তর - খামগনু ঐহাক চৎতবা য়াদবনি । অসুম খল্লুবদা উশিৎতবা লৈশেম্বা হুয় মুনালদুসু হুয়বীদুগী মীচঙদা ব্রা অমসু হায়রদে। তম্লদে। খঙগনি মাসু। ঐসু ইচাগী নুংঙাইরবা সংসারদা মতম খরা তাউদুনসু, মাগী অপাম্বদু থাদোকপিরেদনা।

থাদোই - লাকপা ! অবাইশে শাওদুনা অথেংবদবু পুলিস ষ্টেসন্দা চৎখিগদৌরে খাম্মু। হৌগৎলু তুম্লব্রা ?

লাকপা - অবাই শাওবদু কান্নরোয় হুয় য়াম চঙদুনা চিকলক্কনি। হয়েং নোংঙাল্লগা চৎপদুনা ফগনি। ঐসু য়াওনা। ঐসু হায়নীংবা ব্রা লৈ।

ডাক্তর - হায় ! চৎলু নচেগা লৈরম্মু। ইথম্বা চৎকনি। ইথম্বনা লৈশেম্বগী মথক্তা....।

লাকপা - ইচে ! খাম্বসু য়দ্রে। লাইনা তম্বা লাক্লনি ঐহাক ঐগী কাদা চঙঙে। অহিংসিদবু।

থাদোই - হে ঈশ্বর ! করি মতৌনো ? কনাগী করম্বা থৌইনশিন, ব্রাখলগী মপৈনা ঐগী ডাক্তরগী মবুক খোয়শাওনহবীবনো ? ব্রারেদকো ঐদি । করি থোক্লগদবা ! হে ঈশ্বর ! অহিংগী অমম্বা নঙনা ঐগী মপুক-তপথ্রবা ডাক্তরবু ঙসিদি ফাথবা ঙম্বগী থৌনা পিবীদবন্যে ?

*(থানিল, থাদোই অনীনা পোকচবা মচানুপা মঙাল)*

মঙালসনা - মমা ! ঐহাক ইথন্তা তুম্বা কিজেয়ে । বাবাগা নখোয় ঙসাই ঙাঙনবদু করি তৌবা বাবাদু পুলিস ষ্টেসন্দা চৎখিবনো ? অথেংবদা ... ?

থাদোই - ইমাগী মঙালসনা ! বাবানা চৎখিবদু (কপ্লদুনা থাদোই, থম্মোয় পিকশিনবা হৌরকখি) ইমানা করম্বা তমথোক্লসিগে ! ইমাগী মনি তূমলোসে । ইচাদি মরমমোকপনি । (মচা থেম্বা)

মঙাল - অদুদি ‘খোয় বাবাদু মীনা হাৎতোকখ্রসু খোঙগুল লিদনা অসুম লৈথোক্কদ্রা ? (নিংঙাই) তল্লি কৈসু হায়দবা য়ারোই মম্মা ।

থাদোই - মমাগী নুংশিবা ! (মপী শীস্থনা) নিংঙাই তৌরনু কপ্পনু সে ! বাবা কৈসু তৌরোই হল্লক্লনি । তুম্মুরো লাকও । অহিংসিদা কপকনু ফত্তে ।

মঙালসনা - কৈদৌ ফতনি ! ইপা নুংশিবগী কপ্পসিবু কপখিনি । ঐ মঙদা বাবাদো ঈশিংদা ইরাক্লরম্মীনে । ঐসু য়াওনা । অদু-নত্ত্রদি ঐহাক ব্রাবানা চৎখিবদু তাম্নদুনা খামগদৌবনি। ঐহাক মীৎ পাঙবা ঙমহৌদ্রে ।

থাদোই - হায়সিবু নবান্নী পুন্না ইরাক্লবদগী, মঙলাক্লবগী ব্রারা ?

মঙালসনা - উঙ। মদুনা ঐহাক অব্রাবদু লোইরগা মীৎ পাঙথোক্লকপদা, কক্কাগা নখোয় ব্রারী শান্নবদু ঙৈহাক তারিবনি। মমা বাবাদো থম্নাগী নোংমৈনা কাপ্পদা পাল্লোইদ্রো ?

থাদোই - (কপ্লদুনা) ব্রাখল ঈশৈ ঃ-

অতিয়াদা থোক্লীবা, থাজ থব্রানমিচাক
ঐগী পিক্লিবা ইচাগী চিনবান্দগী থোক্লকলিবা
চিংনবা ব্রাহংশিংগী পাউখুমসে পিবীরকউ।
খান্বদা ঙমহৌদ্রবা মাগীদমক ব্রাদবা ঙম্লকত্রে,

করিবু থোক্লীগবা থব্রাই মানজা পাম্মুবদো
বিচারগী ব্রায়েল থোঙজিন্দা লেপ্পীব্রা ?
অচুম অরান থিবা চৎখিবা মহাকপু,
পারিনা হংজরিবা, মম্মানা পাওখুম পিঙমদে।

থব্রাই মানা নীংঙাইদনা চৎখ্রবদা
হকচাং পোলাংনা করম খাঙগনি
পাওদম্বীরকউনে। থোক্লীবা নোংদোল থক্কী
তাইবঙ থব্রাই য়োক্লীবা, মঙালগী মমি তাহনবীরিবা
হো থাজ থব্রানমীচাক (কপ্লদুনা)....

মঙালসনা - মম্মা ! য়েন্দি খোংঙে। নোংঙানবদুনা করমকান্দা ঙানগদৌরিবা ? কপকদৌগী শরুকপুদি নোংঙানবা ঙাইবনা ফত্রা ? বাবাগী খোঙগুল লিবা চৎনবা, কপ্লগনু মমা। ঐহাক তুন্নগে হায়বা ।

থাদোই - মম্মাগী মঙালসনা ......!

## ২৭ শুবা তাঙ্কক

(পুলিস ষ্টেসনদা লৈশেম্বা , ডাক্তর অথেংবদা)

মুনাল - কৈনোনে ! হৌজিক্তা অমমুক হুনদোকউবদা মঙায়রি । লাকইবসি ডাক্তরগী গাড়ী মাল্লিদা। ঐহাক শমকাশে অমত্তা হৌরম্লরোয়বু। মীংশেল য়েংশিন্নদুনা উশিন্নদনা চংখ্রগে ।

ডাক্তর - হায় সন্ত্রি ! মুনাল লৈখিব্রা ? অহিংসিদা মীংশেল য়েং য়েংদুনা চংখিবসি মাল্লিদা মুনালদুবু ! (শোনখিবা)

তোম্বা - অসুক থেংথনা, মুনাল হংবীববু ? সোমবু ...! আ ভাব তারে ভাব তারে । আ মুনাল মমাগী অনা অয়েক কুম্বা লৈবীব্রা ? তাঞ্জদো শাওবীগনু ।

ডাক্তর - হায় ব্রারেমদু তানিংদে। হংঙক্কনু মুনাল কৌরকউ । ও য়ারে য়ারে লাকইবসি নত্রো মখোলশে ?

মুনাল - হো মতম চাদ্রে। গেত্তগী মীদু চঙহনলক্কনু হায়য়ে সাহেপ্লা । অশ ঐনা হায়রুরিবশি, ডাক্তরদুসু অনম য়াম্না কনবনি । থোকতুম থোকউখিগে । লৈকাইগী ডাক্তর ! চঙবীগে হায়ব্রা ? হান্নগুম ঐখোয় পুলিস ষ্টেসনসে, নক্লনা লৈত্রবনিনা শাংঙদ্রা।

ডাক্তর - হায় ! নঙ ঙসাই ঐনা লাকপদু উহৌদ্রো ? কয়াম কুইথনা ঐহাক গেত্তা লেপ্পী ? নঙ লৈবগী লেপহনব্রা ? পুলিস ষ্টেসন্দা নঙ অমা লৈ হায়বগী ব্রাথলসি খরা চাওথোকচদুনা, অহীং নুংথিল থিদনা লাকইবনি ঐ। ঐগী দরকার লৈবদুগীনিনে। নঙ অদুক য়াম্না খঙশিন্নদবদু কৈগিনো ? নঙসু য়াওনা ঐগী . মায়োকতা ? মুনাল !

মুনাল - নত্তে নত্তে লৈকাইগী ডাক্তর ! নথন্তা চঙবীগ্নো ।

লৈশেম্বা - সোম্না ইফমদগী করি পাম্বগী অহিংসিদা ।

ডাক্তর - হুয় ময়াম চঙদুনা শারাক তমখিবা চীংমী অঙম্বা মতম কয়ামকুইনা থমখিগনি ? পেন্দ্রীব্রা ? মাবু চৈরাক পিবদু ?

লৈশেম্বা - ঐনা থাদোকখ্রে হায়রবসু চীংদগী অমুক ফারুচো হায়বীরকখিবদু, সোমনা ঐবু য়াম্না উশিংতবদুনিনে। হুয় হায়বা মীংথোনসু ফংজরে । য়েংগে খন্দুনা য়েংজরুবনি। কনা করিগীদমক, ফংহৌদ্রবী কনাগুম্বী অমগী মরীদা ? অদুবু হনজিন হনজিন ঐগী হুয়কোন দা চঙবীরক্লবনিনা, ঐহাক হৌজিক পাওখুম পীনীংঙাই লৈজদ্রে । নোংমৈ মরুসিনা, পাওখুম পিজবা তারে। (লৈশেম্বনা নোংমৈ অহুমলক কাপশিন দুনা ডাক্তরবু)

ডাক্তর - লৈশেম্বা ! মরান লৈতবা মীবু নখুৎমক্লা ? নঙগীসু মতম লোইরবকো ! আঃ থাদোই ! বাবাগী মঙালসনা। (অরোইবা ওইখি)

**মুনাল - অশ মসি মতাংসি য়ৌরগদি সাহেপ ! ঐহাক থবক্তগী পোথারগে ।**

লৈশেম্বা - নঙগী অপাম্বা ঐনা থিংবা ঙমদে মুনাল । অদুগা মহাক অসিবু মশাগী মারুতিদুদা হাপচিন্দুনা ময়ুমগী থোঙ্গালদা অরোনবা লম্বীদা পুদুনা থম্বীরুচো। অদুগা নহাক থবক্তগী পোথারগে অসি নত্রো ? য়াই । অদুগা মুনাল ! ইশা ইশা হিংনবা হোৎনদবা য়াদবনিনা, নশামক্সা ডাক্তর হাৎলম্বদগী নহাক থবক্তগী পোৎথাখিবনি হায়বদা য়ারব্রা ?

মুনাল - কদায়দগী কদাইদগী ! শোয়রে । ঐহাক য়ুমদকা হনগদবা কিজরে। সারগীদা অসুম হিংজরগে ।

লৈশেম্বা - অদু ওইরবদি ঐনা হায়বা খুদিংমক য়াবা তাই। ইনবা তাই । ঐনা হায়খিবা থবক পাঙথোকউ ।

তোম্বা, মুনাল - ফগনি সাহেপ ! পাঙথোকচরুরগে ।

## ২৮ শুবা তাঙ্কক

(ডাক্তরগী য়ুম নোংঙালবদা)

থাদোই - লাকপা ! নঙ ঙরাং গেট লোনশিনলম্ব্রা ? অবাইশে গেটকী মপান্দা গাড়ী খাম্মীবসে, চৎলু লিক্লানা চোৎতুনা, মশাকাসে পুমইঙ ইঙলম্লনি ।

লাকপা - ইচে ! কৈনো হায়সিবু ? অবাই ঙরাং পুলিস ষ্টেসন্দা চৎখিবদু হল্লকতব্রা অদুমক ?

মঙালসনা - বাবাগী নাক্তা চৎলুগে । বাবা বাবা ! মমা বাবাশে তূমদুনা অদুম লৈ। কৌবসু তাদনা ।

থাদোই - চিংনদুনা অমুকসু থোঙ্গালদা মচানুপাগী ব্রাহৈদু লাপতক্লা য়েংই ।

লাকপা - হায় মঙাল ! নঙদি লিৎতুনা চৎপ্রা ? অবাই ! অবাই! য়ুম চঙশি, লাকওবা হায় ঈসিদি কদায়দগীনো ? ইচে ! ইচে ! অবাইশে । (পাখৎনা)

থাদোই (শাওগৎপা হন্থবা ব্রাঙাং) মথোং খঙদনা ডাক্তরগী নাক্তা দাদা ! দাদা ! ঐবু কনাদা শিন্নরম্বনো দাদা ? (কপ্লদুনা) ফৈ লৈশেম্বা নঙনা ঐগী মায়োক্তা ! হৈরাং লৈরাং চীংগী লৈসি লৈরাং ইগুন খঙহনগে । হুং মতম খরা ঙাইখো ঐগী ব্রাখল তপথখো। পিক্লীবা ইচাশে, মপী-মপা য়াওদনা লমজা শরাগুম লৈহৌরগনি। ঐগী ব্রাখল ঙাইখো । তপথবা তম্মু । লমন খুমখিরোই লৈশেম্বা । মতম খরদি হিংখো । ঐহাক ইচা চাওদ্রি । (কপ্লদুনা)

লাকপা - ইচে ! হোসপিটালদা অমুক্তংদি পুখৎতুনা.....!

থাদোই - লাকপা ! কৈদৌরুরনি পুখৎলুদনা। হোসপিটাল য়ৌরুরবদি কেশ মথঙ মথঙ মথোঙ খঙদনা লৈরগনি। অদুগী শরুকপুদি, হৌনবী মাগী তৌফম থোকপা তৌবনা ফৈ । (মতম খরা ব্রা মখা তাদনা লৈখিশি) খবরদদি- হাপতোকখিসি । লেম্মা তোকপা য়াবা নত্তো অবাইশে তুমলে লাকপা অবাইগী হকচাং তপ্লা থাঙলকউ । অবাইগী ফমুংফাও ।

মঙালসনা - মমা ! ঐহাক্না পুলিস খরদি হাৎতোকপা ঙমদ্রিফাও তুমীন্না লৈখিসিকো। অমত্তা নত্তে খরা মথৈদি বাবাগুম শিহন্দবা য়াদ্রে । বাবা বাবা বাবা !
(কপ্লদুনা শাওরপ্না) বাবানা নোংমৈ কাপ্না তঙ্গীরম্বদো বাবা, ‘গী নোংমৈনা পুলিসতা কাপকে । (বাবা)

থাদোই - (অঙাওবীগুম মচি মচি খৃদিং লেপ্তুনা নুংতি খুদিং ডাক্তরগী মোংফমদা) কৌবীররো লাকও। থাদোই ! হায়বা মীংগৌদো ।

২৯ শুবা তাঙ্কক

(পুলিস ষ্টেসন্দা লাকপা ফোন তৌখি)

লাকপা - হায় লৈশেম্বগী পুলিস ষ্টেসন নত্রা ? মশা পায়নবীরকউ।

লৈশেম্বা - কনানো নঙ ? ঐ ইশানি ফোন পাইরিবশি ।

লাকপা - ঐহাক লাকপা কৌবা অমা। থাইনগী হৈবাং লৈরাং চীংগীদুনি ।

লৈশেম্বা - অদু করি হায়নীংনো লাকপা নঙনা ?

লাকপা - অা কৈনোনি ! সোমগী ইচানুপী থাগোই মচাদু ঐনা ফাজিন্দুনা থম্নীরি।

লৈশেম্বা - হায় ঐগী ইচাদুদি স্কুল কাখিবনি । করিগী ফাবীরিবা ?

লাকপা - করিগী মাল্লি ? নরোন শেংঙু লৈশেম্বা। ডাক্তর থানিল কনানা হাৎপনো হায়বদু নশক খঙলফাও । নহাক্না লোৎশিন্দুনা খবরদসু কয়ারক হায়খ্রবদু নঙনা শেংদোকপা পামদবদু করিগীনো ?

লৈশেম্বা - য়েক্লবা ওইনগুমসি কান্নরোই। ঐগা নঙগা লম্বা চাদে। ডাক্তর থানিলগী মরমদা ঐনা করিসু অরানবা খল্লুদে। মরমদি নচেদুগী মরম্মা।

লাকপা - ফরে অদু ওইরবদি নচানুপীশে শিগ্রবা তুংদা নহাক ভাব তারক্কনি।

লৈশেম্বা - মদুমকসু খনগনু লাকপা! ইচাদো মমা মপা য়াওদনা নাওয়োক্কুনা চাউজরকপীনি। অদুগা তশেংনমক্তি থোকখিবা থৌদোক খূদিং মরম নত্রগা মরান অমমম লৈতনদি থোকলোই থৌদোক্কু।

লাকপা - অদু ওইরবদি ঐসু মরম নত্রগা মরান লৈবগী নচা হাৎপা তারে।

লৈশেম্বা - অঙাংদা অকনবা শীংনবা, করিসু খঙজদবা মহাক অদু ফাবগী শরুক ঐবু হাৎলু। মরম নত্রগা মরান পীরগা নঙগীদমক থোঙ লাওনা হাংলমগে। অঙাং নুপীমচাদুদি করি খঙজবা নত্তে। মদু ঈশ্বরনা য়াবীগদবা মরান নত্তে লাকপা।

লাকপা - য়ারে! নঙনা ইচেদা নৈরবসু কান্নরোয়। নঙদি নথ্বায়দু শিবা কিরমগনি? ঐদি অবাইগীদমক থব্রায়শে পাম্মুদবা- মতাং থোকই। কান্নরোই লৈশেম্বা! নঙগী চোইরোন্দু তানিঙদ্রে। হপ্তা অমগী মতম থাবীগে। অদু ফাওবগী মনুংদা নরান শেংদোকউ। নত্রবদি নুপীমচাসি লোইশিল্লবা মতুংদা নঙবুসু। ফোন থমলে।

লৈশেম্বা - লাকপা লাকপা! অশ! হায় মুনাল! কনা কনানো থাদোই মচাগী খোঙগুল লিরুসি থুনমক।

## ৩০ শুবা তাঙ্কক

### (থাদোই, ডাক্তর থানিলগী মোংফমদা)

### মচানুপা মঙালসনা য়াওনা

থাদোই - নুমিদাং ৱাইরমগী সন্ধ্যা - ওইরকপগী ধুপ-থাউমৈ কৎনবগীদমক থোংগালদগী খজিক চৎথোক্লা ডাক্তরগী কোম্প্লোং মপাদা, হৈকোল-লৈকোন অমা থম্বীরম্মী, মদু ডাক্তরগী হৈকোল-লৈকোল পোৎথাফম্নী। মফমদুদা, মোংফম ওইখিবনি।
থাদোই, নুংতি খুদিং মৈরা, ধুপ, লৈ (কপ্না কপ্না) কৎপা হেক হেক থোক্লককই, মতাং মতম চানা অসুম থোকউ, তমখিবনা, লৈশেম্বসু, লৈসিগী মফমদা মচানুপীগী মরমদা ৱা.খরা হংনিংবগী লাকখিবদা তানচানা, থাদোই, ধুপ-থাউমৈ কৎপাগী মখুৎতা লৈরাং খুজোক পায়দুনা কৎপা লোইরবদা।

মঙালসনা - মমা! ঐখোয়গী গেট ময়াদা পুলিস গাড়ি ময়াম খামখ্রে।

থাদোই - চিংনরপ তৌনা ময়ুম চঙশি। লাকপা, মৌপাৱ লৈতে। মচানুপা মঙালসনা মখুৎ পায়দুনা লেপলিঙৈ।

লৈশেম্বা - গাড়ী ময়ামদু ঙহাক খামদুনা লৈখোকো। গেট লোনলি। ধুপ মনমদি শাৎপমখৈ নম্মী। থিশি ঙাইখোকো। হায় লৈসি! নয়ুম গেট শো লোল্লি। য়াচঙবা মতমদা কদাই চৎলি খনবদি অশিবদা অচাপোৎ পিজরুব্রো? হা হা হা। (নোকথবা)

থাদোই - করেম্নগনু লৈশেম্বা ! মফম অসি নঙগী করেম্নফম নত্তে। নথৌ শিঙ্খ্রা চৎচখ্রো।

লৈশেম্বা - নুংশিবী নঙগী শক্তম্না ঐহাকপু খামখিবনি। তান চাবা হায়বদুনি । ইরুজনীংবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা মান্নে হায়বদুনি। ব্রাহং খরসু নফমদা । কনাগী ব্রাহং ? ইচানুপী থগোই মচাগী ব্রাহং ?

থাদোই - লৈশেম্বা ! ঐহাক নুপীনি । মফম মতম চাদে। নঙনা হংনীংবা ব্রাহং । হৈরাং লৈরাং চীংদা নথৌনা য়েংনদুনা নরীল ফৃদোক্লদুনা ব্রাহং পাওহংনরু ।

লৈশেম্বা - অদুমসু য়ারে। অদুগা ব্রা অমতং হায়জগে। শাওনীংবা ব্রাখল থাদোক্তুনা থম্মোয়নুংদগী পাউখুম অমতংগসু পীবীয়ু ।

থাদোই - পূম্নমক্তা ঐহাক নঙগী ব্রা তাবা পামদে ।

লৈশেম্বা - (শাওদুনা) - লৈসি ! নঙগী ব্রাখলদা ঐনা ঙসি থব্রায় হিংলি হায়বতা মঙায়রে । য়েংঙু য়েংঙু খুদিংমক অফবা ওইখিদ্রে । নঙসু অফবা ওইরোই । ঐগী অপাম্বা, অনীংবা, নুংশিবা, থম্মোয়দা হাঙলিবশে নঙ খঙদ্রা ? লাও ! মৈরিগী মৈচাক মৈরিক মৈরিক চোংথোক্তুনা, অথেংবা খূদিং কাথেকত্রিঙৈ মুখৎপিররো নঙনা। মতম ওইদ্রিবরা লৈসি ? (মখুৎ খুদাং পাইরুই)

থাদোই - (কপ্লা) ঐবু থাদোকউ লৈশেম্বা ! থব্রায় পাম্মু খঙদ্রবী ঐবু ফাবীগনো ? ইচাসিগীদমক হিংবনে ঐশে ।

মুনাল - সার ! অদুম্না নুপীদবু তৌরুনু । লৈশা মশক ফজবী থিশি । ভারিদা লৈবনি। মচা য়োকচসনু সার । নুংঙাইখিদ্রে। অঙাং মচাগী থবক মাল্লিবু ।

লৈশেম্বা - ''শাওগৎনা''হায় মুনাল,নঙসু ঐগী ইফমদা অয়েৎপা। লৈশাসু পামদে, মশক ফজবী কনবুসু পামজরুবা লৈতে হায়বগী ব্রারী পুম্নমক নহাক্লা খঙখ্রবা নত্রা?থৌদোক খুদিং মঙোন্দগী মশুংলাংগী ওইখিবনি,আশ কানদে কানদে অরেম্বনি পুম্নমক । লাও লৈসি লৈরাং শকহেনবী গাড়ি মথক্তা নঙ ঐগী হৌরকখিবা ব্রারীনা নুংশি খুদোল তমগনি। নরোন শেঙভু লৈসি ..... ।

অমুক্তশু তপনা - নঙবু থেঙনরুবা মীকুপতুদগী ঐহাক ঐহাক্কী পুন্সি মওল অমা অওনবা ওইখিদুনা তুংলমচৎফাও অফবা ওইদ্রে । ঐগী লৈসি ওইয়ু য়াদ্রবদি ....... অমুক্তশু হায়রি লৈসি, কয়ারমসু হায়খিনি ।

নুংশি ব্রাহৈনা - য়েংভু নঙ নিংশিংবা থোকত্রব্রা ? অদুঙৈ, নবুঙ অঙম্বনা পামলৌ চীংগী লম্বীদা নঙবু অখাবা মীৎয়েং মীৎচৈনা নঙকশম পাইদুনা ইন, ইন, পুখিবদুদা নঙনা থাথরম্বা নখ্বাঙদগী খ্বাঙচেৎ লংলা লং শৎ, শৎতুনা লম্বীদা পরেং পরেং থাদরম্বদো । ঐবু তুংইনলকউ, হায়বগী শকখিনা খুদম নতব্রা ? হায়য়ুনে লৈসি খুমুনে নঙবু ? ঙসিসু অদুমক ইখুৎ খুদাংদা পুন্দুনা কোইপু পুরিবশে, নঙগী খুদম নতব্রা ? হায়য়ু নহাক ঐবু কাওরব্রা ? নুংশিদব্রা ?

থাদোই - ফনমক ওইদুনসু ঐগী পুন্সিনা হিংলিবামখৈ ঐহাক ডাক্তর থানিলগী নুপী থাদোইনি। নঙগী লৈসি লৈরাংদি হৈরাং লৈরাং চীংদা শাৎলমগনি। ঐহাক ইপুরোইবা লৈত্রবসু .........মমিৎ শংত্রিক য়েংদুনা। মহাকপু নঙনা হাৎতোকপিশ্ত্রবসু । নঙগী লাংদা থুগদবী থাদোই নত্তে । অদুগা নঙনা খঙগদবা অম্না হনজিন,হনজিন হায়বীগে নম্নাদু তাও ! ঐহাক লেপলিবা খোংফমসিনা অরেপনি । অমুক্তশু হায়বীগে! ইচাশে চাওবা শারেপ ফাদ্রিফাওদি নহাক হিংখো ।

লৈশেম্বা - অদুদগীদি অদুদগীদি অদুদগীদি ।

থাদোই - অদুদগীদি ঐগী ইখুৎসিমক্লা, ইপুরোইবগী মীহাৎ মীশিগুম....নঙবুশু !(মখুৎ খুদোম্বী থিন্দুনা ঙাংখি )

লৈশেম্বা - অদু ওইরবদি হে থম্মোয় নুংওল্লগনু মহাক ঐগী লৈসিৱওন........ পম্বুংগী লম্বীদা ......... ।

থাদোই - কপ্লদুনা ! লৈশেম্বা 'গী থৱায় য়াওদ্রবী শরু পোলাং মঙাই নঙনা পাম্মীবদু ওইথোক্তꣳবনি ওইথোক্তবা...ঙহাক লাক্লা ফানা লৈরিঙৈ ।

মচানুপা মঙাল - কদোমদগীনো ! মফম খঙহৌদনা লৈশেম্বগী মখাঙদা য়ানলিবা নোংমৈ তম্না চেনসিন্দুনা । নোংমৈ অদু শৎতুনা মঙালসম্না কাপশিনবদা লৈশেম্বা, লৈসি ৱাওন পুম্না নোংমৈ মরুশিংদুনা পান্দুনা ফাওদোকপদগী অরোইবা মতম ওইশিল্লক্রুবদা শিরমদাই !

ব্রাঙাং ঃ- লৈশেম্বদি করিগুম্বা হায়রমদনা লৈমাইদা ঙহাক ওনথোইনা অরোইবা ওইখি ।

থাদোই - ইমাগী মঙালসনা ! তাইবঙদা ইচাবু কম্লদা শীন্নরমগনি। ইমাগী অরোইবা মতম ওইরকলেদকো......।

মঙালসনা - মমা ...... মমা মমা ..... ঐগী ব্রাখল করিনো ? ঐগী ইরালসে ! মমা ............

থাদোই - ইচা লান্দে ইচা লান্দে । মমাগী মঙালসনা .......!

মতাংদুদা মুনাল মমা ঃ- হোবে হোবেনা ইমাগী ইবেম্মা থাদোই ইচাবু করি মতৌনো ? ওইরমলিবসিবু ইমা লাকএ অমুক্তা খুম্মুনে ইমাগী ইবেম্মা ? ইম্লানে ! ঙহাক য়াচঙবগী লাই খুরুমলিঙৈ থাজদ্রবা থৌদোক্লা নোংমৈ মখোলসিবু নকশিন্না তাখি খন্দুনা ইচাগী মাইগৈ য়েংলকপদদি । (হে) ঈশ্বর করম্বা লিল্লানো ?

মঙালসনা - মম্মাবু চেৎনা কোনশিন্দুনা থাদোক্তুনা কপ্পী ।

*(পুলিস ময়ামদু থোক্লীবা থৌদোক্তু য়েংলি । মখোয়দুসু নুংঙাইতবা পেন্দবা ব্রাখল থম্নগা লেপ্লী)*

পুলিস মরক্তগী সেকেন্ত ওসিদুনা ঃ- অঙাং ওইরিবা মঙালসনাগী ফিভমদুগা ফাদবদি য়াদবনিনা । মঙালসনাগী নৌরিবা মখুৎ অদুদা চেৎনা পাইশিন্দুনা চিংথোক্তুনা য়োৎকী খুজি শীবীরবদা ....... ।

মুনাল মমা - হে ! পুলিস নখোয়না মথোং মরম খঙদনা অঙাংসিগী মরান পিবনো ? য়ারোই ইশুশে, পুখিবা য়ারোই । ঙহাক লাক্লা ফানা মুনরবসু পুলিসনা ঙমখিবা মতাং।

৩১ শুবা তাক্কক

(হৈরাং লৈরাং চীংদা লাকপা)

পুং ৭.৩০ গী পাওদা তম্পাক্তা লৈহৌবী মচেগী পাও-শদোক্লা রেডিওদা লাওথোক্লকখিবা তারুবদা । লাকপা ইখঙ খঙহৌদনা পিরাংনা চোল্লবা মাইথোংপুদুনা । থম্মোয় খুদুম শুদুনা খাঙফম খঙদ্রবা মীকুপত মচেনা থরম্বা পামলৌ চীংমাই য়ৌখিবা খঙহৌদনা য়ৌখি ।

লাকপা - ইচে নহাক্কী লাইবকশে ইন্থোকনসু থিখ্রেদকো নখুৎমক্লা থাবম্বা হৈপাল হৈমুন পাবেদো চাবমদনা য়েংলমদনা ইচেগী পুন্সি লোইখ্রাবকো । (কপ্পী) হে ফজরবা হৈপাল উহৈশিং নখোযগী ফজববা, শক্তম কযাদা পুক্লীং নুংওল্লবা মালংবা নঙসু হুমলক্লনু, লেপখ্রো লেপখ্রো ইচেগী পামলৌ চীংমাই তাবা মালংবা লৈমাই থক্তা কেনখিবা তারে অবেম্বদা মাঙখিবা তারেদকো, ইচে ইচে।

মতাংদুদা শান্তা - চহি ১২গী মমাঙগী শান্তা ফিভম কাইনা অহল ওইবা ফিভমদা লাকপবু কৌরকখি ।

শান্তা - মফম অসিদা পিরাং চিম্থ্না কপ্লিবা থম্মোয় কাইরবা খোম্থাংদা ইচে ! হায়না কৌরিবা নিপা নহাকপু ৱা অমত্তা হংজগে ?

লাকপা - হঙবীয়ু ! নহাক কম্নানো ? হায়বদুদি ঐনা হান্না শকখঙখিগে অহল ।

শান্তা - ঐহাক মতম খরগী মমাংদা এক্সকর্সন লাকখিবা মীওই অম্নী । নঙগী নয়ুম অনকপদা লৈরবদি, ঐবু অমুক্তা পোংথাহল্লু । ঐহাক তাইবঙ চিঞ্জাক চাদবসু কুইরে। ইখোঙ অসে থাঙবদা ৱারে । ঐগী ইমীং শান্তা কৌই।

লাকপা - শোম্থাংন্না ! মহাক লৈশেম্বগী মরুপ শান্তা ওইগনি । ফরে ইয়াম্বা নঙগী অরাম্বদি কোকহল্লগে । অদুগা.........

(ৱারি লোইরবা)

# বাইও - দাতা



অইবীগী মীং ঃ শ্রীমতি হিজম শান্তিবালা দেবী

মপুবোইবাগী মীং ঃ লৈখিদ্রবা শ্রী ঙাঙোম ইবোমচা(মঙ্গী)সিংহ

লৈফম ঃ নিলকুঠি ঙাঙোম মখা লৈকাই,
পি ও মন্ত্রিপুখ্রি -৭৯৫০০২,
ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট, মনিপুব।

শ্রীমতি ঙাঙোম ওংবী শান্তিবালা দেবী খৃ: ১৯৬৩ গী মার্স তাং ৪গী নিংথৌকাবা নুমিৎতা, অৱাং লৈখিন্থৱীদা লৈবা লৈখিদ্রবা শ্রী হিজম গৌবো সিংহ অমসুং শ্রীমতি হিজম ওংবী ইবেচৌবী দেবী অনিগী অহানবা নিঙোল ওইনা ফংজখি। লৈফম্না নিলাকুঠি ঙাঙোম মখা লৈকাইদা লৈ। ইপুবোইবনা লৈখিদ্রবা মতুং খৃ: ২০০১ ইংগী মতাং অদুৱাইদা ঐহাক্কী ৱাখলনা পোৎথাফম ওইনা কবি কবিনো খবা অসুম ইশিন্দুনা থমখিবনা, ঙসিদি ঐহাক ফোদোকনিংবগী অশা অমগা লোইন্না ইমাখোলদা ওইনা হৌখিবা চহি, ২০০৪ দা মেম্বব অমা ওইনা মীং চন্দুনা, থাওশিন্দুনা পুথোকচবনি।

___হৈরাং লৈরাং চীংগী লৈসিৱওন হাযনা থোনজবা লাইবিকনি

ইমাখোল,
তাং ১৮-১০-২০০৫ ইং

সেক্রেটবি,
ইবমদম মীযামগী অপুন্বা খোর্জে লুপ (ইমাখোল)
অৱাং পোৎশংবম খুনৌ।

Printed at: Naorem Printer, Uripok near Oil pump